# ভূমিকা

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি ইনৌ নৌবা মওংগী শিক্ষানি— হায়রবদি হৌজিক্কী যুগকী পোখোক্নি। শিক্ষা অসি মীয়ামবু পাম-হনগে অমসুং মরা চেৎনা চৎথহনগে হায়রবদি শিক্ষা অসিগী মরমদা ইবা লাইরিক খরা তঙাইফদনা দরকার ওই। অথন্নবা বেসিক ট্রেনিং কলেজ অমসুং বেসিক ট্রেনিং ইনস্টিট্যুটশিংদা ট্রেনিং য়াওরিবা ওজাশিংদা অমসুং মনিপুরগী এমঃ ইঃ অমসুং এলঃ পিঃ স্কুলশিংগী ওজা কয়াদা বুনিয়াদী শিক্ষাগী মরমদা ইবা লাইরিক খরা চহি কয়ামরুমগী মমাংদগী দরকার ওইরক্লবনি। অনৌবা শিক্ষা অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা শরুক য়াবিরিবা ওজাশিংগী খুদোংচাদবা অসিদা খরদং ওইরবস্থু মতেং ওইগদবা হায়না খল্লজগুনা "বুনিয়াদী শিক্ষাগী রাহৌদোক" কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজখি। হৌজিকমক ইম্ফাল বিঃ টিঃ আইদা ট্রেনং তৌরিবা ওজাশিংগী মনিপুরী লোলদা বিষয় অসিগী মরমদা ইবা লাইরিক অমত্তা শৈরেংবগী খুদাংচাদবা অসিনা মপুং ওইনা এরৈভোন্দা লাইরিক অসি ইনবগী অহানবা অকনবা থৌইনশিনবিপ হৌনখি। শিক্ষা অসিবু পাংথোকে হোৎনবিরিবা ওজাশিংদা লাইরিক অসিনা মতেং খরদং ওইরবাদ এরৈগী হোৎ-নজমনগী মহৈ য়াম্লে হায়না খল্লজগনি।

লাইরিক অসি কোংবদা ইম্ফাল বি: টি: আই: দা ট্রেনিং য়াওরিবা ওজাশিংনা অভম অভম্বা মতেং পীবিরকপগীদমক্তা লেখক্না থৌবিমন উচ্চরি।

লেখক্না তৌবিমন উত্তনা তুমিন্না সৈথোকপা ওযদবা অমনা আজাদ প্রেসকী প্রোপাইটর শ্রীগৌরহরি সিংহনা য়াম্না থুনা লাইরিক অসি ময়ামগী মাংদা পুথোক্লবা লাকবিরকপা অসিনি। ভদ্র-লোক অসিগী মতেং নত্রবদি লাইরিক অসি অস্মুক থুনা কো দোকচবা ঙম্মলোইদবনি। মসিগীদমক ভদ্রলোক অসিবু তৌবিমন উচ্চরি।

'লাইরিক অসি খরা থুনা নমখিবগা 'অমদি প্রুফ নচিংবা লৌবগী মতম খরা খুদোং চাখিদবনা মরম ওইদুনা লাইরিক, অসিগী মশাদা বানান লানথোক-লানশিন নত্রগা অশোই-অভাম য়াওরমলবস্মু ময়াম্না মাফ তৌবিগনি নিংজৈ। কনাগুম্বা চান-বিবনা অশোই অভাম পুথোকপিরক্লবস্মু হয়াওবগা লোয়ননা মথংগী খুৎনমদা চুমগোক্লবা তোৎনজগনি।

অরোইবদা লাইরিক অসি ইবদা নপুংফাবা পাওতাক পিবি-খিবা অমসুং লাইরিক অসিবু বুনিয়াদী শিক্ষাগী মপুঙ্ফাবা লাইরিক অমনি হায়না প্রশংসা তৌবিরকপা শ্রীয়াম্বেম শশিমোহোন সিংহ, বি: এসসি: বি: এড (বেসিক), বু ঐনা তৌবমন খংবা উচ্চরি।

ইম্ফাল,
মার্চ, ৫, ১৯৬৩ ইং।

এন: মংলেম সিংহ
কোংপাল,
ইম্ফাল।

# প্রশংসা পত্র

ভারত স্বাধীন ওইরবা মতুংদা ভারত সরকারনা মরু ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনবা থৌরম কয়ামরুমগী মনুংদা বুনিয়াদী শিক্ষাবু ভারতকী জাতীয় শিক্ষা অমা ওইনা পুখৎনবা হোৎনবা অসিসু অচৌবা থৌরম অমনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোইগী মনিপুরদদি বুনিয়াদী শিক্ষা হায়বসি করিনো হায়বদু অয়াম্বনা খংনদবা ওইনা তৌই। মতিক চাবা লাইরিক লৈতবনসু মসিগী মরু ওইবা মরম অমনি। মক্কম অদৈতগীদি বাঙ্গলা, হিন্দিনচিংবদা মাগী মাগী মমারোন্দা শিক্ষা অসিগী মরমদা কাম্ন কান্নবা লাইরিক মশিং নাইদনা লৈত্রে। অসিগুম্বা খুদোংচাবা ফংদবদগী ঐখোইগী লৈবাক্কী মী অয়াম্বনা তেনরা মরোল তম্বিবগুম্বা হান্নগী শিক্ষা মপি অসিবু থাজনরি। মসি পূম্নমক অসি উরগা তশেংনা রাদবা ওমদে। অদুবু লৈবাক্কী ওইনা কান্নবা ওইবা থৌরাং অসি পাই-খৎপিরকপগীদমক ঐনা গ্রন্থকারবু থরাই হকচাংগা লোইননা থাগচরি অমসুং মতুংদসু অ'সগুম্বা থৌরাং কয়া পাইখৎপিরকুনা ইরৈবাক মচাশিংগী মতেং ওইবা য়াবা থৌরম কয়াসু পাংথোক-পিরকনি হায়না আশা তৌজে।

"বুনিয়াদী শিক্ষাগী রাহৌদোক" হায়বা লাইরিক মচা অসিগী মরমদা ঐনা হায়জনিংবা রাকম অমদি— বুনিয়াদী শিক্ষাগী মমুং মপালগী তত্ব পূম্নমক নিংথিনা নৈনরে; অদুগা

Correlation গী মতাংদা নিংখিব্রবা খুদম কয়াগা লোইননা নৈনরিবা অসিসু Training দা লৈরিবা ওজাশিংগী practice teaching গী মরমদা য়াম্না মতেং ওইগনি হায়না নিংই। শম্না হায়-খবদা অহানবা খোরাংমক্তদা য়াম্না নিংখিবা পোৎশক অমা ওইনা পুখোকপিরকপা অসিদা ঐনা গ্রন্থকারবু অমুকসু হন্না থাগচর্রি।

শ্রীয়াম্বেম শশিমোহন সিংহ,
বি, এস্‌সি, বি, এড্ (বেসিক)
লেকচারার, গবর্নমেণ্ট বেসিক
ট্রেনিং কলেজ, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
মার্চ্চ, ১, ১৯৬৩ ইং

---

# হীরম -লামায়

হীরম — লামায়

# বুনিয়াদী শিক্ষাগী

## হাহৌদোক

---

## গান্ধীজিনা করিম্নীদমক বুনিয়াদী শিক্ষা হৌদোকলমইবনো ?

শিক্ষাগী লমদা চংখোম্না খংলবা ভারত মচা°অম্নাম্বনা মেকোলেনা হৌদোকলম্বা শিক্ষা অসি মতমগা চানদয়ে অমস্তুং চুনদয়ে হান্নবা অমতা ওইনা লাওনরক্লবনি। মসিগী মরু ওইবা মরমদি মহাক্কী শিক্ষা প্রণালী অসি ভারতকী মৈহৌরোল্লগী চখরকইবা সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্যতাগী য়ুমকমদা হৌগৎখিদবদগীনি। মেকোলে মশামক্কা শিক্ষা প্রণালী অসিগী উদ্দেশ্যকী মরমদা অস্থুম্না হায়রমই— ঐখোইনা কন্না হোৎনজনা ঐখোইনা শাসন তৌরিবা মীয়াম অমস্তুং ঐখোইগী মরক্তা ইন্টরপ্রিটর ওইননবগী-দমক্তা শককমদা ভারত বাসী ওইবা তৌইগুম্বস্তুং লমচৎ-শাজৎ, রাঙাং-শাঙাং অমস্তুং রাখলদদি ইংলিস ওইবা মী কাংলুপ অমা শেমগৎনবা হোৎনগদৌবনি।" 1 মহাক্কী অসিগুম্বা শিক্ষা মঙং অসিদদি করিগুম্বা শিক্ষাগী অর্থ অমতা কংবা ওমদে। শম্না হায়রবদা

---

1 Selections from Educational Records, Part 1, P. 117.

মহাক্কী শিক্ষাগী উদ্দেশ্যদি সরকারগী আফিসতা মথা পোনবা থবক, কয়া তৌবা ঙম্নবগীদমক্তা 3 R's–ইবা, পাবা অমসুং হিসাব তৌবা তম্বীবনি। অমরোমদা শিক্ষাগী অর্থদ অঙাং অমবু তুংগী পুন্সিগীদমক্তা মপুংফানা শেমগৎ-শাগৎপিবনি। অরাবদি মেকোলেগী শিক্ষা প্রণালী অসিদদি শিক্ষা অসি পুন্সিদগী মপুম ওইনা ককথত্তনা থমই।। মরম অসিদগী শিক্ষা প্রণালী অসি হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা শিক্ষাগী নিয়মশংগা অয়াম্বা চানদে অমসুং চুনদে। শম্না হায়রবদা অসিগুম্বা শিক্ষা অসিদি মথাপোনবা মীদা পিগদৌবা শিক্ষানি।

ভারত্তি হৌজিক মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরবনিনা অসিগুম্বা মথাপোনবা মীগী শিক্ষা অসি অমুক দরকার ওইদরে। মরম অসিদগী গান্ধীজিনা ভারতকী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী ফিবমগা চানবা য়েংদুনা বুনিয়াদী শিক্ষা হৌদোকলমইবনি। বুনিয়াদী শিক্ষানা হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসি মথাগী মওং অসিদা য়াদে।

**(১) Protest Against the Un-Indian System of Education :—**

বৃটিশনা ভারত্তা হেক পানবদগী হৌদুনা ভারতকী শিক্ষা অসি ভারতকী ওইরক্তরে। শম্না হায়রবদা বৃটিশনা মখোইগী শাসনগী থবক খুদোংচানবগীদমক মী কাংলুপ অমবু ইবা, পাবা অমসুং হিসাব তৌবা তম্বিবনি। শিক্ষা অসিগী মরিদা শ্রীঅরবিন্দনা

অস্মুম্না আলোচনা তৌরমই— "লাইবক থিবদগী ভারতকী শিক্ষা অসি যুগ অমগী মমাংদগী হিরম খুদিংমক্তা ভারতকী ওইরক্তরে। মসি মওংদদি নোংচুপলোমদগী পুরুবা শিক্ষানি। চুম্ন হায়রবদা মথিবোং অমস্তুং মথংগী য়াওড্রবা ইরেজ্ঞগী শিক্ষানি। অসিগুম্বা শিক্ষানা ভারতকী মহৌশাদগী তোঙালবা শিক্ষাগী মওংগা করিগুম্বদস্তু চানহনবা ঙমদরে"। সি: আর: দাসনস্তু চপ মান্নবা মত পিরমই— "ঐখোইনা হৌজিক কংইবা শিক্ষা অসি পোৎশক অমা পুরুরগনু মতৌ তম্বনি। মসিনা মওং অমতদস্তু ঐখোইগী মহৌশাদগী চৎথরকইবা শিক্ষাগী ফিবমগা চানহনবা ঙম্লরোই।" কশেংনমক অশেংবা শিক্ষাদি অতোপ্পা লমদগী মপুম ওইনা পুরুবা য়াদে। মরমদি লৈবাক লৈবাক্কী মৈহৌরোন্দগী চৎথরকইবা সংস্কৃতি অমস্তুং সভ্যতা খেন্নবগী মতুং-ইন্না শিক্ষাস্তু খেন্নগনি খুদম ওইনা হায়রবদা করিগুম্বা পোৎ অমা নত্রগা খুৎলাই অমা পুরুরগা মহু হান্নগী মওং অহুদা চপ মান্ননা শাবা য়াই; মরমদি পুরুরিবা অহু পোৎনি, শিক্ষা নত্তে। অশেংবা শিক্ষাদি মীওইবদা পিগদৌবা মরম্না হায়রিবা মীওইবা কাংলুপ অহুগী সংস্কৃতিগী য়ুম্ফমদা শাগত্তুবা য়াদে। শম্না হায়রবদা হৌজিক লৈরিবা ঐখোইগী শিক্ষা অসিনা ভারতকী সংস্কৃতিবু য়োকখত্তুনা হেন্না কবা অপুনবা পুন্সি অমা পুরকপগী মহুত্তা হান্নবা খাইদোক্তুনা লৈরবা লৈবাক অসিদা অতোপ্পা কাংলুপ অমা শেমগৎতুনা অমুক হেন্না খাইদোকপিররে।

বুনিয়াদী শিক্ষাদি জাতিগী ওইবা শিক্ষানি। মসিগী এস্ত-টেণ্ট, স্কোপ অমস্থুং এডমিনিষ্ট্রেসনদা জাতিগীতা ওই।

**(২) Protest Against an Urban System of Education in a Rural Country :—**

ভারত্তি খুঙ্গংগী লৈবাক্নি। মরম অহুনা করিগুম্বা শিক্ষা প্রনালী অমনা খুঙ্গংদা লৈবা মীশিংগী দরকার ওইরিবশিং অহু কোকহনবা ঙমজবদি মহু ভারতকীদমক্তদি অচুম্বা শিক্ষা প্রনালী ওইবা য়াবোট। হৌজিক লৈরিবা ঐখোইগী স্কুলগী করিকুলম অসিদি সহরদা লৈবা মীগীদমক্তা ওইনা তৌই। অসিগুম্বা সহরদা লৈবা মীশিংগীদমক্তা ওইবা করিকুলম অমস্থুং রাখল তম্বা অসিনদি খুঙ্গংগী ওইবা ভারতকী মৈহৌরোন্দগী চৎথরকইবা সংস্কৃতি পুম্নমক মাংহল্লে। খুদম ওইনা হায়রবদা খুঙ্গংগী নহারোলশিংনা অসিগুম্বা শিক্ষা অসি ফংলুরবা মতুংদা খুঙ্গংদা লৈরিবা মীশিংগী পুন্সি অহু চাওখৎনবা হোৎনবগী মহুত্তা মৈহৌরোন্দগী চৎথরইবা সংস্কৃতি অহু তুক্কচবা অমস্থুং নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংই। মমৈথংদা খুঙ্গং অহু থাদোক্তুনা সহরদা লৈনবা উপায় থিরকই। মসি শম্না হায়রবদা ঐখোইগী হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসিগী মহৈনি। মসিনা ভারত ঐখোইগী সংস্কৃতিবু মপুম ওইনা মাংহনগদৌরে।

বুনিয়াদী শিক্ষাদি খুঙ্গং অমস্থুং সহর অনিমক্কী ওইবা শিক্ষানি। মরম অহুনা মসি ভারতকী ওইবা অশেংবা শিক্ষানি।

**(৩) Protest Against English Dominated Curriculum :—**

কা হেন্না ঐখোইগী স্কুলগী করিকুলম অসি ইংলিসনা মপুং ওইরে মসিনা অরেম্বদা অঙাংগী শক্তি মাংহল্লে। গান্ধীজিনা হৌজিক লৈরিবা স্কুলগী করিকুলম অসিবু মথাগী মওং অসিদা আলোচনা তৌরমই— "মীরৈবাক্কী লোন্দা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিবা আসদা অঙাংশিংগী ব্রেন (brain) অসি অরেম্বদা নোমহল্লে। মসিনা মখোইগী হকচাং কয়াৎ পুম্নমক্কী তৌবা ঙম্বগী শক্তি হন্থহল্লে। মসিগী ফলনা অঙাংশিং অসিগী ওরিজিনেলিটি য়োক-খৎপগী মহুত্তা ক্র্যাম্মার অমস্যুং ইমিটেটর ওইহলে। মরম অদুনা অঙাংশিং অসি ওরিজিনেলিটি লৈবা থবক তৌবা অমস্যুং রাখল খনবা হৈনহনদরে। মখোইনা ফংলকপা শিক্ষা অদু মরম অসিদগী ইমুং-মনুংগী অমস্যুং সমাজগী ওইনা কান্নদরে।" গান্ধীজিনা অমুকস্তু হায়রমই— "ঐখোইগা অঙাংশিংনা হায় স্কুল তম্নবদগী ফংলকপা জ্ঞানদি ইংলিসতা মপুংফাদবা জ্ঞান খরা অমস্যুং অঙ্ক, ইতিহাস, ভূগোলনচিংবগী জ্ঞান খরা ফংবা ঙম্বা নত্তনা থোই-দোকপা পুন্সিগী ওইনা কান্নবা জ্ঞান ফংবা ঙমদে হায়বা অসি ঐনা মুম্না খংলে। হায়রিবা বিষয়শিং অসিগী জ্ঞানস্তু মখোই মশাগী মমা লোন্দা প্রাইমারী থাক্তা তমগ্রবা অমস্যুং খংগ্রবা ঙাক্কনি। হৌজিক লৈরিবা স্কুলগী করিকুলম অসিদগী অতোপ্পা বিষয়শিং অসি কাপ্পহন্দনা লৈহল্লগা ইংলিস অসি পুংলৌ লৌ-থোক্লবদি অঙাংশিং অসি হৌজিক চহি ১১ চনা তম্বিরিবা

অসিগী মহুত্তা খুৎনা নোম্বা থবক (মেনুয়েল ৱার্ক) অমস্তু হ্বাপচিল্লগা চহি ৭ কী মনুংদা লোইনা তম্বিবা য়াগনি।" তশেংবমক্কি, মীৱৈবাক্কী লোন্দা অঙাংবু লাইৱিক তম্বিবা অসিনা ওজ্জা অমসুং ছাত্র অনিমক্কী খুদোংচাদবা কয়ামরুম লৈ। ওজ্জাশিংসু মখোইনা নিংলিবা অহুমক মমা লোন্দা শন্দোক্লা তাকপা ঙম্বা অহুগুম্না মীরোন্দা তাকপদি ঙমদে। অমরোমদা অমূকস্তু ছাত্রশিংনা চপ মান্নবা জ্ঞান ফংগদবা অহুবু কানদনা অরেম্বদা মীগী লোন্দদা ফোংদোকপা ঙম্নবগীদমক্তা হঞ্জিন হঞ্জিন্না তমহন্দুনা অরেম্বদা মতম ' মাংহল্লে।

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি অঙাংশিংদা লাইৱিক তম্বিবা অসি অঙাংশিং অহুগী মমা লোন্দা তম্বিগদৌবনি। মসিনা অঙাংশিংনা খংবদস্তু লায় অমসুং ফংইবা জ্ঞান অহুস্তু মরাচেৎপা হেল্লি।

**(8) Protest Against a Too Literary and Bookish System of Education :—**

হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসি 'কা-হেন্না সাহিত্যিক ওই, কা-তেন্না অচৎপা মাইকৈ অমতদা চৎলি "অমসুং 'কা-হেন্না লাইরিকতমক তমই। অসিগুম্বা শিক্ষা অসিনা অঙাংশিংবু অশেংবা পুন্সি লেনবদা মতিকচাবা খুৎশু-খুৎলাইনা লৈতেংবদে। শন্না হায়রবদা লাইরিকতম মহৈ, লাইশু খদে। মসি মমাই নামতা ঙাইবা শিক্ষানি। মরম অহনা মসিনা অঙাং অমগী কোক, খম্মোই, খুৎ অমসুং হকচাংবু চাং চপ মান্নবা চাওখৎহনবা ঙমদে।

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি খুৎনা শুবা থবক্না পাম্বে ওইদুনা অঙাং-শিংবু লাইরিক তম্বিবনা মরু ওইবা নিয়ম ওইরি। মকম অমস্থুং অতমগা চুনবা থবক কয়া পাংথোক্তুনা লাইরিক তম্বা হায়বা অসিনা অঙাংশিংদস্থু মতিকচাবা জ্ঞান লৈহল্লি; অদুগা লমচৎ অমস্থুং মশাগী মওং শেম্বদস্থু য়াম্না তেংবাংই। শম্না হায়রবদা থবক্না পাম্বে ওইদুনা লাইরিক তম্বিবনা শিক্ষা অসি অশেংবা পুন্সিগী ফিবমদা চপ্থবা ওমই।

## (৫) Protest Against the System of Education that Neglects Citizenship Training :—

হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসিনা হকচাং অমস্থুং পুক্নিংগী ট্রেনিং পিবদা থোওইদে। মরম অদুনা অঙাং খুদিংমকপু মতিক-চাবা নাগরিক ওইনা শেমগৎপা ঙমদে। প্রজাতন্ত্র ওইরবা ভারত অসিদদি অসিগুম্বা শিক্ষা অসি অমুক য়োকখৎপগী দরকার লৈত্রে।

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি মীওইবগী গুণ মরি— কোক, থম্মোই, খুৎ অমস্থুং হকচাং অসিবু চাং চপ মান্ননা চাওখৎহন্নবা হোৎনবা মৎন্না ভারতকী অনৌবা সমাজগী মতিক চাবা নাগরিক ওইনা চাওখৎহনবা ঙমগনি।

## (৬) Protest Against the Prevalent Colosal Waste in Education :—

ঙসি ঐখোইগী শিক্ষাগী তোঙান তোঙানবা থাক্তা অঙকপা ফংনা মাংহল্লি। ময়েক লারবা খুদম ওইনা ঐখোইনা উবা ফংই, স্কুল কারিবা অঙাংশিংগী অপিকপা শরুক অমতা মেত্রিক পরীক্ষাদা পাস তৌরকই। অদুগীসু মথক্তা মথাগী ক্লাস খুদিং-মক্তা অঙকপা ফংনা পরীক্ষা ঙমদ্রবদুনা ছাত্রা কয়া থৎথহৌরি। মসিনা অঙাং কয়াগী শক্তি অমসুং মতম মাংহলবতা নত্তনা নিংবা কায়রদুনা মখোইগী লমচৎসু মাংহলি। পূম্নমক অ'সনা অঙাংশিং অমসুং মখোইগী মমা মপাগী মাংনবা ওইবতা নত্তনা মমৈথংদা সমাজগী অমাংবা ওইরকই। মসিগী মরু ওইবা মরমদি হৌজিক ঐখোইগী স্কুলশিংদা লৈরিবা লাইরিক মতম্বী অর্সি শোইবদগীনি।

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি অঙাং খুদিংমকপু চহি নিপাল চুপ্পা শেল তিংদনা লাইরিক তমহলগদৌরিবনি। গায়রিবা প্রাইমারী শিক্ষা অসিগী থাক অসি ইংলিস লৌথোক্লগা ক্রাফ্ট অমা হাপচিল্লগা হৌজিক্কী মেত্রিকুলেশনগী থাক্তা মান্নহনগদৌরিবনি। লাইরিক তম্বিবনা অঙাংশিংবু করিগুম্বা থবক (ক্রাফ্ট) অমা তৌহল্লগা মদুনা পাম্বৈ ওইরগা মমা লোলদা তম্বিগদৌরিবনি। মসিনা শিক্ষাদা হৌজিক অঙাংশিংনা অরেম্বদা চহি য়াম্না চংইবা অসিমসু কোকহনবা ঙমলগনি। শম্না হায়রবদা ঙসি শিক্ষাদা অঙকপা ফংনা শেল মাংহল্লিবা অসি থরদং ওইরবসু কোকহনবা ঙমলগনি।

## (৭) Protest Against the Present Single Track System of Education :—

বৃটিশকী মতমদগী হৌজিক ফাওবা চৎথরকইবা শিক্ষা অসিদদি অঙাংশিংবু লাইরিকতমক তম্বি, লাইগুদি খংহন্দে। মরম অসিদগী ছাত্রশিং অসি মহৈ তমউবগী অশেংবা শিনকম তৌবা হৈত্রদ্রনা সরকারগী অফিসতা ওরিজিনেলিটি লৈতবা মখা পোনবা থবক্তা তৌনবা হোংনৈ। খুদম ওইনা ছাত্রাশিংনা স্কুল অমসুং কলেজ তম্বা লোংইরগা থবক তৌকম খংদ্রদ্রনা উপায় লৈত্রদ্রনা লৈনৈ। মসিগী মরাদ এখোইগী শিক্ষা অসি শোইবদগীনি। মসিনা মরম ওইদ্রনা ঙসি এখোইগী সমাজ অসিদা লাইরিক হৈবা মীশিংগী মরক্তা থবক ফংদবা নাগী মশিং য়াম্না হেক্কৎলকইবনি।

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি ছাত্রশিংনা লাইরিক তম্লিঙৈদা শিনকম কয়ামরুম তম্বিবা মরম্না মখোইনা স্কুল অমসুং কলেজ থাদোক্লবা মতুংদা শিনকমশিং অসি পায়খৎতুনা পুন্সি লেনবা য়াবা থবক কয়া তৌনবগী খুদোংচাবা পিবি। মরম অদুনা বুনিয়াদী শিক্ষানা লাইরিক হৈবা মীশিংগী মরক্তা থবক ফংদবগী মরু ককথৎপা ঙমগনি।

## (৮) Protest Against the Unplanned System of Education :—

হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা প্রণালী অসিদি করিগুম্বা মরম চাবা নিয়ম অমগী মখাদা শিনলাংদে; মতিকচাবা হৌরকক্ম

অমস্তুং পনথুংক্ষম লৈতে। অসিগুম্বা শিক্ষানা করিগুম্বা মওং অমদা অঙাংশিংবু হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চাওখৎহনবা ঙমলোই।

বুনিয়াদী শিক্ষাদি অরেপ্পা নিয়ম অমস্তুং খুজিল থৌরাং কয়ামকুমগী মখাদা চৎথে। শিক্ষা অসি হৌরককম অমস্তুং পন-থুংক্ষম নাই মসিগীস্তু মথক্তা জাতিগী ওইবা শিক্ষা প্রণালী ওইবনা মনিংতম্নবা শেবাকি অমগী চংগদৌবা মচাকশিং অহু য়েংহুনা শেমগ্রবা শিক্ষানি। মরম অহুনা শিক্ষা প্রণালী অসিনা অঙাং এমবু হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চাওখৎহন্দুনা ভারতকী অনৌবা সমাজগী মতিক চাবা নাগরিক ওইহনবা ঙমগনি।

## (৯) Protest Against the Expensive Education of the Present Day :—

হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসিনা মরম ইচা চাদনা অরেম্বদা শেল য়াম্না তিংহল্লি। মসি ভারত ঐখোইগী আর্থিক অবস্থাগা ওস্থোক্না চানদরে। অঙাং অয়াম্বদি হায় স্কুল কাওবা তম্বা ঙম-দ্রহুনা লমখাংদা[কাংখথাং ওইদুনা তোকই। মসিনা মরম ওইদুনা ঙসি ঐখোইগী ভারত্তা লাইরিক হৈবা মীগী মশিং অস্তুক য়াম্না হস্থরিবনি।

বুনিয়াদী শিক্ষাদি চহি নিপাল চুপ্পা শিক্ষা অসি শেল তিংদনা তমহনগদৌরিবনি। অহুগীস্থু মথক্তা গান্ধীজিগী মক্ত

মতুংইন্না ভারতকী মীয়ামশিং অসিবু অতেনবা মতম থরগী মনুংদা লাইরিক হৈহন্নবগীদমক্তা শিক্ষা অসি মথন্তা হিংজহনগদৌরিবনি ।

## বুনিয়াদী শিক্ষা কদাইবু কোৱগে ?

ভারত জাতিবু লমজিং পিবিরম্বা গান্ধীজিগী রাখলদগী অনৌবা জাতি অমা শেমগৎনবগীদমক্তা তুংগী ভারতকী নাগরিক ওইরগদৌরিবা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিনবগী অনৌবা মওংগী শিক্ষা অমা পুথোকখি। শিক্ষা অসিগী মমিংবু বুনিয়াদী শিক্ষা কৌই বুনিয়াদ হায়বা অসি পারসী শব্দনি, অর্থদি য়ুমফম হায়বনি। ঐখোইনা মহৌশানা খংই, করিগুম্বা অচৌবা দলান অমা শাগৎকে হায়রবদি মহুগী য়ুমফম অহু নিংথিনা চেৎনা হৌগৎপা তাই। মফম অসিদা শিক্ষাগী য়ুমফম হায়রবদি অঙাংনা লাইরিক তম্বা হৌগৎলকপগী অহানবা থাক অসি ওইবা তারে। তশেংনমক বুনিয়াদী শিক্ষাদি পারী পুরিদগী চৎথরকইবা শিক্ষা ( traditional education ) অসিগা মান্নদনা অঙাংনা পুন্সিদা অহানবা খোংদারকপা শেমগৎ শাগৎপা অমসুং লমজিং পিবা য়াম্না দরকার ওইরবা মমল য়ান্নবা চহিশিং অসিবু য়াম্না লুনা খল্লি। মরমদি জাতি অমা শেমগৎ শাগৎপগী য়ুমফমদি তুংগী নাগরিক ওইগদৌরিবা ঙসিগী অঙাংশিং অসিগী অচেৎপা শিক্ষাগী

য়ুমকম থোনবিহৌবা অসিনি। শম্না হায়রবদা শিক্ষাগী মওং অসি ক্ষিদমনকম ওইবা জাতি শেমগৎপগী য়ুমফম ওইগদৌবনি, হায়বদি জাতিগী নুপা নুপী পুম্নমকপু মথৌ খংবা ক্ষিদমনকম ওইবা নাগরিক অমমম ওইনা শেমগৎপদা মতেং পাংগদৌবনি। অসিগুম্বা শিক্ষা অসিবু বুনিয়াদী শিক্ষা হায়বদম্লু মতিক চাই। মহাত্মা গান্ধীনা হৌদোকিলমইবা শিক্ষাগী মওং অসিমক হেন্না চাওখৎলবা মতুংগী জাতি অমা শেমগৎনবগী য়ুমফমনি। মরম অসিনা শিক্ষা অসি বুনিয়াদী শিক্ষা ক্টৌরিবসি চপ চারবা মিংথোলনি।

শিক্ষা অসিবু অমুকম্লু অনৌবা শিক্ষা (নঈ তালিম) হায়নম্লু খংনৈ। মসিগী মরুওইবা মরমদি শিক্ষা প্রণালী অসি বৃটিশকী মতমদগী হৌজিক ফাওবা চথরকইবা শিক্ষা ( traditional edueation ) অসিদগী তোঙানলবা অমম্লুং ইনৌ নৌবা মওংগী শিক্ষা ওইবদগীনি।

বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঈ তালিম অসি শিক্ষাগী লমদা অখং অহৈশিংনা তোঙান তোঙানবা মওংদা অর্থ তৌনৈ। তৌইগুম্বম্লুং শিক্ষা অসিবু হৌদোকপিরম্বা গান্ধীজিনা "বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঈ-তালিম অসি পুনসিগী শিক্ষানি অমম্লুং পুন্সি লিশংং শিৎনা চৎথগদৌবা শিক্ষানি হায়না অর্থ তৌবিরমই। ( Basic education or Naj - Talim is education for life and through life ) মরমদি শিক্ষাদি পুন্সিগী খোংথাং

খুদিংমক্তা চংদবা য়াদে। মীওইবগী পুন্সিদা কনা পিকপা থবকস্থু ওইসনু মতুদা শিক্ষাগা মরি লৈনদবা অমত্তা লৈতে হায়না গান্ধীজিনা হায়রমই। অশেংবমক্তি মীওইবগী পুন্সি লিশাংগী শিক্ষা অসিদা অমগা অমগা পুন্না হিংমিন্নবগী রাখল অমস্নুং সমাজদা মী অমা ওইনা হিংতুনা লৈবদা চংদবা য়াদ্রবা মচাকশিং— হকচাং নাদা য়েক্তনা লৈনবা তম্বিবা, থবক অমস্নুং থবকশুবা মী ওইনবা তম্বিবা, মতিকচাবা নাগরিক ওইনবা ট্রেনিং পিবিবা, শান্নবা অমস্নুং পোত্থানবগী খুদোংচাবা পিনবা হোৎনবিবা— অসিগুম্বা হিরম খুদিংমক্তা চপ্প মান্নবা চাওখৎহন্দুনা মপুংফাবা মী অমা ওইনবা শেমগৎকে হোৎনরিবা শিক্ষাবু বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঈ তালিম কৌবদা মতিক চাই। মরম অসিদগী গান্ধীজিনা পুন্সি লিশাং থুংনা চথবা য়াবা থবক্তা (ক্রাফ্টনা) শিক্ষা অসিগী কেন্দ্র ওইনা থমলমইবনি।

অমরোমদা অমুকস্থু পোখোক লৈবা, শিক্ষাগী মচাক য়াওবা মরম চাবা, সমাজগী ওইনা কান্নবা অমস্নুং পুন্সিগস্থু মরি লৈনবা থবক নত্রগা শিনফম (ক্রাফ্ট) কয়াবরুম্না পান্থে ওইতুনা অঙাংশিংগী তুংগী পুন্সি শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক্তা মহৈ মশিং তম্বিববু অশম্বা লোন্দা বুনিয়াদী শিক্ষা কৌই হায়না লৌবস্থু য়াই। অসিগুম্বা শিক্ষা অসিদি ওসি ঐখোইগী সমাজ অসিদা লৈবা মীপুম খুদিংমকী পুন্সিদা তঙাইকদনা চংদবা য়াদ্রবা পোৎশক

অমা ওইনা লৈরি। মরম অসিদগী ঐগী মতুদি মীপুম খুদিংমক্না কংজবা য়াজবা শিক্ষাবু বুনিয়াদী শিক্ষা কৌই হায়রিংই।

## বুনিয়াদ হায়বা শব্দ অসিগী সিগ নিফিসেন্স :—

গান্ধীজিনা মাগী শিক্ষা প্রণালীগী মমিংবু বনিয়াদী শিক্ষা হায়না কৌরমইবা অসিগী মনুংগী ·মতিকচাবা অর্থ কয়ামরুম লৈ। শম্না থন্নরবদা ধর্ম্ম, শান্তি, শিক্ষা অমসুং প্রজাতন্ত্র হায়বা মগুণ চেল্লবা, অর্থ লৈরবা, পাকচাওনা শন্দোক্লবা অমসুং মাইথোং য়াম্লবা শব্দশিং অসিগুম্না বুনিয়াদ হায়বা শব্দ অসিসু মতিক-চাবা সিগনিফিসের্ন্স লৈরবা শব্দ অমনি। হৌজিক্তি ঐখোইনা বুনিয়াদ হায়বা শব্দ অসিগী সিগ নিফিসেন্স কদাই ফাওবা লৈবগে য়েংসি।

(১) মসি ভারতকী মৈহৌরোন্দগী, চৎথরকইবা সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাগী য়ুমফমদা শাগৎলি। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(২) মসিনা ইহান হান্না ভারত্তা লৈরিবা নুপা মচা অমসুং নুপী মচা খুদিংমকপু জাতি বর্ন অমসুং জাতি ভেদ খাইদনা কংফম থোকপা শিক্ষাগী অরেপ্পা খাক অদু লেপথোকই। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৩) মসিনা তুগী ভারতকী শিক্ষাগী য়ুমফম অমসুং শিক্ষা অসিনা মরম ওইদুনা অভাংশিংনা ওইরকদৌরিবা পুন্সিগী মওং অমা ইহান হান্না লৈপথোকই। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৪) মসি অভাংগী বেসিক নিড এণ্ড ইন্টরেষ্ট হান্না য়েংলগা শাগৎলি। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৫) মসিনা অভাংগী পোকপদগী লোইনরক্লবা শক্তি (native potential powers) পুন্নমকপু চিংথোকতুনা শিজিন্নদুনা চাওখৎহল্লি। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৬) মসিনা মীয়ামগী শিনফমশিংগা ইহান হানবা মরি থমই। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৭) মসিনা সমাজ অমদা মী ওইনা হিংদুনা লৈবদা তঙাইফদনা চংদবা য়াম্রবা পোৎচং অহুম—চিঞ্জাক, ফি অমসুং য়ুম অসি তানবদা অরাইবা পাম্বৈ পি। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

৮। মসি সমাজ অমদা লৈবা অখন্নবা মী খরদংগীদমক্তা ওইবা শিক্ষা মত্তে। জাতিগী য়ুমফম ওইরিবা মীয়ামগী শিক্ষানি। মরম অদুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(৯) মসিনা মীওইবগী পুক্নিংবু (human mind) খুৎকী শিনফম কয়া রুমগা মরি লৈনহল্লগা মহৈ তম্বিবনা অভাংগী পারশনেলিটিবু (personality) চাওখৎনবগী পাম্বৈনি হায়না ইহান হান্না লৌই।

মরম অতুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(১০) মসিনা মৈহৌরোল্দগী চখরকইবা অমস্কুং হৌজিক খাওবদা হিংতুনা লৈরিবা ভারতকী শিনকমশিং ( ক্রাক্‌টশিং। অসিবু ইহান হায়া য়োকখৎনবা হোৎনৈ। মরম অতুনা মসি বুনিয়াদীনি।

(১১) মসিনা মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা ইনৌ লৌবা সমাজগী ফিবম অমগী সিভিক্ সেন্সকীদমক্তা ইহান হায়া মমি তাহল্লি। মরম অতুনা মসি বুনিয়াদীন।

(১২) মসি ভারত্তা ইহান হায়া শেমগৎ-শাগৎপগী মতম অসিদা লাকই। মরম অতুনা মসি বুনিয়াদীনি।

## বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঙ্গ তালিমগী স্কোপ:—

গান্ধীজিগী পুন্সিগী মতম অয়াম্বা ভাবতকী নিংতম্বগী থবক্তা লুপতুনা লৈখিবা অতুক সমাজ সংস্কারগী থবক্তসু হোৎন-বিরমই। ভারত বাসীশিংগী পুন্সিবু অনৌবা মওংদা পুররুবা হোৎনখিবদা করম্বা মহাক্না লমজিংখিদবা য়াওখিবগে ? " শম্না হায়রবদা মহাক্না ভারত বাসীশিংগী পুন্সিগী অনৌবা ফিবম অমা পুররুবা হোৎনবদা মমাংঙৈগী অশোইবা পুম্নমকপু লম্ব। তৌখিবা খাক্তনি। মহাকী অসিগুম্বা থৌরম অসি ওস্তোরা শক্তি লৈনা

শন্দোকই ; মসিনা মীওইবা পুদিংমকপু মখং-ইগী পুন্সিদা থোইবা থৌদোক অমস্তং থৌরম পুন্নমক অমুক হন্না খসহল্লি। অসিগুম্বা রাখল অসি মরা চেৎনা মীপুদিংমক্কী পুক্নিংদা হকচিন্দুনা লৈনবগীদমক্তা শক্তি চেনবা খুৎলাই অমা চংই। শিক্ষাদনা অসিগুম্বা খুৎলাই অসি ওইবা ঙমগনি হায়রবা অসি গান্ধীজিনা নহা ওইরিঙৈদগী নিংথিনা খংলমই। মরম অসিদগী মহাক্না ভারতকী অনৌবা মওংগী সমাজ অমা পুরক্নবগীদমক্তা বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঈ তালিম কৌবা শিক্ষা প্রণালী অমা হৌদোকলমইবনি।

মথক্তা ঐখোইনা বুনিয়াদী শিক্ষা নত্রগা নঈ তালিমদি পুন্সিগী শিক্ষানি অমস্তং পুন্সি লিশাং শিংনা চৎথগদৌবা শিক্ষানি হায়না খল্লখরে। শিক্ষা অসিগী স্কোপতি ওন্তোক্না পাক চাওনা শন্দোকখরে। "মীওইবা অমনা মমাগী গর্ভাদা মী হেক ওইখিবা মিৎকুপ অহৌদগী শিবা ফাওবা শন্দোকই" হায়না গান্ধীজিনা হায়রমই। শম্না হায়রবদা শিক্ষা অসিনা পামইবদি অঙাং অমবু হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চাওখৎহন্দুনা (হারমোনিয়স এণ্ড ইনটেগ্রেটেড ডিভেলোপমেন্ট ওফ পারশনেলিটি ওফ দি ইডুকেন্ট) সমাজদা লৈবদা মতিক চপ চাবা মী অমা ওইনা ট্রেনিং পিবিবা অসিনি। মরমদি অনৌবা শিক্ষা অসিগী পন্‌থুংফমদি (ultimate objective) ব্যাল্যান্সড এণ্ড হারমোনিয়স ওইবা সমাজ অমা পুরকপা অসিনি। অসিগুম্বা ফিদম লৌনফম ওইরবা সমাজ অমা পুরক্নবগী রাকম অসিদা গান্ধীজি

মশামকী রাহৈদা অস্নুম্না হায়রমই— "মহৌশাদগীসু লৈরক্তরবা, লৈকমসু থোক্ত্রবা অমস্নুং মীওইবগী লমচৎ শাজৎকসু চুনত্রবা শেলজাও পায়রবা মী খন্না অমস্নুং লাইরবা মীয়ামগী মরক্তা খারিবা পল অসি থুগাইত্তুনা হৌজিক লৈরিবা অরানবা সমাজগী কিবম অসি হেন্না চুম্বা সমাজগী কিবম অমা (a juster social order) পুরকত্তুনা মী খুদিংমকী হিংনবা মতিকচাবা অত্তমন (living wage) ফংহন্দুনা মনিংমক্ত তম্না লৈবা ডমঙ্গল-গদৌবনি।" মরম অসিদগী অনৌবা শিক্ষা অসিগী এড়ুকেশনেল প্রোসেস্‌তি অসিগুম্বা মীওং য়োকখত্তুনা হেন্না চুম্বা সমাজগী কিবম অমা পুরকপা অসিনি। মশাগী ফনবতা খলবা, থবক শুনিংদবা অমস্নুং মীগী ছাইজিন ছায়া তাংবা মীশিংগীদমক্তদি অসিগুম্বা সমাজ অসিদা মফম লৈতে। অনৌবা শিক্ষা অসিগী বেসিক অ্যাস্‌সম্পশন্‌দি কনাগুম্বা মী অমতনা মাগী য়ুমলোন কৈরোয়রিবশিংদগী তোপ্না লৈরবদি মশামকী অনিংবা অত্তুমক মপুংফানা থুংবা (true fulfilment) ডমদে হায়রবা অসিনি। মশাগী অকবা অমস্নুং চাওখৎপা অত্তু মশাদা অত্তুম লোইশিনবা য়াবা নত্তে। মরমদি মসি ময়াম্নগী ওইনা অকবা অমস্নুং চাও-খৎপগী শরুক অত্তুদা মনুং চন্নবনি। (His development is not an end in itself, it is an integral part of the Common good.) অসিগুম্বা শিক্ষা অসিদদি লাইহিকতমক অখিংনদি ওইবা য়ারোই হায়বা য়াকম অসি

মথকী অসিদগী খোকচরকপনি। মসিদদি পুম্না হিংমিননহুনা পুন্সিগী অর্থ ( meaning of life ) অসি কোওপরেটিভ ব্রদর্‌-হূড্‌কী মওংদা তমগদোবনি।

মরম অসিদগী অনৌবা শিক্ষা অমিগী অহানবা থবক্তি Co-operative self sufficient Community অমা শিংথংগা অসিনি। অসিগুম্বা কমিউনিটি অসিনা কমিউনিটি অতুদা চংগ-দৌবা চিঞ্জাক, শেৎনবা ফি, লৈনবা য়ুম অমস্তুং শিজিন্নবা খুৎলা-খুৎলাইনচিংবা মখোইগী মুমিৎ, খুদিংগী পুন্সিদা চংদবা য়াত্রবা পোৎচংশিং অসি পোথোক হেনগৎনবা অমস্তুং লল্লোন্নবগীদমক্তা ওইনা ( as process of production and Commerce ) পুথোকহল্লোইদোবনি ; তৌইগুম্বস্তুং চাং চপ মান্নবা পুন্সি ( ব্যা-ল্যান্সড লাইফ ) পুরক্নবগীদমক শিক্ষাগী পাম্বৈ ( educational process ) ওইনা শীজিন্নগদোবনি। অসিগুম্বা মওং অসিদা চংখরবদি কমিউনিটি অতু ফুংগাই য়াইফবা পুন্সি অমা লেনবদা মতেং ওইরিবা সংস্কৃতিগা মরি লৈনবা কলা, পুং ইশৈ, সাহিত্য নাটকনচিংবা পুম্নমক অসি মতিক চানা চাওখৎহনবা ঙমগনি। পুম্নমক মসিগী মথক্তা অসিগুম্বা কমিউনিটি অসিদদি মী অসি মী অমা ওইনা ইকাইখুম্নগদোবনি, জাতি বর্ন খেৎনবগীদমক মীগী মরক্তা খেৎনবা থমল্লোইদোবনি ; ধর্ম্ম পুম্নমকপু চপ মান্নবা ইকাইখুম্নগদোবনি।

শম্না হায়রবদা হেন্না ফবা সমাজগী ফিনম অমগীদমক্তা (a juster social arder) শেমশাবা হায়বা অসি অনৌবা শিক্ষা অসিগী য়ুক্ষমনি। মুমকম অসিদা ফিদম লৌনকম ওই-রবা অনৌবা শিক্ষা অসি হোৌগৎকদৌরিবনি। মরম অসিদগী অভাংশিংগী লাইব্রিক তম্বা হৌবা অসি অনৌবা সিটিজেনসিপ অসিগী প্র্যাক্টিকেল্ ট্রেনিংগা লোইননা হোৌরগদৌবনি॥

## নঈ তালিমগী থাকশিং :—

গান্ধীজিনা শিক্ষা প্রণালী অসি হৌখিবা মতমদা ভারতকী মতম অদুগী তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা ফিবম কয়ামরুম লৈবদগী অনৌবা শিক্ষা অসিগী স্কোপ এণ্ড একষ্টেন্ট অসি চহি তরেৎতগী চহি তরামরি কাওবগী মনুংদা লৈবা অভাংশিংগীদমক্তা ওইনা হৌখিরমই। মসিদা ঐখোইনা গান্ধীজিগী শিক্ষা দর্শন অসি হায়রিবা থাক অসিদা লোইরে হায়না লৌরবদি য়ানংলে। মরমদি মাগী শিক্ষা দর্শনদি মীওইবগী পুন্সিগী থাক পুম্নমক শিনবা থুংনা শন্দোকই। রাকম অসিমক মহাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ তাংরার্দ্ধাদা কমখিবা এডুকেশনেল কোনফরেন্সতা নিংথিনা শন্দোকতুনা তাকপিখি। অদুগা জাকির হুসেন কমিটিনসু রাকম অসিবু নিংথিনা খংলদুনা রার্দ্ধা স্কীমগী রিপোর্ত্তা শেংদোকখি। মতুংদা লৈবাক

অসিগী কিবম ওয়ুকপগী মতুংইন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ দা মহাক্না জেলদগী থোক্লকলবা মতমদা নঈ তালিমগী স্কোপনা শন্দোক্লদোরিবা মক্তম-শিং (থাকশিং) অত্র নিংথিনা খংহনবিখি। মহাক্না মসিগী মরমদা অস্মুন্না হায়খি— "It has become clear to me that the scope of Basic Education has to be extended. It should include the education of everybody at every stage of life." 2. গান্ধীজিনা বেসিক এডুকেশনবু অমুক হন্না অর্থ তৌরকইবা (redefinition of Basic Education) অসিগী মরমদা খন্নবগীদমক্তা চহি অসিগী জানুয়ারী থাদা গান্ধীজি মশামক্না সভাপতি ওইদুনা তঙুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স রাদ্ধাগী মনাক্তা লৈবা সেভাগ্রাম কৌবা মফম অদুদা ফমখিরমই। কোনফরেন্স অসিদা খন্নগদৌবা খরাইদগী মরু ওইবা য়াকমদি নঈ তালিমগী কন্সেপ্টসন অসি পুন্সিগী ওইবা অমস্তুং পুন্সি লিশাং শিংনা চৎথবা য়াবা শিক্ষা প্রোগ্রাম অমা ওইনা করম্না শেমগদগে হায়বা য়াকম অসি ওইরমই। কোনফরেন্স অসিনা শিক্ষা অসিগী ওইবা য়াবা কন্সেপ্টসনবু মুন্না খন্নরবা মতুংদা এডুকেশনেল প্রোগ্রাম অসি মীওইবগী পুন্সিগী থাক মরিগা চাননা মখাগী মওং অসিদা খাইদোকপমই।

২. Ibid.

১। এডল্ট-এডুকেশন নত্রগা মুপা অমসুং মুপীগী পুন্সিগী থাক খুদিংমক্কী এডুকেশন।

২। প্রি-বেসিক এডুকেশন নত্রগা চহি তরুক্কী মথাগী' অঙাংগী এডুকেশন।

৩। বেসিক এডুকেশন নত্রগা চহি ৬ তগী চহি ১৪ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংগী এডুকেশন।

৪। পোষ্ট-বেসিক এডুকেশন নত্রগা মথোক কারক্লবা নহারোনশিংগী এডুকেশন।

অসিগুম্বা মওং অসিদা য়েংলুরবদি বেসিক এডুকেশন হায়বা অসি নঈ তালিমগী থাক অমানি হায়না অমুক লৌবসু য়াই। তৌইগুম্বসুং নঈ তালিমগী থাক খুদিংমক্তা বেসিক এডুকেশনগী অরেপ্পা নিয়মশিংগী মতুংইন্না ( fundamental principles of Basic Education ) চৎথগদৌবনি। মরম অদুনা মসি বেসিক এডুকেশনগী স্কোপপু মীওইবগী পুন্সি লিশাং থুংনবা শন্দোকরকপা নত্তনা করিসু নত্তে হায়না লৌবা য়াই।

১। এডল্ট-এডুকেশন :— অনৌবা শিক্ষা অসি ঐখোইনা পুন্সিগী শিক্ষানি হায়না খল্লখিরে। মহৌশাদগী চৎথরকইবা অমসুং ময়াম্না য়ানরিবা শিক্ষাগী থৌওংদি ( procedure ) অঙাংগী খরাইদগী অহানবা থাক্তগী হৌনা লাইরিক তম্বা হৌধা অসিনি। মরাইবককবা অঙাং খরদনা হায় স্কুল, সেকেণ্ডরী অমসুং ইউনভর্সিটিগী থাক কাওবা তম্বা কংইদি হায়ববু অঙাং অয়াম্বগীদি মথোইগী শিক্ষা অসি প্রাইমারী থাক্তা হেক্তা লোইশিনহল্লি।

অহুবু নঙ্গ তালিমদদি শিক্ষাগী খোংহৌ (educational process) অসি তোঙানবা মওং অমদগী (from a differert angle) হৌই। অনৌবা শিক্ষা অসিগী অচেৎপা ময়া তাহন্দুনা মশা-ময়েং নিংথিনা শন্দোক্লবগীদমক্তা মসিগী য়ুমকম অসি লুনা হৌগৎলক্লবগীদমক্তা শিক্ষাদি অগানবদা অঙাংদগী হেক্তা হৌবতা নত্তনা অঙাংশিং অহুগী মপা মমা অমস্তুং কমিউনিটি অহুদগী হান্না হৌগদৌবনি। *মরম্দি মপুনশিদা শিক্ষা কংলক্লবা অহল-লমনশিংনা কৈদৌঙৈদস্থ মচা মশুশিংগী মহৈ মশিং তম্বদা হৈ-শিংনা লমজিং পিবা ঙমলোই। মরম্ অসিদগী নঙ্গ তালিমগী অহানবা থাক্তি এডল্ট এডুকেশনদগী হৌই।

এডল্ট এডুকেশনদি শম্না হায়রবদা কমিউনিটি অহুগী ওইবা শিক্ষানি। শিক্ষা অসিনা কমিউনিটিদা লৈরিবা মীপুম খুদিংমকপু জ্ঞানগী মঙাল পিহুনা হকচাং নাদা য়েক্তনা অমস্তুং লু-নাননা লৈবগী নিয়ম, চাবা থকপগী নিয়ম অমস্তুং অঙাং য়োকখৎপগী নিয়ম কয়ামক্লম তম্বিহুনা হেন্না চুম্বা সমাজ (a juster Society) অসিগী মতিকচাবা মেম্বর ওইন্নবগীদমক শেম শাবিবা অসিনি।

**২। প্রি-বেসিক এডুকেশন:—** অনিশুবা থাক্তি প্রি-বেসিক নত্রগা চহি তরুক্কী মখাদা লৈরিবা অঙাংশিংগী মহৈ তম্বিবা অসিনি। অঙাং অসি থুনমক মমাদগী লাপথোক্লবা য়ারবা মতমদা স্কুল কাবা ঙমই। হায়রিবা থাক অসিদা শিক্ষাগী

খোংচৎ অসি য়ুমদগী স্কুল ফাওবা শন্দোকই। মরম অসিনা প্রি-বেসিক এডুকেশন অসি চহি ৩ দগী চহি ৬ কী মথাগী অঙাংশিংগী হকচাং, শাক্সৎ অমসুং বুদ্ধি অহুম অসিবু চাং চপ মান্নবা চাওখৎনবগীদমক শেম্বা শিক্ষানি। শিক্ষাগী লমদা অঙাংগী মোনোবিজ্ঞানবু নিংথিনা খংলবা মীশিংনা থিজিনলুবদগী খংবা ঙম্মে, অঙাংনা হেক পোকপদগী চহি তরুক ফাওবা অসিদি অঙাংগী লমচৎ-শাক্সৎ অসি অপেংপা লৈথোমগুম অমসুং অথোংপা য়বরগুমনা ঐখোইনা ওইহনিংলিবা মওং অদুদা ওইহনবা য়াই। শম্মা হায়রবদা অতেনবা চহি খরা অসিদা অঙাংশিংগী তুংগী পুন্সিগী লেংরবা লমচৎ-শাক্সৎ অমসুং পারশনেলিটিগী মরু হুনবা হৌখি। অসুম তৌহুনা পুন্সিগী শেম-শাবগী শরুক অমদি অঙাংনা তশেংনমক বেসিক স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌরবৈদা মপুং ফাবা হৌখরে। অদুবু ঐখোইগী লৈবাক অসিদাদ অঙাং শেমগৎ শাগৎপগী মমল য়াম্নবা অহানবা মতম অসি থৌওইনদে। মসিগী মহৈ ওইনা ঙসি ঐখোইগী সমাজদা মেণ্ট্যাল অমসুং ইমোশনবু ব্যাল্যান্সতা লৈতবা মী কয়ামরুম উরিবা অাসনি।

প্রি-বেসিক এডুকেশনগী প্রোগ্রাম খরা:—

মথক্কী রাকম অসিদগী প্রি-বেসিক এডুকেশন অসি য়াম্না দয়কর ওইরে হায়না খংবা ঙমলে অসিগুম্বা শিক্ষাগী থাক অসিদা চৎথবা য়াবা প্রোগ্রাম খরা মখাদা পিরি—

১। হকচাং য়োকখৎপা ( sical nurture )।

২। হিদাকীদমক্তা চেকশিনবা ( Medical care )।

৩। মশাগী অমসুং কমিউনিটিগী ওইনা শুংনাবা ( Personal and Community cleanliness )।

৪। মশানা মশাবু মতেং পাংজবা অমসুং মশাবু থাজবা ( Self-help and self-reliance )।

৫। সমাজগী ওইবা থৌওংগী ট্রেনিং ( Social training )।

৬। শান্নবনা পাম্বৈ ওইহনা শিক্ষাগী মচাক য়াওবা থবক কয়া তৌহনবা '( Educational and creative activities play )।

৭। রাডাংবগী ট্রেনিং অমসুং অঙাংগী সাহিত্য, ইশৈ, রাশ্বি, ড্রামা, ডাইলোক অমসুং রারিশানবা ( Speech training and children's literature, songs, stories, dramas, dialogues and conversation )।

৮। মেথমেটিকেল সেন্স চাওখৎহনবা ( Development of mathematical sense )।

৯। Nature study অমসুং Scientific spirit চাওখৎহনবা ( Development of the scientific spirit and nature study )।

১০। ইশৈ অমসুং খোনথোক লৈবা ছন্দ ( Music and rhythm including voice production )।

১১। কলা ( Art )।

## প্রি-বেসিক এডুকেশনগী দরকার :—

ঙসি ঐখোইগী সমাজ অসিদা অঙাং অয়াম্বনা মমাদগী লাপথোক্লবা য়ারবা ক্বাওবদা চহি অহুম নত্রগা মরি ক্বাওবদি অরেম্বদা মক্ষম খংদনা খাদোক্কনা থমনৈ। মক্ষম অয়াম্বদা অঙাংশিং অসিগী এনভাইরোনমেণ্ট অসি ক্ষংনদে। অদুনু হায়-রিবা অতেনবা অঙাংগী পুন্সি অসিদি মমলদি ওস্তাক্লা য়ামখরে। মরমদি মতম অসিদা অঙাং অসি সংসার অঁসিদা খোংদারকপদা মঙাইরি। মতৌ তম্বা অমস্তুং অনিংবত্রা তৌবতনা মহাক্কী মথৌনি। অসিগুম্বা মতম অসিদা কিদম লৈনক্ষম ওইবা এন-ভাইরোনমেণ্টতা য়োকখৎপা য়াম্না দরকারনি। মরমদি অঙাংদি অক্ষ-ক্ষত্তা খাক্কনা উক্লবা অমস্তুং থেংনরুবা অদু তক্কা মতৌ তমই। হিরম খুদিংমক মঙোন্দা পুংনৌ নৌনা থোক্লি। চাবা খকপা, লমচৎ শাজৎ পূন্নমক তমদুনা এনভাইরোনমেণ্ট অদুদা চুশিননবা কন্না হোৎনরি। তৌইগুম্বস্তুং মাগী জ্ঞানদি কারস্নু য়াওদ্রি। অঙাংগী মোনোবিজ্ঞানবু নিংথনা খংলবা মীশিংনা চহি তরুকতগী লাইরিক তম্বা তৌনবা লেপইবী অসি থেংমলদে হায়না অমতা ওইনা মত পিনরি। অশেংবমক অঙাং অয়াম্বদি চহি অসিগী মমাংদগী লাইরিক তম্বদি হৌই হায়ববু নিংথিনা শিনলাংলবা স্কুলদা তম্বদি নত্তে। অমরোমদা অমুকস্নু মতম অসিদদি অঙাংগী লমচৎ শাজৎ অসি ঐখোইনা ওইহননিংবা

মওংদগী ওইহনবা য়াই অমসুং পুনিংবা মওংদা পুবা য়াই। মরম অসিনা থাক অসিদা শিক্ষাগী য়ুমকম হৌগৎপদা য়াম্না খুদোংচাই। মতম অসিদা হৈনগনখিবা লমচৎ-শাজৎ অদুনা হয়েংতুংদা অহল ওইরক্রবা মাওদা লেংদনা লৈহনা মাগী ক্যারেক্টর অমসুং পারশনেলিটিগী মওংদা লেংদবা ওইরকই। মরম অসিনা তুংগী পুন্সিগী অচৎপা কিবম শেমবিহৌনবগীদমক পুন্সিগী অহানবা থাক অসি মতিক চানা লমজিং পিবিবা য়াম্না দরকার ওই।

রাকম অসিদা কনা কনাগুম্বনা অম্মুম্না হায়নৈ. অসিগুম্বা থাক অসিদদি অঙাংগী মমানা খরাইদগী হেন্না ফবা ওজানি। পৌইগুম্বসুং ভারত্তা লৈবা মমা অয়াম্বদি মতিকচাবা শিক্ষা ফংনদে; অদুগীসু মথক্তা কিবম কয়ামরুমদগী মচা য়োকপগী অচৌবা দায়িত্ব অসি থোওইনদে। অসিগুম্না মমানা মচাবু নিংথিনা মহৈ-মশিং তম্বিবা ভমদ্রবা কিবম অসিদদি ঐখোইনা নিংথিনা শিনলাংসবা প্রি-বেসিক স্কুল কয়া লিংখৎপা তাই।

ভারতকী হৌজিকী কিবম য়েংলুরগসু প্রি-বেসিক স্কুল কয়া লিংখৎপা অসি তঙাইফদ্রবনি। মসিগী মরিদা গান্ধীজি অমসুং জাকির হুসেন কমিটিনসু রাষ্ট্রী এডুকেশন কোনফরেন্সতা কোংদোকখি। ভারতকী মীকোক নিপাল খুদংগী মনুংদা প্রি-স্কুল কাবা য়াবা অঙাং অমমম লৈ। অঙাং অয়াম্বনা লৈরিবা কিবম অসিদি ওম্বোকপা নরক হায়বা অদু ওইরে। ঐখোইনা শিক্ষাগী

রাকম ইখল হেক শয়রুদনা মরাইবক থিরবা অঙাং অয়াম্বনা হিংতুনা লৈবদা চংত্রবা য়াত্রবা পোৎচংশিং— চানবা চিঙ্গাক, শেৎনবা কি অমসুং লৈনবা য়ুম কাওবদা কংনত্রি। অঙাং অয়াম্বদি স্লম্ ( slum ) নত্রগা অমম্বা অমসুং অমোৎপা য়ুমদা য়োকখৎলকই ; মখোইগীদমক্তা খোইনা চেকশিনবিরুদে। ওস্থোকপা হায়বা অহুনি অঙাংশিং অসিনা হকচাং নাদ-য়েক্তনা অমসুং লু-নান্না লৈনবগী অচম্বা নিয়ম খরা কাওবা খংজবা ঙমদে।

অমরোমদা মরাইবক থিরনা অঙাংশিং অসিগী মপা মমা-শিংসু মখোইগা চপ মান্নবা মরাইবক থি। মখোইগী বুদ্ধি লৌশিং পূম্নমক লৈতা-লাইরগী পোৎলুম পুবনা ককচিলসে। মরম অহুনা মখোইগী মচাশিং অহুগী তুংগী পুন্সিগীদমক্তা করিস্থ খল্লুবা ঙমদে। অস্নুম তৌহুনা অঙাংশিং অসিগী হকচাং অমসুং বুদ্ধি চাওখৎনবদা কনানসু খোওইবিদনা অমসুং খংবিদনা থাম্বরে। চাবা মচেৎ ওইরবা, মফি মরোন নিংথিনা শেৎচাবা ফংজত্রবা, লৈফম চাকম খংত্রবা অমসুং মীওইবনা লৈফম থোকত্রব। মফমদা য়োকখৎলকলবা অঙাংশিং অসিদগী মনিংতম্নবা লৈবাক অসিগী দায়িত্ব মশক খংবা নাগরিক ওইরকনি হায়বগী আশা অসিদি অরেম্বনি। মরাইবক থিরবা অঙাংশিং অসি অসিগুম্বা ফিবম অসিদা পোক্রকলবসু রাজ্য—সরকারশিংনা মখোইগী ফিরম ফগৎ-হনবিগদৌবনি অমসুং শিক্ষাগী খুদোংচাবা পিবিগদৌবনি।

অমরোমদা অমুকস্মু অঙাংগী মশাদা ওখাকপা অশোইবা (minor physical defects) কয়া লৈরবস্মু থাক অসিদা লাইনা চুমথোকপা য়াই। লাইরবা মীগীদমক লৈকম চাকম নিংথিনা লৈত্রবা সহর অমস্তুং টাউন্সিংদা লৈরিবা মীশিংগী অরাবা কোক্লবগীদমক্তা প্রি-বেসিক স্কুল নত্রগা নর্সরী স্কুল কয়া লিংখৎপা য়াম্না দরকাররনি।

মথংদা, য়ুমদা থবক নোমইবা অমস্তুং মপান্দা থবক তৌরিবা য়ুমগী নুপীশিংগী ফিরম খল্লবা দরকাররনি। হৌজিক্কী জগৎ অসিদা নুপী অমনা য়ুমগী অকবা নুপী অমা ওইবত্তা নত্তনা সমাজদা মাগী চপ চাবা ফিবম লৌহুনা সমাজ অছুগী আর্থিক অবস্থা অমস্তুং সংস্কৃতি চাওখৎনবা হোৎনবদা মাগীস্মু অচৌবা শরুক অমা য়াগদৌবনি। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা নুপীশিংবু ইমুং-মনুংঙী থবক্তা তাহৎতুনা নোমগী মনুংদা অতেনবা পুং খর কাওবা মপাল থোকতুনা মানা তৌবা ঙম্বা সমাজগী কান্নবা থবক খরা তৌনবগী খুদোংচাবা পিবিত্রবদি সমাজগী ওইনা অচৌবা অমাংবা অমা ওইরকই। য়ামত্রবদা নোংমগী মনুংদা পুং অমা অনিদং ওইরবস্মু সমাজগী থবক তৌবা ঙম্নবগীদমক্তা অকবা প্রি-বেসিক স্কুল নত্রগা নর্শরী স্কুল কয়ানা মখোইগী অঙাং য়োকপা অমস্তুং অঙাংশিং অসিগী শিক্ষা পিবগা থবক্তা মতেং পাংহনগদৌবনি। অসিগুম্বা ফিবম অসি লৈরবদি মখোইগী অঙাং য়োকপা অমস্তুং অঙাংশিংগা লোইনম্না লৈবা থবক্তা সমাজদা

মখোইগী তৌফম খোকপা থবক তৌবদা অথিংবা ওইহন্দবা ঙমগনি। মসিগীস্থ মথক্তা অঙাং অমনা বেসিক স্কুল কাবা ঙমদ্রিবৈদা স্কুল অতুগীদমক্তা শেম-শাবা হায়বা অসিমস্থ দরকারনি। প্রি-বেসিক স্কুলশিং অসিদগী ফংলকপা জ্ঞানশিং অতুনা অরাংবা থাক অতুগী জ্ঞান তানবদা মতেং ওইগনি। অতুগীস্থ মথক্তা থাক অসিদা চু'শনহনথ্রবা লমচৎ-শাজৎ অমস্থং ফংলকপা জ্ঞানশিং অতু বেসিক স্কুলদা নিয়ম নাইনা চৎথবা ক্লাসকী পড়া শংনবা হোৎনবদস্থ মতেং ওইগনি।

শম্না হায়রবদা অঙাং কয়ানা ময়ুমদা ফংবা ঙমদ্রবা দরকার কয়া—লুনা অমস্থং নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিবা, অশোই অঙাম পূম্নমক্কুগী ঙাকপিবা, জ্ঞান পিবিবা, অমগা অমগা তিননা-তোৎনহুনা লৈবগী নুংঙাইবা পিবিবা অমস্থ চেপ চোংহুনা শানবগী মকম শেম্বিবা—অসিনচিংবা খুদোংচাবা কয়া অসি নিংথিনা শিনলাংলবা প্রি-বেসিক স্কুল নত্রগা নর্শরী স্কুলতনা পিবা ঙম-গনি। মরমদি অখুবা গলিদা নত্রগা অমবা য়ুমদা লৈরিবা লাইরবা ইমুংগী অঙাং, ফত্তবা চিঞ্জাক চাবদগী চাওবা থিল্লবা অঙাং অমস্থং ময়ামগা শানবদি পাম্বা মতোমতা পোকপনিনা ময়ামগা শানমিনবদি ফংদ্রবা অসিগুম্বা অরাৎপা কয়ামরুম অসি নিংথিনা শিনলাংলবা প্রি-বেসিক স্কুলতনা লাইনা মেনখৎপা ঙমগনি।

## ৩। বেসিক এডুকেশন :—

অহুমশুবা থাক্তি বেসিক নম্রগা চহি ৭ তগী * চহি ১৪ কাওবগী শিক্ষা অসিনি। থাক অসিমক অনৌবা শিক্ষা প্রণালী অসিগী খরাইদগী মরু ওইবা থাক্তি হায়না লৌবা য়াই। মরমদি থাক অসিদগী অভাংগী অশেংবা লাইরিক তম্বা (schooling) অসি হৌদুনা অ্যাডোলেন্স্গী অয়াম্বা থাক কাওবা শন্দোকই। থাক অসিদদি পোৎখোক লৈবা শিক্ষাগী মচাক চেলবা অমস্থুং সমাজগী ওইনম্ব কান্নবা থবক কয়ামরুমবু অভাংগী ফিজিকেল অমস্থুং সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্টশিংগস্থু মপুংফানা মরি লৈনহল্লগা এডুকেশনেল প্রোসেস্ পুন্নমক চৎখৈ। শম্না হায়রবদা অনৌবা শিক্ষা প্রণালী অসিগী থাক খুদিংমক্কী ফণ্ড্যামেণ্ট্যাল্ প্রিন্সিপল্দি থাক অসিগী ফণ্ড্যামেণ্ট্যাল্ প্রিন্সিপলগী মতুংইন্না চৎখগনি।

## ৪। পোষ্ট-বেসিক এডুকেশন :—

মরিশুবা থাক্তি পোষ্ট-বেসিক শিক্ষা অসিনি। থাক অসিদি মরুওইনা চহি ১৫ দগী চহি ১৮ কাওবগী মনুংদা লৈবা ইনখৎলকইবা নহারোনশিংগী শিক্ষা পিবগী মরমদনি। বেসিকী থাক্তদি শিক্ষা অসি য়ারিবমখৈ মথন্তা হিংজহনগদৌবনি হায়না লেপ্পে। তৌইশুম্বস্থুং পোষ্ট-বেসিকী থাক অসিদদি শিক্ষা অসি মশানা হিংজন্থনা চৎথজগদৌবনি হায়বা অসি গান্ধীজিগী অরেপ্পা মতনি। থাক অসিদা ছাত্রশিং অসি তোঙান্না হোষ্টেলদা কমিউনিটি অমা

* হৌজিক্তি চহি ৬ তগী ১৪ দা ওনলে।

খইনা লৈগুনা পোথোক চাথোক লৈবা থবক কয়ামরুম তৌবা তাই। শন্না গায়রবদা থাক অসিদদি লাইরিক তথা অসি ইউনিভরসিটিগী প্রোফেশনেল ট্রেনিং তম্বগী মওংগা চপ মান্নবা চংবগনি। মসিগী অকুপ্পা সিলেবস্ অমসুং প্রোগ্রামগী মরমদা হৌজিক সেবাগ্রাম অমসুং বিহারদা চাংয়েং তৌরি।

পোষ্ট-বেসিক এডুকেশনগা ইনষ্টিটুশননিং :—

পোষ্ট-বেসিক এডুকেশনগী ইনষ্টিটুসন অসি মখল অনি থোক্না থাইরি :— (১) উত্তর বুনিয়াদ (High School Education) অমসুং (২ উত্তর-বুনিয়াদী (University Education)।

উত্তর-বুনিয়াদী :— ছাত্র অমনা চহি ১৪ দা বেসিক স্কুলদা লাইরিক তম্বা লোইরগা উত্তর-বুনিয়াদী স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌগনি। থাক অসিদদি তোঙান তোঙানবা ছাত্রশিংগী হৈনবা, চুনবা অমসুং অপাম্বগী মতুংইন্না কোর্স অসি লমকাং নাইনা থাইদোক্কনি। মসিগীদমক পোষ্ট-বেসিক এডুকেশন কমিটিনা নহা অমনা অরেপ্পা ভোকেশন অমদা স্পেসেলাইজ তৌবা ঙম্বগী-দমক মখাগী থবক (শিনকর্ম) মখল তরামরি অসি খলাখ্রমই— (১) এগ্রিকলচর, (২) মেডিসিন্, (৩) ইন্জিনিয়ারিং, (৪) মেকানিকেল আর্টস, (৫) কমর্স, (৬) আর্টিজ্যান্ সপ, (৭) ইলেক্‌ট্রিক-সিটি, (৮ টিচর, (৯) জর্নেলিজম, (১০) প্রিণ্টিং, (১১ ফাইন আর্টস, (১২) হোম ইকোনোমিক্স, (১৩ মেট্যালর্জি অমসুং

(১৪) ইন্দষ্ট্রি। শিনফমশিং অসিগী মওং মতৌ খেন্নবগী মতুং-ইন্না কোর্স্সু খেন্নগনি; তৌইগুম্নসুং চহি অহুমদগী মরি ফাওবগী মনুংদগী হেন্না শাংহনলোইদোবনি হায়না উত্তম-বুনিয়াদী সিল্যাবস্ কমিটিনা হায়রমই। উত্তর-বুনিয়াদী শিক্ষা অসি হৌজিক ফাওবদা শেমগৎ-শাগৎপগী থাক্তা লৈরি। মরম অদুনা হৌজিক লৈরিবা ফিবম অসিদগী ওন্থোক ওংশিন হংনা তৌরবসু য়ারি।

উত্তম-বুনিয়াদী:— খৃষ্টাব্দ ১৯৫১ দা ফমখিবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্সতা উত্তম-বুনিয়াদীগী (University education) মরমদা মরু ওইনা খনন্খিরমই। কোনফরেন্স অসিনা লেপ্নখিবগী মতুংইন্না হিন্দুস্থানী তালিমি সঙ্ঘনা সেভাগ্রামদা বিশ্ব-বিদ্যালয়গী (University) স্কীম শেম-শানবগীদমক্তা Higher Education Sub-Committee অমা হাপখিরমই। কমিটি অসিনা মখাগী activity faculty তরেৎ অসি খল্খিরমই:—

Agriculture and horticulture, animal husbandary and dairying, rural engineering, rural industries, rural public health and nutrition, rural technology and rural education. কমিটি অসিনা তোঙান তোঙানবা বিষয়শিং অসিগী সিল্যাবস্ শেমলমই। সিল্যাবস্ অসি হিন্দুস্থানী তালিমি সঙ্ঘনা য়াখিরমই।

## ৱার্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন

শিক্ষা প্রণালী খুদিংমক্কী মরুমদা প্রণালী অমুবু শেমলিবা মী অমুগী পুন্সিগী practical philosophy অদু হকচিন্দুনা লৈ। এডুকেশননিষ্ট খুদিংমক্কা ওইহনলিংবা পুন্সিগী মওং অদু মীয়ামগী পুন্সিগা নক্কবা মরি থম্মই। মরম অসিদগী ফিদম লৌনকম ওইরবা পুন্সিগী মওং কয়ামরুমগস্থু মরি লৈনৈ। অসিগুম্বা পুন্সিগী মওং অসি অমগা অমগা য়েৎশিননৈ। মসিগী ফল ওইনা শিক্ষাগী উদ্দেশ্য অসি অরেপ্পা নাইদনা অমগা অমগা খেন্নখিবা অসিনি। মক্সিমক্তি ঐখোইগী যুগ অসিগীতা ওইনা খোকজলকইবা ৱাকমদি নত্তে। মমাংঙৈগী গ্রিস অমস্থুং রোমগী মতমদগী হৌদুনা লৈরক্লবনি। মমাংঙৈগী গ্রিসকী শিক্ষাগী উদ্দেশ্যদি মতম অদুগী ফিদম লৌনকম ওইরবা গ্রিসকী পুন্সি অদু মমি তাহনবা অসিনি। ভারতকী ফিবমদা য়েংল্লুরবস্থু খোইদোকপা ঙম্লবা লৈতে। মরমদি মমাংঙৈগী ভারতকী শিক্ষাগী উদ্দেশ্যস্থু মতম অদুগী ফিদম লৌনকম ওইরবা পুন্সি অদুগী মমি তাহনবা নত্তনা করিস্থু ওইরমদে। অমরোমদা অমুকস্থু সমাজদি অতৎপা লৈতনা ওল্লকইবা মরম্মা মতম অমদা ফিদম লৌনকম ওইরম্বা পুন্সি অদু মতমগী মতুংইন্না অতোপ্পা মতম

অদুগা চানরবা ক্বিদম লৌনকম ওইরবা পুন্সিগী মওং অমনা হেক্তা লম্বা তৌরকই। মরম অসিদগী তোঙান তোঙানবা মুগতা তোঙান তোঙানবা এডুকেশনিষ্টশিংগী মত মাগ্নদ্রিবা অসিদা ঐখোইনা খোইদোক্না ওক্লিংঙাই লৈতে।

গান্ধীজিনা ভারতকী হৌজিক লৈরিবা সমাজ অসিগী অশোইবা মওং কয়ামরুমশিং অসিগী মরমদা খল্লুবা মতমদা মসিগী মরমদি লৈবাক অসিগী শিক্ষাগী মওং শোইবদগীনি হায়না খবা ওমখি। মহাক্না ভারতকী সমাজ অসি অতোপ্পা মওং অমদা শেমগৎপা পামলমই। মসিগী অমত ঙাইরবা উপাইদি লৈবাক অসিগী শিক্ষা অসি অতোপ্পা ইনৌ সৌবা ভারতকী ক্বিবমগা চানরবা শিক্ষা মওং অমদা শেমগৎপা তাই। মরমদি সমাজ অমবা উৎথোকলকইবা অক-ককতুগী মওং মতৌ পূর্ণমক অসি লৈবাক অদুগী শিক্ষাগী মওংগী মতুংইনকনি। গান্ধীজিগী রাখলগী সমাজ অসিদদি মীওইবা খুদিংমক্কী অমসুং সমাজগী ওইনা খরাইদগী হেল্লা নুংঙাই য়াইফবা পুররকবগীদমক্তা সমাজ অদুগী থবক কয়ামরুমবু অচুম্বা অমসুং অহিংসাগী য়ুমফমদা শাগৎ-কদৌবনি। অসিগুম্বা মখলগী সমাজ অসিদদি মী অমনা অমবু ইকোনোমিক, সোসিয়েল, পোলিটিকেল অমসুং কর্ম ফাওবদা ওৎ-নৈবগী মফম থমলোইদৌবনি। মীওইবগী পোকপদগী লোইন-রক্লবা শাজৎতি মী অমনা মাবু ওৎ-নৈবা অসি য়াংনিদে। করিগুম্বা ক্বিবম খরদগী ওৎ-নৈবগী খুদোংচাবা পিগ্রবদি মীওইবগী

ঈশ্বরনা পিরকপা শক্তি অমস্তুং মতিক মগুন পূন্নমক মাং-খিত্নুনা মহাক মশামক অত্থ ইচম চম্বা থবক পাংথোক্নবা খুংলাই ওইখি। অসিগুম্বা মী অমনা মী অমবু ওং-নৈবা অমস্তুং খুংলাই ওইনা শিজিন্নবা অসি গান্ধীজিগী অহিংসা অমস্তুং অচুম্বনা যুমফম ওইবা সমাজ অসিদদি মফম লৈতে। ওং-নৈবা ইচুপ্পগী মফম লৈত্রবা গান্ধীজিগী ফিদম লৌনফম ওইরবা সমাজ অসি-দদি Social justic and equality of opportunity of all পুরকপা ওমত্নুনা মী অমনা মী অমবু নুংশিবগী রাখলনা কল্লকপা য়েংথিবা অমস্তুং মীবু খুম্ম চননিংবনচিংবা ফত্রবা মী-ওইবগী রাখলশিং অসিগী মহুৎ শিনলি। অসিগুম্বা সমাজ অসিদদি জাতিভেদগী রাখল, শেলজাও পাইবনা লাইরবা কাবুবু ওং-নৈবা অমস্তুং কাংবু কাংবুগী য়েংথিনবগী রাখল লৈতে। শম্না হায়রবদা গান্ধীজিনা কাংবু কাংবু নাইদবা থবক শুবা মীশিংগী সমাজ অমা শেমগৎপা পামল্লমই। সমাজ অসিদদি অতনবা, থবক শুনিংদবা অমস্তুং ছাইজন ছায়া তাংবা মীগী মফম লৈতে। মরম অসিদগী অসিগুম্বা সমাজ অসিদদি সেণ্ট্রেলাইজড্ তৌরবা ইণ্ডষ্ট্রিগী অকোইবদা শাগৎপা য়ারোই হায়না গান্ধীজিনা হায়রমই। শোইদনমক মসিদদি ওং-নৈবা ইচুপ্পগী মফমনা পিক থল্লি। অমরোমদা হায়রুরগা গান্ধীজিগী অনৌবা সমাজ অসিদদি মী খরগী মখুত্তা economic, political and social power অসিনচিংবা অসি পুনশিন্দুনা থম্বগী

মকম লৈতে। সমাজ অসিদদি মশাবু থাক্রবা, অচুম্বা থবক তৌবা অমস্থং অচুম অয়ানগী ৱাখলগী মতুংইন্না থবক চৎথবনা মপুং ওইগনি। অসিগুম্বা কিদমনকম ওইরবা অনৌবা সমাজ অসি পুরক্লবগীদমক্তা গান্ধীজিনা শিক্ষা প্রণালী অমা মশামক্তা চহি নিফুরোম চংনা চাংয়েং তৌরুরবা মতুংদা মমৈথংদা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ কী জুলাই থাদা মপুং ফারক্লনা ভারতকী শিক্ষা প্রণালী ওই-ন্নবগীদমক্তা মীয়ামদা থংহনবিখি। শিক্ষা প্রণালী অসিবু ৱার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নৈশনেল এডুকেশন হায়না থংনৈ।

## ফণ্ড্যামেণ্ট্যাল্ ফিচর ওফ ৱার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন:—

ৱার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন অসি যুগ অসিগী শিক্ষাগী ইচেলগা চুনরবা ইচেল অমনি। মরম অসিনা শিক্ষা প্রণালী অসি যুগ অসিগী শিক্ষাগী লোংক্রবা মরু ওইবা প্রিন্সিপলশিংগা শরুমদা অয়াম্বনা য়ানৈ অমস্থং চানৈ। শিক্ষা প্রণালী অসিগী মরু ওইবা লোংক্রবা প্রিন্সিপল-শিংগী মরমদা ঐখোইনা হৌজিক খন্নরসি।

**(১) Free and Compulsory Education :—**

চহি ৭ তগী চহি ১৪ ফাওবদা লৈরিবা অঙাং খুদিংমকপু শোইদনা ক শেল তিংদনা লাইরিক তমহনগদৌবনি হায়বা অসিনা শিক্ষা অাসগী অহানবা নিয়মনি। মুপী মচাশিংগীদমক্তদি করিগুম্বা মপা মমানা ইমুং মনুংগী খুদোংচাদবা ফিবম কয়ামরুমদগী চহি ১২ গী কোর্স লোইরবা মতুংদা লাইরিক তম্বা তোকহনবা

পাংথকপদি তোকহনখিরা য়াগনি। মী খুদিংমক্তা কংদবা য়াওবা শিক্ষাগী থরাইদগী নেম্বা থাক অসিবু জাকির হুসেন কমিটিনা বেসিক নেশনেল এড়ুকেশন হায়না কৌরমই। গান্ধীজিগী মত মতুং ইন্নবদি য়াম্নদি চানবা (চুম্বা) তৌইগুমস্নুং মীয়াম্নদি পামবা মাংপা মিংথোলদি "রুরেল নেশনেল এড়ুকেশন থ্রু ভিলেজ হেন্দিক্রাফ্ট" অসিনি। "মরমদি 'রুরেল' হায়বা মাহৈ অনিমা পুবা ওইবা অর্থদি হৌজিক্কী হায়রিবা ওর ইংলিস এড়ুকেশন অসি য়াওদবা হায়বনি।" অতুগা 'নেশনেল' হায়রগা খংনরিবনা অচুম্বা অমস্নুং অহিংখাবনি।" 3. শম্মা হায়রবদা হৌজিক লৈরিবা শিক্ষা অসিদি মীয়ৈবাক্কী পুরুবনি। মরম অদুনা জাতিগী শিক্ষা ওইবা য়াদে। অমত্তোমদা গান্ধীজিগী শিক্ষা প্রণালী অসিদি ভারত জাতিগী ওইবা সংস্কৃতিগী মুমকমদা শাগৎখিবা মরম্না জনোলমক হিরম বুদিংমক্তা জাতিগী ওইবা শিক্ষানি।

গান্ধীজিনা ভারতকীদমক্তা শেম্নমবা শিক্ষা প্রণালী অসি অত্তাশিবু চহি তরেৎ চুম্না খেল তিংদনা লাইরিক তমহনবা হায়বা রাকম অসিদা লোইয়ে হায়না লৌরুরবদি লানক্লে। মরমদি গান্ধীজি অমস্নুং জাকির হুসেন কমিটিনা স্কীম অসি শেমখিবা মতমদা করিগুম্বা মরু ওইবা হিরম থরদগী প্রি-প্রাইমারী, পোস্ট-প্রাই-

3. Forward to the Second Edition of Basic National Education, Published by the Hindustani Talimi Sangh.

মারী, হায়য়ার এণ্ড এডল্ট এড়ুকেশনগী দরকার লৈরিবশিং অদু শোকখিরমদে। অশেংবমক গান্ধীজিগী শিক্ষা দর্শনদদি অসিগুম্বা শিক্ষাগী মরু ওইবা থাকশিং অসি মনুং চল্লি; তৌইগুম্বস্নুং ভারতকী ক্ষিবম য়েংহুনা মতম খরগীদমক্তা ওইনা কা হেন্না চহি ৭ তগী চহি ১৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অভাংশিংগী শিক্ষ.গীদমক্তা লুনা লৌখিবগী ৱাঙ্কমতনি। মসিগী মরিদা গান্ধীজিনা অস্মুম্না হায়রমই— "প্রাইমারী এড়ুকেশনবু চহি তরেৎ চুপ্পা নত্রগা শাংথনা হৌজিকী মেট্রিকুলেশন ফাওবদা তমইবা বিষয় পুন্নমকপু ইংলিস নত্তনা শিনফম অমা হাপচিনলগা হায়রিবা শিনফম অসিনা গাড়ীগুম্না শিজিন্নহুনা নুপা মচা অমস্তুং নুপী মচাশিংগী পুক্কিংবু ( mind ) মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিংগী জ্ঞান চিংথোকহনগদৌবনি। অস্তুম তৌহুনা ঙসি ঐখোইগী প্রাইমারী, এম: ই: অমস্তুং হায় স্কুল ফাওবগী এড়ুকেশন অসি চহি তরেৎকী প্রাইমারী এড়ুকেশন অসিদা লোইনা কোনশিনলগদৌবনি।" 4

ৱাকম অসিমক কমিটি অসিনস্ু মখাগী মওং অসিদা নৈনরমই। "চহি অহুমদগী তরেৎ ফাওবগী অভাংশিংগী প্রি-স্কুল এড়ুকেশনগীদমক্তা রাজ্য—সরকারনা শিনলাংবা নত্রগা দায়িত্ব লৌবা ওগ্যানাইজেশন খরা লিংখৎপগী দরকার ওইরে হায়বা অসি কমিটি অসিগী অমতা ভাইবা মতনি। অহুবু শেল থুমগী

4. Harijan, 2 - 10 - 37.

রাগদোবা ফিবম অসিগী খল্লবদা করিগুম্বা মগুং অমগী রেকো-মেনডেশন তৌবদা অপনবা ওইরে। অদুম ওইনমক রাজ্য—সরকারশিংনা মখোইগী তঙাইফদ্রবা দায়িত্ব অসিবু থৌওইদবা তৌরোইদবনি। ঐখোইনা মপুংফানা থাজে, ভারতকী শিক্ষা প্রণালী ওইনা খল্লবা অঙাংগী য়ুমগী পুন্সিগস্থ (home life) নকবা মরি থমইবা বেসিক এডুকেশন অসিবু মরা চেৎনা। লিং-খৎলবদি মসিনা প্রি-স্কুলগী অঙাংশিংদা হৌজিক লৈরিবা ফিবম অসিদগী হেন্না ফবা হোম ট্রেনিং পিবদা মপুংফনা মতেং পাংগনি। অমরোমদস্থ মসিনা মতম খরগী মনুংদা মপুংফানা লৌখৎলবা য়ারিবা এডল্ট এডুকেশনগী অচৌবা থবক্তস্থ মতেং পাংলবা য়ারি।” 5

সেকেণ্ডরী এডুকেশনবু গান্ধীজিনা প্রাইমারী এডুকেশনদা পুনশিনলমলে হায়বা অসি গান্ধীজিগী মথক্কী রাকম অসিদগী খংবা ঙমলে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি অসিগুম্বা এডুকে-শন (সেকেণ্ডরী এডুকেশন) অসি ঙসি ফাওবদা খুঙ্গংদা লৈরিবা মীশিংগী মরক্তগী মী খরতনা ফংবা ঙমলি। ভারতকী খুঙ্গংগী ফিবম অসিবু ফগৎহনিংবদগী মহাক্না সেকেণ্ডরী এডুকেশনবু প্রাইমারী এডুকেশনদা পুনশিনলমই। মরমদি অসিগুম্বা প্রাই-মারী এডুকেশন অসিদি ভারতকী নাগরিক ওইরক্কদৌরিবা অঙাং

5. Educational Reconstruction, PP. 145, 146.

খুদিংমকপু শোইদনমক মতম খরগী মনুংদা পৈশা তিংদনা এডুকেশন অসি পিগদৌরিবনি।

মী খুদিংমক্না কংত্রবস্থু য়াবা হায়য়ার এড়ুকেশন অসিদি গান্ধীজিনা প্রাইভেট ইণ্টরপ্রাইজদা শিন্নবা পামলমই। মরম অসিদগী ষ্টেট ইউনিভর্সিটিশিং অসি পরিক্ষা লৌনবা বোডি ওইনা লৈগদৌবনি মসিদা চৎকুদৌবা খরচ পূন্নমক পরিক্ষাগী ফিদগী কোম্নহনগদৌবনি। গান্ধীজিনা এডুকেশনবু খাইদোকপা য়াত্রবা অমস্থুং মপুম ওইবা প্রোসেস (indivisible and integrated process) অমা ওইনা লৌরমই হায়বা অসিদি মথক্কী রাকম অসিদগী ঐখোইনা মুন্না খংবা ঙমই। লৈবাক অসিগী ওইনা তঙাইফদনা তৌদবা য়াত্রবা ফিবম খরা লৈবদগী মহাক্না চহি ৭ তগী ১৪ ফাওবগী মনুদা লৈবা অঙাংগী এডুকেশন অসিগীদমক্তা অহানবগী ওইনা পুক্লিং চংখিবগী রাকমতনি। মহাক্না কৈদৌঙৈদস্থু এডুকেশনগী অতোপ্পা থাকশিংবু হস্থনা খল্লমদে। শম্না হায়রবদা মহাক্না বেসিক এডুকেশনবু হান্না পাইখৎতবা য়াদবগী মওংদা পাইখৎনৈবা হোৎনখিবগী মরমদি অসিগুম্বা য়ামত্রবদা মী খুদিংমক্না কংকম থোকপা শিক্ষা (minimum universal education) অসি অনৌবা ভারতকী প্রজাতন্ত্র অসি মায় পাক্না চৎথনবগীদমক্তা তঙাইফদনা দরকার লৈবদগীনি। অসিগুম্বা এডুকেশন অসি কদাই কাওবা দরকার লৈরবগে হায়বগী মতাংদা মহাক্না অস্থুম্না হায়রমই— "I think,

we can pospone the question of higher education for some time, but the problem of primary education cannot be posponed even for a moment." 6.

## (২) Craft as the Centere of Education :—

শিক্ষা অসি করিগুম্বা পোখোক লৈবা শিক্ষাগী মচাক চেনবা ক্রাফ্ট নত্রগা থবক খরগী মতেংনা পিগদোবনি হায়বা অসিনা শিক্ষা অসিগী অনিশুবা নিয়মনি। অমরোমদা হায়রুরগা স্কুলদা পিগদোরিবা ইনষ্ট্রকশন পূম্নমক অদু ক্রাফ্ট অদুনা কেন্দ্র ওইরগা পিগদোবনি হায়বনি। জাকির হুসেন কমিটিগী মত মতুংইল্লবদি "হৌজিক কালগী শিক্ষাগী রাখলদি মতিকচাবা পোখোক লৈবা থবক্কী মওংনা পাম্বৈ ওইরগা অঙাংশিংদা শিক্ষা পিবা হায়বা রাখল অসি য়েংনবা লৈতনা য়ানরি। মেথোড অসিবু integral all-sided education পিনবগীদমক্তা খরাইদগী মরিকচুম্বা পাম্বৈনি হায়না খল্লরি।" 7.

কমিটি অসিনা মেথোড অসিগী মপুংফাবা অমসুং খুদোংচাবা কয়া থম্বা ওম্নবগীদমক্তা অরেপ্পা ফিবম খরা পিরমই।

6. Educational Reconstruction, P. 96.

7. Ibid, P. 12.

("অহানবদা, খল্লিবা ক্রাফট নত্রগা পোখোক লৈবা খবক অহ্ন শিক্ষা পিবা য়াবা মতিক চাবা মচাক য়াওগদৌবনি। মসি মীওইবগী একটিভিটিজ অমস্নং ইন্টারেষ্ট কয়াগস্নু নেচরেল পোইন্ট ওফ কোরিলেশন থমগদৌবনি, অদুগা স্কুল করিকুলমগী বিষয় (Contents) পূম্নমকপুস্নু ফাওনা শন্দোকদৌবনি। অনৌবা এডুকেশন স্কীম অসিগী উদ্দেশ্যদি ইচম চম্না ক্রাফ্ট খরা মেকানিকেলি শুবা হৈবা ক্রাফ্টমেন পুথোরকবগীদমক্তা নত্তে, তৌইশুমস্নং মসিনা স্কুলগী বিষয়শিংবু তম্বিনবগী ময়োন ওইগদৌবনি। অদুগা পূম্নমক অসিগী মথক্তা Principles of Co-operative activity, planning, accuracy, initiative and individual responsibility in learning অসিবু্স্নু লৈনবা কম্না হোৎনগদৌবনি।" 8.

অসুম তৌদুনা খল্লিবা ক্রাফ্ট অহ্ন শোইদনমক নিয়ম নাইনা অমস্নং ময়ম-চানা তম্বিদুনা মপুংফাবা অমস্নং মরিকচুম্বা লার্নিং পুরকহনগদৌবনি। মসিগী মরিদা এম. এস: পেটেলনা অস্নুম্না হায়রমই— "It must not be learnt as a means either for intellectual work or for economic self-sufficiency. It must be both a means and an end." 9.

8 Educational Reconstruction, P. 122.

9. Educational Philosophy of Mahatama Gandhi, P. 114.

### (৩) Self Supporting Aspect of the Scheme :—

শিক্ষাদি মথন্তা হিংজহনগদৌবনি হায়বা অসিনা স্কীম অসিগী খরাইদগী শীংথানিংঙাই ওইবা শকতম অমনি। মসিনা পামইবদি ক্রাফ্‌টকী পোত্থোক অদু economically paying ওইগদৌবনি হায়বনি। অমরোমদ হায়রুরগা ক্রাফ্‌টকী পোত্থোক্না স্কুল অসি হিংহনগদৌবনি হায়বনি। গান্ধীজিনা শিক্ষাদি মরন-নাই হিংজহনগদৌবনি হায়বা অঁনৌবা রাক্‌ম অমা পুশিনলক-তুনা শিক্ষাগী লমদা অনৌবা চাংয়েং হৌহল্লকলে। শিক্ষাগী লমদা নোভেল মেথোড অসি পুশিনলকপগী মখিদা মহাক্না অস্মু্না হায়রমই— "খুঙ্গংগী দরকার ওইরিবশিং অসি নিংথিনা য়েংলুরবা মতুংদা য়াম্না থাজবগা লোইননা থবক তৌগ-দৌবদি খুঙ্গংগী মীশিং অসি শোইদনমক শিক্ষা পিনবগীদমক্তা শিক্ষাদি মথন্তা হিংজহনবা ভাই।" 10. মসিদা গান্ধীজিনা লৌরিবা ভাবতি, অঙাং অমনা চহি ১৪শুরবা মতমদা চহি ৭ কী শিক্ষা ফংলদুনা শেন তানবা ঙম্বা মী অমা ওইনা চোং-থোকপা ঙম্রগনি। শম্না হায়রবদা মহাক্কী শিক্ষা প্রণালী অসিগী উদ্দেশ্যদি শিক্ষা পিবগা লোইন্ন লোইননা থবক ফংদবগী মরূ ককথৎপা অসিনি। জাকির হুসেন কমিটিনসু রাকম অসি য়ারমই ; তৌইগুম্বসুং স্কীম অসি থবক ওইনা চৎথবগী মরমদদি করিগুম্বা মতাংদা খুদোংচাদবা থোকলকপা য়াই হায়দুনা মখাগী মওং

10 Harijan, 18-9-'37.

অসিনা চেকশিন্নবা হায়রমই— "শিক্ষা প্রণালী অসি থবক ওইনা পাংথোক্নবগী মতাংদা আর্থিক অবস্থাদা কা হেন্না য়েংশিন-মনখিহনা সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী মচাক পূম্নমক মাংহনখিবা য়াই। মরমদি ওজানা মখোইগী শক্তি অমসুং তৌগদৌবা থবক পূম্নমক ক্রাফ্‌ট ট্রেনিং অহুদগী অভাংশিংগী অশুমনবু মখোইগী কান্নবা মাইকৈতদা কা হেন্না পুক্লিং চংখিহনা ক্রাফ্‌ট অহুগী পাম্বৈনা অভাংশিংগী সোসিয়েল অমসুং মোব্যালগী ফিবমদা জ্ঞান চাওখৎহনগদবা পূম্নমক মাংখিবা য়াই। রাক্ষম অসি অরেপ্পা লৈতনা ট্রেনিং তৌরিবা ওজাশিংদা খংহন্দুনা অমসুং শিক্ষাগী থবক য়েংশিনজিবা মীশিংনা কাওদহনা Self-sufficiency aspect না বেসিক এডুকেশনগী মরিকচুন্নবা এডুকেশনেল একটিভিটিজবু মাংহললোইদৌবনি।" 11.

থবক তৌবদা চংখিবা শেল অহুনা ওজাগী তলব পিবা কোন্নবরা হায়না য়েংনবগীদমক কম্না চাংয়েং তৌহনা হোৎনরি। স্কুল-শং করনিচর, লাইব্রিক অমসুং ক্রাফ্‌টকী থবক তৌবদা চংগদৌবা খুৎশু-খুৎলাই পূম্নমকী চংগদৌবা খরচ পূম্নমক অহুদি রাজ্য-সরকারশিংনা পুগদৌবনি। মসিগীসু মথক্তা রাজ্য-সরকারশিংনা ক্রাফ্‌টকী পোথোক অসি মখোইগী দরকারগী মতুংইন্না শিজিন্নবা অমসুং স্কুলনা লৈরিবা মকম অহুগী লোকেল বোডিশিং

---

11. **Educational Reconstruction.**

অদুগী দরকার মতুংইন্না শিজিন্নরন্নবগী দায়িত্ব ভদুস্ম লৌগ-দৌবনি। মসিদগী অহেনবা পোৎথোকশিং অদু য়োনবগীদমক্তা রাজ্য-সরকারশিংনা marketing facility কয়া শিনলাংবিগ-দৌবনি।

## (8) The Medium of Instruction :—

গান্ধীজিনা য়াম্না তোইনা medium of instruction গী মরিদা কোংদোকখিবা রাখল ময়াম অদু লৌশিনলগা জাকির হুসেন কমিটিনা অচুম্বা মওংদা থেম্নৈনা ফনা লুরবা অমস্তুং অরাবগী মশক ওইরবা medium of instruction গী সমস্যা অসি লেপথোকখিরমই। বেসিক এডুকেসনদি অঙাংগী মমা লোলদা পিগদৌবনি। লুরবা রাক্তম অসিদা মরৈ য়েৎনবগী মফম থমদনা কমিটি অসিনা কোংদোকখিবা মত্তি :— "মমা লোলবু নিংথিনা তম্বিবা হায়বা অসিনা শিক্ষা পূম্নমক্কী য়ুম্ফমনি। অশেংবমক্তি, মমা লোলবু চুম্না অমস্তুং নিংথিনা ইবা পাবা অমস্তুং চংখোম্না ঙাংবা হৈত্রিবমখেদি কনাগুম্বা অমতনা মরিবচুম্বা রাখল চাওখৎ-লকপা ঙমলোই; অচুম্বা রাখল কোংদোকপা ঙমলোই। অদুগীসু মথক্তা মসিনা অঙাংশিংদা জাতি অদুগী heritage of his people's idea, emotion and aspiration বু চুশিনহন্দুনা মমল নাইত্রবা সোসিয়েল এডুকেশন ফংনবগী লম্বী য়াত্তুনা অচুম্বা ethical and moral value কয়াসু চাওখৎহনবা ঙমই।

মসিনা অঙাংগী মহৌশাগী ওইবা রাখল ফোংদোরবগী শন্ধী হাং-দোকপিদুনা aethetic sense বু নিংখিনা appreciation তৌহন্দুনা সাহিত্যবু নিংখিনা নৈনবা ঙমহন্দুনা মুংঙাইবগী রাখল কয়ামরুমগী হৌরকক্ষম ওইহনলি। 12.

## (৫) The Cult of Non-violence :—

রার্দ্ধা স্কীম অসিদি গান্ধীজিগী cardinal creed of non-violence চুপশিন্দুনা ( imbibe ) নত্রগা মচু শংদুনা লৈ হায়বদা খোইদোকপা অকাইবা লৈতে। সেরগাঁওদা তম্বিরিবা লাইরিক মতম্বি উরুরগা শ্রী কেঃ জিঃ মশ্রুরালানা অসুম্না হায়রমই :— "It is the application of the law of non-violence in the training of the child as a prospective citizen of the world." 13. শ্রী মহাদেব দেশাইনসু গান্ধীজিনা শিক্ষাদা অহিংসা নীতি ( cult of non-violence ) পুশিনলকপগী মরিদা শন্দোক্না তাকপিখি। মহাক্না রার্দ্ধা কোনফরেন্সতা ভাষণ পিখিবা মতমদা রাকম অসিগী মরিদা অসুম্না হায়খি—"এডুকেশনবু মথন্তা হিংজহনবগী রাকম অসিনা তাকপাদি এডুকেশনদি অহিংশাগী ideological background দগী লাপথোকহনবা য়াদে হায়বান। ঐখোইনা অসিগুম্না রাখল

---

12. Educational Reconstruction, P. 127.

13. Harijan, 4-12-'37.

অসিবু চেনজ্রবদি ওসি কাংবু কাংবুগী মরক্তা নত্তবা মিৎয়েংনা য়েংনরিবা অমসুং অমনা অমবু ওৎ-নৈরিবা ইচুপলিবা পুম্নমক অসিবু স্কীম অসিনা মাংহন্দুনা অনৌবা যুগ অমা পুরকপা ওমজ্রবদি অসিবু ঐখোইনা কৈদৌঙৈদসু মায় পাকহনবা ঙম-লোই। মরম অদুনা ঐখোইনা থবক অসি চৎথবা মতমদা অহিংশা নীতিদা মপুংফানা থাজদুনা অমসুং অনৌবা স্কীম অসিমক অহিংশাবু অয়ানবা অমসুং অশেংবা পুম্নমকপু কোক-হল্লবগী পাম্বৈ ওইনা লৌবা (শিংদহিাক) মীগী পুক্লিংদগী হৌরকপনি হায়না থাজহনা চৎথগদৌবনি। মেচিন যুগতা থাজ-রিবা মীশিংনা মতুদগী লাকদৌরিবা খুদোংথিবশিং অদু খংবা ঙমদে। মখোইনা industrialization না মপুং ওইবা সমাজ অমা লিংখৎলবদি Socialization অসি লাইনা পুরকতুনা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা অকাইবা (evils) পুম্নমকপু কোক-হনবা ঙমগনি হায়বা অয়ানবা রাখলগী মথাদা থবক তৌই।" 14.

(৬) **Ideal of Citizenship :—**

য়ার্ধা স্কীমবু হৌদোকলক্লবা মীশিংগী (authors) মত মতুং ইল্লবদি ফিদম লৌনকম ওইবা নাগরিকী মওং মতৌ (ideal of citizenship) -শেমগৎপা অসি য়াম্না দরকার ওইরে। য়মদি অনৌবা ভারত অসিদি চাং নাইনা মথং মথং ওইনা

14. Educational Reconstruction, P. 64.

লৈবাক অসিদা লৈবা মীশিংগী social. political, economic and cultural life তা নোংম-নোংমগী প্রজাতন্ত্রগী লম্বীদা চংশিনলকসি। প্রজাতন্ত্র ওইবা লৈবাক্কী নাগরিক খুদিংমক মতিকচাবা অমসুং মথৌ মশক খংবা মী ওইদবা য়াদে। অসি-গুম্বা মতিকচাবা অমসুং মথৌ মশক খংবা নাগরিক পুথোক্নবগী অমতা ভাইরবা পাম্বৈদি শিক্ষানি। মরম অসিদগী অনৌবা শিক্ষা অসিদা কিদম লৌনখ্রম ওইবা নাগরিক্কী মকম থমদবা য়াদে। জাকির হুসেন কমিটিনা ভারতকী শিক্ষাগী লমদা ideal citizenship দরকার ওইবগী মরিদা মখাগী মওং অসিদা হায়রমই— "অনৌবা মীয়োন-অসিদি শোইদনমক মখোইগী সমস্যা, দরিদ্র অমসুং তৌকম থোকপা মথৌ মশক মুন্না খংনবগী খুদোংচাবা ফংলগনি। মরম অসিদগী নাগরিক খুদিংমক্না মশা মশাগী দরিদ্র অমসুং মথৌশিং অদু মরম চানা অমসুং শিংনা শিজিন্নবা ওম্নবগীদমক্তা মী খুদিংমকপু খরাইদগী য়ামদ্রবা শিক্ষাগী থাক অদু ফাওবদি ফংহনবা ওম্নবগীদমক্তা অনৌবা মওংগী শিক্ষা অমা তঙাইফদনা দরকার ওইরে। অনিশুবদা, অনৌবা যুগ অসিদদি নাগরিকশিং অসি হৈশিংলবা নাগরিক ওইহন্দুনা সমাজদা মাগী তৌবম থোকপা মথৌ কয়া পাংথোকহন্দুনা নিংথিনা শিনলাংলবা চাওখৎলবা কমিউনিটি অমগী একটিভ মেম্বর ওইহনগদৌবনি। Drag and parasite তমক পুথোকপা ওম্বা শিক্ষানা মসিদা করিস্থ তৌবা ওম্রবোই। অসিগুম্বা শিক্ষানা

productive capacity and efficiency of society বু শোনখহনবতা নত্তনা dangerous and immoral mentality অমবু য়োকখৎলকই। স্কীম অসিনা পামইবদি মথন্তা হিংজবা ওম্বা অমসুং হিংজবসু পাম্বা খবক শুবা মী পুখোকপনি। অসিগুম্বা মীশিং অসিনা কান্নবা খবক পূন্নমক—মেন্নুয়েল য়ার্ক অমসুং লমজাও রাইশিংপা ফাওবদা ইকাই খুম্নবা য়াবা খবক্তি হায়না লৌগনি। স্কুলদা তৌরিবা খবক্তা কমিউনিটিদা তৌরিবা খবকগী মরক্তা নক্নবা মরি থমইবা অসিনা অঙাংশিংনা স্কুলগী এনভাইরোনমেণ্টতগী হৈনরকপা, চুনরকপা outlooks and attitudes কয়া অদু স্কুলগী মপান্দা লৈবা অচৌবা সমাজ অদুদা শিজিন্নবা ঙমগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা ঐখোয়না পাংখোকে হায়না খল্লিবা অনৌবা স্কীম অসিনা তুংদা লাক্কদৌরিবা নাগরিকশিংদা keen sense of personal worth. diginity and efficiency বু চাওখৎহন্নবা হোৎনবা মরম্না কো-ওপরেটিভ কমিউনিটি অমদা লৈবা মীশিংগী মরক্তা self-improvement and social service তৌনিংবগী রাখল অদু কনশিনহনবা ঙমগনি।" 15.

**(৭) The Idea of Co-operative Community :—**

স্কীম অসিনা নৌরিবা অঙাংশিংদা কো-ওপরেটিভ কমিউনিটিগী রাখলবু চেন্নবা কন্না হোৎনগনি। অসিগুম্বা রাখল

15. Educational Reconstruction, P. 94.

অসিবু অঙাংশিংগী পুক্লিংদা হকচিননবগীদমক্তা অঙাংশিংগী অমস্তুং ইনখৎলকইবা নহা কয়াগী চিংথোক চিংশিন অমস্তুং শেমদোক শেমজিন তৌবা য়ারিবা চহিশিং অসিদা সোসিয়েল সারভিস্‌কী থবক কয়ামরুম্না মোটিভ কোরস ওইহন্দুনা পাংথোক্নবা হোৎন-গদৌবনি। অসিগীস্তু মথক্তা ছাত্রশিং অসিনা মতম অয়াম্বদা পুম্না থবক তৌমিন্নহনা লৈগদৌবা মরম্না ক্লাসতা লাইব্রিক তমলিতৈগী মতম কাওবদা মখোই মশেন অসি অমগা অমগা জাতিগী শিক্ষাবু চাংয়েং তৌবদা directly and personally মরি লৈনৈ অমস্তুং পুম্না থবক তৌমিননরি হায়বা রাখল কাওবা মখোইগী মরক্তা চেলহনবা ঙমগনি।

## (৮) Correlated Teaching :—

শিক্ষা অসিদদি অঙাংশিংদা লাইব্রিক তম্বিবা মতমদা মরি লৈননা তম্বিবা হায়বা অসিনা মরু ওইবা নয়মনি। মরমদি শিক্ষা অসিদদি জ্ঞান হায়বা অসি মপুম ওইবা পোৎশক অমনি হায়না লৌই। অসিগুম্বা মপুম ওইবা জ্ঞান অসিবু মচেৎ মচেৎ খাইদোক্লবদি অমাংবা কয়াস্তু থোকলকই। শম্না হায়রব-বদা স্কুলগী বিষয় পুম্নমক অসি কেন্দ্র ওইরিবা ক্রাফ্‌ট অত্থুগা মরি লৈনহল্লগা অঙাংশিংদা পিবা য়াবা জ্ঞান পুম্নমক পিগদৌ-বনি। বিষয় কয়ামরুমবু ক্রাফ্‌টতনা ময়াই থংবা পোৎশক অত্থু ওইরগা তম্বিবা হায়বা অসিদা খুদোং চাদবা— বিষয়

পুন্নমকপু ক্রাক্‌টতনা কোনবা থুংলক্কবা কয়া মেথোড অসি শিজিন্নরকপা মতমদা তোইনা থেংনরকই। মরম অসিদগী অঙাংগী অকোইবদা লৈরিবা সমাজগী মওং মতৌ অমস্যুং প্রকৃতিগী মওং মতৌদগীস্যু মতেং লৌগদৌবনি।

কোর্রিলেশন হায়বা অসিমক্তি ইনৌ নৌবা মেথোডতি নত্তে। হরবার্ট অমস্যুং অতোপ্পা এডুকেশনিষ্টশিংনা কোর্রিলেটেড মেথোডতনা অঙাংশিংদা মপুংফাবা জ্ঞান পিবা ঙমগনি হায়না মত পিরমই।

মথক্কী নিয়ম খরা অসিদা য়ুমকম ওইরগা জাকির হুসেন কমিটিনা চহি তরেৎ চুপ্পগী শিক্ষাগী মরু ওইবা আউটলাইন্‌বু কোর্রিলেটেড প্রোগ্রাম ওইনা শেম-শাগ্রিবনি। শম্না হায়রবদা হায়রিবা মতম অসিদা অঙাংশিংনা সোসিয়েল অমস্যুং সিভিক্‌ ট্রেনিংগী দরকার লৈবা শরুক মখেদি তানশিনহোবা ঙমগদরা হায়না খল্লি।

---

# বুনিয়াদী শিক্ষাগী ইতিহাস

ঙসি বুনিয়াদী শিক্ষাবু হৌদোকপিরম্বা গান্ধীজিগী মঙ্গিং তাদবা অমসুং মশক খংদবা কনা য়াওরিবগে ? লৈবাকী মপু ওইবিরম্বা গান্ধীজিনা হিংলিৱৈদা জাতিগী অমসুং লৈবাকী ওইবা হিরম খুদিংমক্তা ভারত বাসীশিংবু লমজিংবিরমই। রাজনীতিগী মরমদা, পৈশা-মুংশাগী মরমদা, সমাজ অমসুং ধর্ম্মগা মরি লৈনবা হিরম কয়ামরুমদা মহাক্না নৈনখিদবা করম্বা য়াওখিবগে ? চুম্না নৈনরগা তোকখিবসু নত্তে; বিষয় খুদিংমক্তা মশাগী মত কয়া পিহনা থবক চৎথখিবা ঙাক্তনি। রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা, সমাজ সংস্কারদা, অচুম্বা অমসুং অহিংসাগী চাংয়েংদা গান্ধীজিবু লময়ানবা অমা ওইনা মীয়াম্না খংনখিবনা মহাক্না ভারতকী শিক্ষাগীদমক্তা মমল নাইরবা থবক কয়া তৌবিরম্বা অদু অয়াম্বনা খংনবিদরে। ভারতকীদমক্তা ভারতকী ফিবমগা চপ চানবা মওংদা অনৌবা শিক্ষা হৌদোকপিরম্বা অমতা ঙাইরবা ভারত মচাদি গান্ধীজিনি। সমাজ অমবু হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চাওখৎপগী থাক্তা পুরকে হায়রবদি লৈবাক অদুগী শিক্ষাগী মওংদা মপুং ওইনা তাঙ্কই হায়বা অসি গান্ধীজিনা নহা ওইরিৱৈদগী য়াম্না নিংখিন খংলমই।

গান্ধীজিনা ভারতকী সমাজগী ফিবম অসি ওহোকপা মথং অমদা লৈরে হায়বা অসিসু মুন্না খংলমই। অসিগুম্বা সমা

অসিদা মী অমগা অমগা নুংশিনদে; অচৌবনা মচাবু নমথনবা হোৎনৈ, ইনাকখুনবা মীনা লাইরববু উশিত্তবগী মিৎয়েংনা য়েংই; কলম পায়বা কাংবুনা খুৎনা থবক নোমত্তুনা চারিবা কাংবুবু হন্থবা মিৎয়েংনা য়েংলি। অসিগুম্বা কিবম অসিদগী সমাজগী মনুংদা অমগা অমগা নুংশিনদবা অমসুং হিংশাগী থবক কয়া-মরুম থোকলকই। পুন্নমক অসিগী হোৌরককমদি লৈবাক অসিগী শিক্ষাগী মওং শোইবদগীনি। অশোইবা সমাজ অসিগী মহুত্তা ইনৌ নৌবা সমাজগী মওং অমা পুরকেঁ হায়রবদি লৈবাক অসিগী শিক্ষাগী মওংসু ওনবা তাই। মরমদি শিক্ষাগী মওং মতুংইন্না সমাজসু ওনলকদৌরিবনি। মরমু অসিদগী গান্ধীজিনা খৃষ্টাব্দ ১৯০৮ গী মমাংদগী হৌনা ভারতকী অনৌবা শিক্ষাগীদমক্তা ফোইনিক্স সেটল্‌মেণ্টদা ( Phoenix Settlement ) চাংয়েং তৌবা হৌখিরমই। চহি ৪০ দগী হেন্না হোৎনরবা অমসুং চায়েং তৌরুরবা মতুংদা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ কী জুলাই থাদা মহাত্মা গান্ধীনা মাগী শিক্ষাপ্রণালী অসি 'হরিজন' হায়না কৌবা চেকোং অদুদা ময়েক শেংনা ইবিখি— "ঐগী মত মতুংইন্নরবদি অঙাং অমসুং মী অমগা হুকচাং, পুক্নিং অমদি আত্মাদা লৈরিবা থরাই-দগী হেন্না ফবা শরুক অদু চাং চপ মান্নবা মপালদা চিংথোক-পগী থবকপু শিক্ষা কৌই। ময়েক চৎপা হায়বদি ইবা, পাবা অমসুং মশিং থিবা থনা হৈরগা শিক্ষা কংলে হায়না লৌবা য়াদে। ময়েক চৎপা হায়বা অসিদি শিক্ষাগী অহৌবসু নত্তে,

অদুগা অয়োইবসু নত্তে। মসিদি মুপা মচা অমসুং মুপী মচা-শিংবু শিক্ষা পীনবা পাম্বৈশিং অদুগী মরক্তগী পাম্বৈ অমনি। মরম অসিনা ঐনা অভাংশিংগী মহৈ মশিং তম্বা অসি থবক অমনা পাম্বৈ ওইহনা তম্বিবা হৌরগনি। অসিগুম্বা মথলগী শিক্ষাদা অভাংনা তম্বা হেক হৌবদগীনা পোত্থোক পুথোকহনবা ঙমগনি; পোত্থোকশিং অসি রাজ্য—সরকারনা লৌশিনলবদি স্কুল খুদিংমক মরনাই হিংজবা ঙমগনি।" 16. অসিগুম্বা অনৌবা শিক্ষা প্রণালী অসিবু রার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন কৌই।

গান্ধীজিগী অসিগুম্বা revolutionary scheme অসি কোংলুবদগী মতম অদুগী মীয়ামগী শিক্ষাগী রাখল অদু ইচাই চাইহনমই। মরমদি মাগী শিক্ষাগী রাখল অসি মতম অদুগী এডুকেশনিষ্টশিংগী রাখলদগী ইওন ওন্নরমই। মরম অসিদগী মতম অদুগী অথং অহৈশিংনা য়াথিংদরহনা স্কীম অসিবু re-actionary, anti-revolutionary, medieval, unpracticable, fadist, spiritual অসিনচিংবা কয়া হায়দুনা আলোচনা তৌরমই। অসিগীসু মথক্তা গান্ধীজিগী মরুপশিং অমসুং মাগী রাখলবু য়ানিংদরা কাংবুগী মরক্তসু মত য়াম্না খেনরমই। অদুগা গান্ধীজিগী রাখলদা থরাই হকচাং য়াওনা থাজবা মী থরতনা শন্দোক্না

16 Harijan, 31-7-'37.

তাকললকপা ঙাইরমই। স্কীম অসিবু য়ানিংদবা কাংবুনা স্কীম আস গান্ধীজিনা থাঙ্ললকপা ওইথোকলরোইদবা স্কীমাশং অদুগী মরক্তা খরাইদগী ওইথোকলরোইদবা স্কীমনি হায়না য়েংলমই। সরকারগী কর্ম্মচারি কয়ানস্থ ওন্থোকপা মওংদা নোক্লরমই। তৌই-গুম্বস্থং আলোচকশিং অদুদা মহাক্লা মরম চানা পাওখুম পিরমই; অদুগা মাগী রাখলবু মমুং-তানা খংবা পাম্বা মীশিং অদুদা নিংথিনা তাকপিদুনা লমজিং পিবিরমই। অস্থুম তৌদুনা মাগী রাখল অসিদা য়াবা মী খরস্থ চোংথোকাখিরমই; খর অমনা মাগী মী ওইশিনখিরমই।

মতম অসিমক্তদা রার্দ্ধাদা লৈবা মাররাড়ি হায় স্কুল মতুংদা নব-ভারত বিদ্যালয় হায়না মমিং ওনখিবা স্কুল অদুগী সিল-ভর জুবিলী থোকলমই। অসিগুম্বা ফঙ্কসন অসিগী থবক শিনলিবা কাংবু অদুনা থৌদোক অসিদা জাতিগী শিক্ষাগী পুকচেল চেনবা এডুকেশনিষ্ট খরগী অপিকপা কোনফরেন্স অমা কমলগা গান্ধীজিনা 'হরিজনদা ফোংখিবা শিক্ষাগী রাফম অদুগী মরমদা খন্নবা পামলমই। গান্ধীজিনা রাফম অসি য়াবিগ খবগা লোইননা কোনফরেন্স অদুবুস্থ প্রেজাইড তৌবিগনি হায়নস্থ য়াখিরমই। অস্থুম তৌদুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭কী ওক্টোবর থাগী তাং ২২ অমস্থং ২৩দা গান্ধীজিনা সভাপতি ওইদুনা অপুনবা ভারত জাতিগী এডুকেশ-নেল কোনফরেন্স কমখিরমই।

সভা অসিগী য়াহৌদোক ওইনা গান্ধীজিনা মহাকী শিক্ষা দর্শনগী মরুওইবা নিয়ম কয়ামরুমবু শন্দোক্না তাক্লুনা অশাংবা ভাষণ পিবিখি। মথংদা স্কীম অসিগী মরুওইবা মওংশিং অহুগী মরমদা ডাক্তর জাকির হুসেন, প্রোফেসার কেঃ টিঃ সাহ, বিনোবা-ভাবে; কাকা কলেকার, মহাদেব দেশাই অমসুং এডুকেশন মিনিষ্টর কয়ামরুমগা লোইননা খন্নরমই। মতম চংনা খন্নরবা মতুংদা সভা অসিনা ভারতকী অনৌবা শিক্ষাগী থৌরাংগীদমক্তা অয়েৎপা লৈতনা মখাগী মতমগা চুনরবা য়ারেপশিং অসি তাখিরমই।

(১) ভারতকী নুপা মচা অমসুং নুপী মচাশিংবু শোইদনমক চহি তরেৎ চুপ্পা পৈশা তিংহন্দনা লাইরিক তমহলগদৌবনি।

(২) লাইরিক তম্বগী থবক্তা মমালোন্দা চৎথগদৌবনি।

(৩) মহৈ তম্বা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা শিক্ষাগী মচাক য়াওবা অথন্নবা পোত্থোক লৈবা থবক কয়ামরুম্না কেন্দ্র ওইরগা খুৎনা শুবগা লোইননা অঙাংগী অকোইবদা লৈরিবা মখোইনসু খুৎলোইরবা পোৎশিং অহুদগীসু মতেং লৌরগা য়ারিবমখৈ কেন্দ্র ওইরিবা থবক অহুদা মরি লৈনহল্লগা পিবা য়াবা জ্ঞান পুন্নমক পিগদৌবনি।

(৪) শিক্ষা প্রণালী অসি নিংখিজনা চৎথরবদি মথং মথং ওইনা অঙাংশিংনা পুথোকলকপা পোত্থোকশিং অহুদগী কংলকপা শেলনা ওক্সাগী ভলব ফাওবা কোন্নহনবা ঙমগদবনি।

সভা অসিনা ওন্না ওইহনা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্বিবদি ওইথোক্কবা মরম্না মপুংফানা থবক চৎথনবা হায়রুনা অতোপ্পা কমিটি অমা শেমখিরমই। জাকির হুসেন্না সভাপতি ওই হায়রুনা কমিটি অসিগী মমিংবু ' জাকির হুসেন কমিটি ' হায়না খংনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮দা কমিটি অসিগী মপুংফাবা রিপোর্ট ফোংখিরমই। রিপোর্ট অসিবু রার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন হায়না খংনৈ। স্কীম অসি ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী চহি অহুদা হরীপুরদা কমখিবা সেসন্দা পুথোকখিরমই। সভা অসিনা স্কীম অসি য়াখিরমই। কংগ্রেস অহুনা ডাক্তর জাকির হুসেন অমসুং ইঃ ডব্লিউ এয়্যানায়াকমবু ( E. W. Aryanayakam ) থুনা গান্ধীজিগী পাংওতাক অমসুং লমজিং মখাদা অপুনবা ভারতকী শিক্ষাগী সভা ( All India Board of Education ) অমা লিংখৎনবগীদমক্তা শিন্নরমই। হায়রিবা বোর্ড অসিগী মরু ওইবা মথৌদি বেসিক নেশনেল এডুকেশনগী মপুং-ফাবা প্রোগ্রাম শেম্নগা প্রোগ্রামশিং অদু রাজ্য-সরকারশিংদা চংহন্নবা হোংনবা অসিনি।

বেসিক এডুকেশন অসি লৈবাক অসিগী শীংথানবা য়ারবা এডুকেশনিষ্ট কয়ামরুমদগী অমসুং ভারত জাতিয় কংগ্রেসতগী মতিক চাবা মতেং কংলবসু শিক্ষা অসি মপুংফানা চৎথনবগী-দমক্তা সরকারগী মতেং য়াম্না দরকার ওইরমই। সেন্ট্রল এডভাইজরি বোর্ড ওফ এডুকেশন্না অনৌবা স্কীম অসিগী মেরিট

কয়ামরুমবু খংলহুনা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৮ গী জানুয়ারী থাদা মতম অদুগী বোম্বাইগী প্রেমিয়ার অমসুং শিক্ষা মন্ত্রি শ্রী বিঃ জিঃ খেরবু সভাপতি ওইহন্দুনা রাক্কা স্কীমবু Abbott wood না 'জেনেরেল এণ্ড ভোকেশনেল এডুকেসনগী মরিদা পিরকপা রিপোর্টশিং অদুগসু চাংদমনহুনা য়েংনবগীদমক্তা কমিটি অমা খনখিমরই। Abbott wood কী 'ডি রিপোর্ট ওন ভোকেশনেল এডুকেশন' হায়বা অদুদা ইথা থাজদনা গান্ধীজিগী স্কীম অসিবু সহযোগ তৌরমই। রিপোর্ট অসিদা মেনুয়েল রার্কপু শিক্ষা পিনবগী পাম্বৈ অমনি (a medium of instruction) হায়না ময়েক শেংনা ইরমই। মতম চংনা খল্লরবা মতুংদা কমিটি অসিগী রিপোর্ট থাগৎখিরমই। সেন্ট্রেল এডভাইজরি বোর্ড ওফ এডুকেশন্না খের কমিটিগী রিপোর্ট অসি মুন্না নৈন্নরবা মতুংদা মসিগী অয়াম্বা শরুক য়াখিরমই। খের কমিটিগী রিপোর্ট অসিনা রাক্কা স্কীমগী মরুওইবা নিয়মশিংবু (Central principles) য়াবা মরম্না স্কীম অসিগী মরিদা ভাংনম্বা অমসুং য়েংনরম্বা (controvresy) পুম্নমক তুমিন্না লৈনখিরমই। মতৌ অসুম তৌহুনা ভারতা শিক্ষাগী অনৌবা যুগ অমা হৌখিরমই।

সেন্ট্রেল এডভাইজরি বোর্ড ওফ এডুকেশন্না য়াখিবা খের কমিটিগী রেকোমেন্দেসন খরা মখাদা পিরি।

(১) বেসিক এডুকেশনগী স্কীম অসি অহানবগী ওইনা খুল্লংদা হাম্না হৌগদৌবনি।

(২) কম্পলসনগী চহিদি ৬ তগী ১৪ ওইগদৌবনি; তৌই-শুম্বস্নুং অঙাংশিংনা চহি ৫দগী বেসিক স্কুলদা তম্বা হৌগে হায়রবদি তমহনবা য়াগদৌবনি।

(৩) বেসিক স্কুলদগী অতোপ্পা বেসিক নত্তবা স্কুলদা অঙাংশিংনা চৎনিংলবদি ৫শুবা শ্রেণী মতুংদা হায়বদি চাওরাক্লা চহি ১১ শুরবা মতমদা চৎহনখিবা য়াগনি।

(৪) লাইরিক তম্বিনবা লোলদি প্রাদেশ অচুগী লোলনা ওইগদবনি।

(৫) ভারতকী ওইবা লোল অমদি দরকার ওই। মসিমক্তি ময়েক্লা উর্দু অমস্নুং হিন্দি অনিমক লৈহল্লগা হিন্দুস্থানীনা ওইগদৌবনি। ময়েক খনবগী মতাংদা অঙাংশিংদা ওপশন পিগদৌবনি। ময়েকশিং অসি তম্বিনবগীদমক্তা প্রোভিশন থমগদৌবনি। ওজা খুদিংমক্লা ময়েক অনিমক খংগদৌবনি।

(৬) ৱার্দ্ধা স্কীম নত্রগা বেসিক নেশনেল এডুকেশন অসি থবক তৌনা তৌনা লাইরিক তম্বিবা হায়বা নিয়ম (principle of learning by doing) অসিগী মতাংদদি Abbott wood কা রিপোর্টতা য়াওরিবা রেকোমেন্দেশনশিংগা য়ানৈ। মখাগী শ্রেণীদদি এবটিভিটি অসি মখল কয়ামরুমগী ওইগনি। মসিনা শ্রেণী খরা ৱাংলগা বেসিক ক্রাফ্ট অমনা মচুৎ শিনগনি। ক্রাফ্ট অসিগী লোখোক অচু য়োনবা য়াগদৌবনি। মসিদগী ফংলকপা শেল অঙ্গনা স্কুল অচু য়োকখৎকদবনি।

(৭) খরাইদগী য়ামদবা শ্রেণীদদি শিক্ষা অসি মপুং ওইনা একটিভিটিগী পান্থৈতনা পিগদৌবনি।

(৮) বেসিক ক্রাফ্‌টকা মরি লৈনহন্দুনা তম্বিবা য়াদবা কল্চরেল সবজেক্স খরা অতুদি তোঙাম্না তম্বীগদৌবনি।

(৯) ওজাশিংগী ট্রেনিং অসি অনৌবা অমস্থুং হেন্না কবা মওংদা শেমদোক্কদৌবনি; মখোইগী ফিবমস্থু (Status) য়াংখৎহনগদৌবনি।

(১০) ওজা অমতনা থা অমদা লুপা ২০ দগী তাদনা ফংগদবনি।

(১১) নুপী ওজা মশিং হেন্সৎনবা হোৎনগদবনি।

(১২) বেসিক স্কুলদি মতিক চাবা ট্রেনিং তৌরিবা ওজা ফংলবা মতমদতা হোৌগদবনি।

(১৩) করিকুলম অসিস্থু একস্পেরিয়েন্সকী মতুংইন্না ওনবা দরকার ওইরে।

(১৪) বেসিক স্কুলদা ইংলিস অসি ওপসনেল সবজেক্স ওইনা থমলোইদৌবনি।

(১৫) রাজ্য—সরকারশিংনা কমিউনিটি থুদিংমক্তা ধর্ম্মগী লাইব্রিকস্থু অম্মনবগী খুদোংচাবা পিগদৌবনি।

(১৬) মপালগী পরিক্ষা লৌহনবগী দরকার লৈতে। বেসিক স্কুলগী কোস্‌ লোইরগা মহুংগী পরিক্ষাগী কল মতুংইন্না স্কুল থাদোকপগী সার্টিফিকেট পিগদৌবনি।

(১৭) অতোপ্পা স্কুলদা তম্লিংবা ছাত্রশিং অতুগীসু চহি ১১গী মতুংদা ওইরবদি স্কুল থাদোকপগী সার্টিফিকেট পিগদবনি ।

(১৮) ক্লাস হায়গৎপগী মতাংদদি মনুংগী পরিক্ষাগী ফল মতুংইন্না লেপকনি। তৌইগুম্বসুং মনুংগী পরিক্ষাগী ফল অতুদি সিউপরবাইজরশিংনা য়েংশিনবা তাই।

খের কমিটিগী রেকোমেন্দেশনশিং অসি প্রদেশ সরকার-শিংদা শোইদনা তৌদবা য়াদে হায়না হুকুম তৌবদি নত্তে। ইচম চম্না মখোইগী শিক্ষাগী থুজিল থৌরাংশিং অমসুং প্রোগ্রাম-শিং অতু রেকোমেন্দেশনশিং অঁসিগী মতুংইন্না মকম অতুগী ফিবমগী মতুংইন্না খরা হোংদোক হোংজিন তৌবা দরকার লৈরবসু শেমদোক্লগা রি-ওরিয়েন্টেশন তৌবিয়ু হায়না পাওতাক পিবতনি।

হরীপুরদা ফমখিবা কংগ্রেসকী সেশন্দা লেপ্পখিবা রারেপকী মতুংইন্না খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী এপ্রিল থাদা ভারত অপুম্বগী শিক্ষাগী সভা হিন্দুস্থানী তালিমি সঙ্ঘ অসি মায়থা প্রদেশতা রার্দ্ধাগী মনাক্তা লৈবা সেরগাও কৌবা মকম অতুদা লিংখৎ-খিরমই। সঙ্ঘ অসিগী অহানবা তৌগদৌবা থবক্তি স্কীম অসিগী নিয়মশিং ( principles ) অসি চাংয়েং স্কুল কয়াদা চাংয়েন্থুনা থবক ওইনা চৎথবা য়াবরা হায়না চাং য়েংবনি। মসিনা বেসিক এডুকেশনগী লমদা মপুংফাবা রিসর্চ তৌরমই। অতুগা শিক্ষা অসিগী লমদা মখল মখলগী চাংয়েং তৌরিবা সরকার-গী নত্রগা প্রাইভেট ইনষ্টিট্যুশনশিংগা কোওপরেত তৌনবা

লাংতক্করমই। মতম অসিদা ভারতকী প্রদেশ ১১ গী মনুংদা প্রদেশ ৭তি কংগ্রেসনা মন্ত্রি ওইরম্বা মরম্না প্রদেশ সরকারশিংদগী সহযোগ ফংনবগীদমক্তি য়াম্না খুদোংচারমই। অদুগীসু মথক্তা প্রদেশশিং অসিগী শিক্ষা মন্ত্রিশিং অদুসু ৱার্দ্ধা কোনফরেন্সতা খন্নবা য়াওখিবা অমসুং ৱারেপশিং অদু পাস তৌখিবদা অচৌবা শরুক য়াখিবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি লৌদুনা হিন্দুস্থানী তালিমি সঙ্ঘনা মন্ত্রিশিং অদুদা মখোই মখোইগী প্রদেশতা অহানবদা চাংয়েংবগী মওংদা বেসিক স্কুল কয়া হৌবিয়ো হায়না হায়জখিরমই। মসিগী মথক্তা সঙ্ঘ অসিনা জাতিগী ওইবা ইনষ্টিট্যুশন কয়ামক্তমদা নঈ-তালিমবু শন্দোকপদা মতেং পাংবিয়ু হায়জখিরমই।

মতৌ অসুম তৌদুনা বেসিক এডুকেশনগী অহানবা চহি অসিদি শিক্ষা অসিবু মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরমই অমসুং আশা তৌনরমই। চহি অসিমক্তা বোম্বাই, বিহার অমসুং উরিষ্যাগী সরকারশিংনা স্কীম অসি নিংথিনা চংথবা য়াম্নবগীদমক্তা বেসিক এডুকেশন বোর্ড কয়া শেমখিরমই অমসুং বেসিক এডুকেশনগী স্পেশ্যাল অফিসার কয়াসু হাপখিরমই। চহি অসিমকী মনুংদা বোম্বাই; বিহার, উত্তর প্রেদেশ, মাধ্য প্রদেশ, উরিষ্যা অমসুং কাশ্মীরনচিংবদা ট্রেনিং সেণ্টর কয়া লিংখৎলমই। অসিগুম্বা সেণ্টরশিং অসিদা ওজা কয়া ট্রেনিং তৌরমই। এনথিউজিয়্যাজমগী ইথক অমা ভারত পুম্নমক্তা শন্দোকখিরমই।

অনিগুবা চহিদদি সজ্য অসিনা ট্রেনিং সেন্টরশিংগা পুন্না তোংনবদগী ট্রেনিং তৌরবা ওজা কয়া কংলবা মরম্না বেসিক স্কুল য়াম্না লিংখৎখিরমই। চহি অসিগী এপ্রিল থাদা বিহার সরকারনা অনৌবা বেসিক স্কুল ৩০ চম্পারাম জিলাদা লিংখৎ-খিরমই; বোম্বাই সরকারনা জিলা বোর্ড স্কুল ৫৮ দা বেসিক এডুকেশন হৌহনখিরমই। গুজরাট, মহারাষ্ট্র অমসুং কর্নাটক্তা অতোপ্পা স্কুল ২৮ অমসু লিংখৎখিরমই। চহি অসিগী মে থা কাওবদা ট্রেনিং স্কুল ২৮ অমসু লিংখৎলমই।

## অহানবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

চহি অমা মথাই চুপ্পা চাংয়েং তৌরুবা মতুংদা শিক্ষা অসিগী কর্ম্মচারিশিংনা থবক তৌরুবদগী থেংনরকপা খুদোংচাদবা হিরম কয়ামরুম অদু খন্নরগা অপুনবা ভারতকী ওইবা পোলিসি অমা চৎথবা য়াম্নবনীদমক্তা কোনফরেন্স অমা কন্বা পাম্নরমই। শিক্ষা অসিগী কর্ম্মচারিশিংগী অসিগুম্বা ফিবম অসি উরদুনা বোম্বাই সরকারনা শিনলাংল্লো অহানবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স পুণাদা চহি অসিমক্তদা কমখিরমই। কোনফরেন্স অসিদা শিক্ষা অসিগী কর্ম্মচারিদা নত্তনা শিক্ষাগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মত চেনবা এডুকেশনিষ্ট কয়াসু য়াওরমই। কোনফরেন্স অসিদা য়াওখিবা মীশিংনা মখোই মখোইগী মতশিং

অহু অপনবা লৈতন কোংদোক্করবা মতুংদা ইংলিসত্তা মতম কুইনা ভারতকী শিক্ষা অসি চংথরকপা মরম্না ভারতকী করিগুম্বা লোল অমদা লাইরিক তম্বিবা অসি য়াম্না লুনা থোক্লে। মরম অসিনা ভারত অপুম্বগী নিয়ম অমা ওইনা বেসিক স্কুলদতা নত্তনা স্কুল পুম্নমক্তা অঙাংশিংনা চহি তরেংকী চাং নাইবা শিক্ষা কংদ্রিবমখেদি ইংলিস অসি স্নুকতম তমহনলোইদবনি হায়বন-চিংবা স্কীম অসিবু মপুংফানা চৎথবা য়ানবগী রাকম কয়ামরুম লেপ্লখি

কোনফরেন্স অসি অপনবা লৈতনা অচৌবা আশা অমসুং এনথিউসিয়্যাজমগা লোইননা লেৎইশিনখিদি হায়ববু মতম অদুগী ভারিতকী অমসুং পৃথিবীগীসু ওইনা রাজনীতিগী ফিবম কৎচিন-লকলমদে। পৃথিবীগী অনিশুবা লালজাও হৌরক্কুনা অঙকপা কংনা মাং-তাকহনবা হৌরকলমই। ভারতপুসু লালজাও অসিদা নমহনা য়াওহনখিরমই। গবর্ণর জেনেরেলগী অসিগুম্বা কাহেনবা পোলিসি অসিদা কংগ্রেস মিনিষ্ট্রিশিং অসি থবক থাদোকখিরমই। কংগ্রেসনা আফিস থাদোকখ্রবদি রার্দ্ধা স্কীম অসি করম্বা ফিবমদা লৈরগদৌবনো। হায়না মী খুদিংমক্না ঙাংনরমই। রাজনীতিগী ফিবমদা খুদোংচাদবা কয়া লৈরবসু লৈবাক অসিগী খরাইদগী কবা ইণ্টরেষ্টপু অশোই অঙাম লৈতনা ঙাক্কুনা থমগে হায়র-বদি স্কীম অসি চৎথবদা করিগুম্বা অমতনা থিংবা ওইহন-লোইদবনি হায়না কোনফরেন্স অসিনা তচেৎপা রারেপ লৌনখি। ভশেংনমক লৈবাক অসিগী রাজনীতিগী ফিবমদা অহোংবা কয়া

থোক্লকতুনস্থ বেসিক এডুকেশনগী থবক চংথবদা থোইদোকপা কা-হেন্না অপনবদি লৈখিরমদে।

অহুমশুবা চহিদদি (১৯৪০-৪১) স্কীম অসি প্রদেশ খরদদি মরাই চাইথরমই। উরিষ্যা সরকারনা ডাইরেক্তর ওফ পব্লিক ইনষ্ট্রকশনগী পাওতাক মতুংইন্না প্রদেশ অদুগী ইণ্টরেষ্ট য়েংদুনা স্কীম অসি অমুক চৎথদনবা হোৎনরমই। খৃষ্টাব্দ ১৯৪১ গী মার্চ্চ থাগী তারিক ১ দা বোর্ড ওফ বেসিক এডুকেশন, ট্রেনিং স্কুল অমস্তুং বেসিক স্কুল ১৫ বু মুংথংলু হায়না হুকুম তৌরমই। সরকারগী অসিগুম্বা খুমাং চাওশিনবা শাজং অসিনা উরিষ্যাগী বেসিক এডুকেশন কর্ম্মচারিশিংগী এনথিউসিয়্যাজমবু মাংহনবা ঙমলমদে। মখোইনা নিংহন্নবা তৌদনা সরকারগী মতেং য়াওদনা মরনাই ওইনা থবক চৎথরমই। প্রদেশ অসিগী গবর্ণমেণ্ট বোর্ড ওফ বেসিক এডুকেশনগী সেক্রেটরী শ্রীগোপবন্ধু চৌধুরিনা সরকারগী থবক থাদোকতুনা মীয়ামগী মহুত্তা বেসিক এডুকেশনগী থবক পাইখৎলমই। থবক অসিদা ওজা ১২ না মহাক্কী মতৌগুম্না সরকারগী থবক থাদোক্লগা মতেং পাংলমই।

## অনিশুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

অশুবা চহি লোইশিনলকপদা ২শুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স খৃষ্টাব্দ ১৯৪১ গী এপ্রিল থাদা

জামিয়ানগরদা কমখিরমই। সভা অসিদা বোম্বাই, উত্তর প্রদেশ, বিহার অমসুং কাশ্মীর সরকারনচিংবগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টগা প্রতিনিধি কয়া অমসুং নন্-গোবর্ণমেন্ট বেসিক স্কুলশিংগী কর্ম্মচারি কয়াসু য়াওরমই। মতম অসিদদি ভারত অসি নিংতম্বগী লালফমদা লুপখিবা মরম্না বেসিক এডুকেশনগীদমক্তা থোইদোক্না পুক্নিং চংবা ভম্নখিদে। মরম অসিদগী মরা চেৎত্রিবা শিক্ষা অসিগী থবক কয়ামরুমদা অপনবা লৈরমই। গান্ধীজিনা সভা অসিদা মখাগী পাওজেল অসি থারক্তুনা স্কীম অসিগী চহি অনিগী চৎথগদবা থবক মওং তাকপিরকলমই।

"শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা মায় পাক্নবগীদমক্তি সরকারগী মতেংদগী মশাগী মতেং পাংজবনা হেন্না মমল য়ামই হায়বা অসি কোনফরেন্স অসিনা নিংথিনা খংলমলগনি হায়না থাজে; রাকম অসিমক্তি নিংথিনা খংলবা ফাওবদা ইশাবু চেকশিনজবা দরকার ওই। মরমদি ঐখোইগী চাংয়েং অসি মপুং ফানবগীদমক্তা করিগুম্বা মফমদসু মওং অমতদসু মপালগী অমগা অমগা য়াননবা রাখল (কোঞ্চাক) অমসুং ইথিল চংহললোইদোবনি।" 17.

কোনফরেন্স অসিনা মতম অদু ফাওবদা তৌখিবা থবকমখৈ সমালোচনা তৌরগা মখাগী রাক্ষম অসি তানবা ভমখি।

17. Report of the Fifth All-India Basic Education Conference—1949. P. 26.

"কোনফরেন্স অসিনা গোবর্ণমেণ্ট, নন্-গোবর্ণমেণ্ট অমস্থং অতোপ্পা বেসিক স্কুলশিংগী রিপোর্টকী মতুংইন্না শিক্ষা অসিনা অঙাংশিংগী হকচাং অমস্থং লমচৎ শাজৎ ফগৎহন্দুনা বুদ্ধি-লৌশিং চংখোলহল্লি হায়না খংবা ঙমলমই। বেসিক স্কুলশিংদা কারকপা অঙাংশিংদি মশা খিংই, ( energetic ) মশাবু থাজে অমস্থং মশাগী অনিংবা অহু তশেং তশেংনা হায়দোকপা ঙমই। মখোই মশেল পুন্না থবক তৌমিননিংবগী শাজৎ অমা হৈন-রকই অমস্থং সমাজগী লীপুন কয়ামরুমদগী মনিং তমই। মতুংদস্থু অসিদগী হেন্না ফবা ফল থোকলকপা য়ারি হায়না কোনফরেন্স অসিনা আশা তৌরি।" 18.

খৃষ্টাব্দ ১৯৪২ গী ওগষ্টকী তাং ৯ দা গান্ধীজিগী লমৃজিং মখাদা "ভারত থাদোকউ হায়বা আন্দোলন" ( The Quite India Movement ) তৌহুনা ভারত পুম্নমক মফম ময়াং খংখি-রমদে। হিংনবগী লালফম ( struggle ) অসিদা জাতিগী কর্ম্ম-চারি কয়াগী পুক্লিং অমস্থং শক্তি পুম্নমক চিংশিনখিবা (লুপখিবা) মরম্না মখোইনা বেসিক এড়ুকেশনগীদমক্তা য়েংশিনবা ঙমখিরমদে। ইনষ্টিট্যুশন কয়াস্থ থিংখিরমই; কর্ম্মচারি কয়াস্থ জেল চংখিরমই। মতৌ অস্থুম তৌহুনা বেসিক এড়ুকেশন অসি মুৎলগদৌবঙুম তৌরমই। অসিগুম্বা খৎন-চৈনবা অমস্থং হৎন-শুনবা মতম

---

18. Samagra Nai-Talim, P. 11.

অসিদদি (during this period of storm and stress) মরম কয়ামরুমদগী বেসিক এডুকেশন অসি মঙক হায়গৎপা ঙমখিদে। মতম অদুগী সরকারনসু নত্তবা অমসুং থৌওইদবা মিৎয়েংনা শেংলমই; শিক্ষা অসিগী কর্ম্মচারি অয়াম্বদি জাতিগী নিংতম্বগী লালফমদা শিজিন্নরমই। অদুবু অঙকপদি অস্থক য়াম্না খুদোংথিগ্রবা মতম অসি ফাওবদা গান্ধীজিনা চুখৎলম্বা মৈয়া অদু মুথৎখিবা ঙমলমদে। মসিগী মঙাল অসি মতম খরগী মমথরুরবসু গান্ধীজিনা জেলদগী থোকলকপদা হেন্না ঙানবা মঙাল অমগা লোইননা ঙানবা হৌরকলমই। মরমদি মহাক্না জেলদগী থোকলকপদা নঈ-তালিমগী অনৌবা শকুম (vision) অমগা লোইননা থোক্লকলমই। জেলদগী হেক থোক্লকপদা মহাক্না ইহান হান্না হায়দোকখিবা য়াহৈ খরদি মখাগী অসিনি।

"ঐবু ফাজিনদুনা থমলিঙৈদা ঐগী পুক্লিংনা পোথাখিদ্রিবা ফাওবদা নঈ-তালিমগী ওইবা য়াবা থৌরম কয়ামরুমগী মরমদা খন্দুনা লৈরমই।"

"ঐখোইনা হৌজিক করিগুম্বা খন্না পাংথোকইবা অসিদা পেন্নদুনা পোথাদুনা লৈথোকলোইদৌবনি। ঐখোয়না শোইদনমক অঙাংশিংগী য়ুমগী থবক ফাওবদা খুৎ-থিংজিনলগনি। ঐখোইনা শোইদনমক মখোইগী মপা মমাশিংবু শিক্ষা পিরগনি। বেসিক এডুকেশনদি শোইদনক ময়েক্না তাজরবা (literally)

পুন্সিগী শিক্ষা ওইরগদবনি।" 19.

গান্ধীজিনা বেসিক এডুকেশনবু হেন্না অর্থ লৈবা মওংদা রি-ডিফিনিশন তৌরকপা। অসিদা মহাক্কী শিক্ষা দর্শনদা মরু ওইবা থাক অমা কাখৎখিরমই। মহাক্না রারী-রাতাই শান্নরা অমসুং লাইরিক ওইনা ইদুনা নঈ-তালিমগী কন্সেপ্টসনবু পুন্সিগী-দমক ওইবা অমসুং পুন্সি লি শাং অসিদা চৎথগদবা শিক্ষানি হায়না শন্দোক্কুনা তাক্লবা হোৎনরমই। মসিগী মরিদা মহাক্না তম্না হায়রমই— "It has become clear to me", he said, "that the scope of Basic Education has to be extended. It should include the education of everybody at every stage of life." 20. (বেসিক এডুকেশনগী স্কোপ অসি শাংদোক্লগনি হায়বা অসিদি ঐডোন্দ দ তাশং তাশংলে। মসনা মী খুদিংমক্কী পুন্সিগী থাক খুদিংমকপু খোনশিনজগনি।)

অহুমশুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

নঈ তালিমগী অনৌবা ইন্টরপ্রিটেশন অসি খন্নবগীদমক, হৌখিবা চহি মডাদা তৌখিবা থবক্কী চাওখৎলকপা অহু এসেন্স্ তৌনবগীদমক অমসুং মুভমেন্ট অসিগী পাকথোকলকইবা স্বাপকা মতু ইন্না তুংগী প্রোগ্রাম শেম্নবগীদমক বেসিক এডুকেশনগী

19. Report—1949, P. 27.
20. Ibid.

কর্ম্মচারিশিংগী অপুনবা মিটিং অমা তৌবা দরকার ওইরমই। অমুম তৌদুনা ওগুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ গী জানুয়ারী থাদা সেবাগ্রামদা কম-খিরমই। কোনফরেন্স অসি গান্ধীজিনা নিংথৌনিংঙাই ওইরবা রাষ্ট্র কয়ারুমগা লোইননা তৌদোকপিরমই। কোনফরেন্স অসিনা নঈ-তালিমগী কন্সেপসননু মুন্না খল্লরবা মতুংদা এডু-কেশনেল প্রোগ্রাম অসি মীওইবগী পুন্সিগী থাক মরিগা চাননা থাইদোকসমই।

(১) এডল্ট এডুকেশন নত্রগা নুপা অমসুং নুপীশিংগী পুন্সিগী থাক খুদিংমক্কী এডুকেশন।

(২) প্রি-বেসিক এডুকেশন নত্রগা চহি তরেৎকী মখাগী অঙাংগী এডুকেশন।

(৩) বেসিক এডুকেশন নত্রগা চহি ৭ তগী চহি ১৪ ফাওবা অঙাংগী এডুকেশন।

(৪) পোষ্ট-বেসিক এডুকেশন নত্রগা মথোক কারকপা নহারোনগী এডুকেশন।

কোনফরেন্স অসনা পুন্সিগী থাক মরি অসিগী শিক্ষাগী থুজিল থৌরাংশিং অসি শেম-শানবগীদমক্তা অমসুং রিবাইজ তৌনবগীদমক্তা কমিটি মরি হাপখিরমই। মতম ইকুই কুইদনা প্রি-বেসিক স্কুল কয়া লিংখৎখিরমই। অদুগা এডল্ট এডুকেশনগী

প্রোগ্রামস্থু চংথবা হৌনখিরমই। কোনফরেন্স অসি লোইশিন- লকপা মতমদদি য়াজ্য-সরকার অয়াম্বনা মখোই মখোইগী এডুকেশন ডিপার্টমেন্টশিংগী মতেংনা বেসিক এডুকেশন হৌদোকখিরমই। তৌইগুম্বস্থুং মখোইনা চংথরিবা বেসিক এডুকেশনগী প্রোগ্রাম অহুদি চহি ৪ দগী নত্রগা ৫ দগী ওইনা তৌরমই। চহি ককথরকপগী মরু ওইবা মরমদি শেল-থুমগী ফিবম কত্তবদগী ওইরমই।

য়াকম অসিগী মরিদা হিন্দুস্থানী তালিমি সঙ্ঘনা বেসিক এডুকেশনগী এডুকেশনেল অমস্থুং ফাইনেন্সিয়েল এসপেকপু নিংথিনা নৈনরবা মতুংদা মখাগী য়ারেপ অসি তাখিরমই।

"শিক্ষাগী প্রোগ্রামদা ক্রাফ্‌টকী থবক অসি নিংথিনা অমস্থুং মরম চানা শিজিন্নরবদি মতিক চাবা পোথোক চাথোক লৈ হায়রবা অসি সঙ্ঘ অসিনা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মফমদগী ফংলকপা রিপোর্ট কয়ামরুমদগী থংবা ঙমলে। মসি- দগী তারকইবা ফলদি ক্রাফ্‌টকী থবক অসি নিংথিনা শিজি- ন্নরবদি য়ামত্রবদা স্কুলগী 'রন্‌নিং কোষ্ট' ফাওবদি কোনহনবা ঙমগনি। মসিমক্তি চহি ৭ নত্রগা চহি ৮ গী মপুং ওইবা বেসিক স্কুলশিংদদি নিংথিনা ওইথোকই। মরমদি অকোনবা গ্রেড অহুম অহুদা ক্রাফ্‌টকী পোথোক অসি স্কুলগী অপুনবা পুথোকদোরিবা পোথোক্কী শরুক্তগী য়াম্না হেন্না পুথোকপা ঙমই। সঙ্ঘ অসিনা করিগুম্বা প্রদেশ খরদা শেল-থুমগী ফিবম্না মরম

ওইহনা বেসিক এডুকেশনগী মতমবু চহি মঙাদা হস্থনবগী রাখল চেল্লকইবা অসি অরানবা রাখলনি হায়না লোই। শিক্ষা অসিদা ক্রাফ্ট অসি নিংথিনা শিনলাংহনা চৎথরবদি য়ামত্রবদা স্কুল গী খরচ অয়াম্বদি কোনহনবা ঙমগনি হায়না খাঞ্জে। মরম অসিনা শিক্ষাগী ফিবম অমসুং শেল-থুমগী ফিবম য়েংলুরবদি বেসিক এডুকেশনগী মতম অসি করিগুম্বা মওং অমতদসু চহি ৮ দগী হস্থহল্লোইদবনি।" 21.

## মরিশুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮ গী এপ্রিল থাদা ৪শুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স বিহার প্রদেশকী মনুংদা লৈবা বীকরাম কৌবা মফম অদুদা ফমখিরমই। মতম অসিদা ভারত অসি জাতিবু লমজিং পিবিরম্বা গান্ধীজিবু মরম চাদনা হাৎখিবগী অরাবা লৈচিংনা কুপলমই। কোনফরেন্স অসিনা নঈতালিমগী প্রোগ্রেস্পু খৃষ্টাব্দ ১৯৪৫ দা সেবাগ্রামদা ফমখিবা ৩শুবা সেশন অদুদগী হৌনা রিবিউ তৌরমই। গান্ধীজিগী মতম কুইরবা মং অদু মতম অসিদদি থবক ওইনা পাংথোকলমই। ভারত পূরমক যুগ অনিয়োম মীনাইগী য়োংহিলং কোহল্লৌনা পুল্লবা অদু কোক্তুনা নিংতম্বগী অরংবা মঙাল উরমই। নিংতম্বগী সুমিৎ থোলকপগা

---

21. Report– 1949 PP. 35, 36.

লোইননা নঈ-তালিমনা পাম্বৈ ওইহুনা গান্ধীজিনা শেমগৎ-শাগৎনিংসম্বা ভারতকী সমাজগী মও' অত্থু হৌজিক্তি শেম্বা ঙম্লগনি হায়না কোনফরেন্স অসিনা খাজরমই।

মঙাশুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৯ গী মে থাদা ৫শুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স কোইম্বাটুরগী মনাক্তা লৈবা Perianai-ckenpalayam কৌবা মফম, অদুদা ঁমখিরমই। শিক্ষাগী লমদা নিংথিনা খংলবা ডাক্তর জাকির হুসেননা কোনফরেন্স অসিগী সভাপতি ওইখিরমই। শ্রীবিনোবা ভাবেনচিংবা সোসিয়েল কার্কর কয়ামরুম্না মরিক চুম্বা ভাষণ পিবিখ।

শ্রীবিনোবা ভাবেনা সভা অসিগী রাগৌদাঙ্কী ভাষণদা সর্বোদয় সমাজ পুরক্লবগী খরাইদগী ফবা পাম্বৈদি নঈ তালিমনি হায়না তাকপিরমই। রাকম অসিমক্তি এডুকেশনিষ্টশিংনা অমস্যু প্রদেশ সরকার খরনস্থু য়ানরবা রাকমনি। প্রদেশ সরকার খুদিংমক্তা মসিবু থুনমক নত্রগা তপ্পা য়াবকপা য়াই তায়বনী মরমদা মহাক্তা খোইদোকপা লাংতক্লবা অমস্যুং অরাবা লৈরমদে; তৌইৎম্বস্যুং লাংতক্লারবদি অনৌবা শিক্ষা অসি সরকারগী মখুত্তা লৈগ্রবা মতমদা করম্বা মওংদা লৈরগদৌরিবনো হায়বা অসিনি।

কোনফরেন্স অসিনা নঈ-তালিমগী থাক মরিগী মরমদা অমস্যুং মরু ওইবা বিষয় কয়া — সাশনগী সমস্যা, ওজা ট্রেনিং পিবা, থবক অ্যাস্‌সেস্ তৌবা অমস্যুং সাহিত্যগী দরকারনচিংবগী মরমদসু কুপ্না খন্নরমই।

তরুককশুবা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স :—

খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ গী এপ্রিল থাদা অপুনবা ভারতকী বেসিক এডুকেশন কোনফরেন্স উরিষ্যাগী মনুং চনবা অঙ্গুল কৌবা মফম অদুদা ফমখৎলই। মসি অসিদা প্রতিনিধি ১০০০দগী হেন্না তিনলমই। উরিষ্যা অমস্যুং পঞ্জাবকী শিক্ষা মন্ত্রি অমস্যুং রাজ্য কয়াগী ডাইরেক্টর ওফ পাব্লিক ইন্‌ষ্ট্রকশন কয়া, শিংথানবা য়ারবা এডুকেশনিষ্ট কয়া অমস্যুং বেসিকী ওজা ৫০০ দগীস্যু হেন্না কোনফরেন্স অসিদা তিনলমই। ভারতকী তোঙান তোঙানবা রাজ্যশিংদগী অমস্যুং নোংপোক পাকিস্তান অমস্যুং সিংহলদগীস্যু ডেলিগেট থারকখিরমই।

উরিষ্যাগী শিক্ষা মন্ত্রি পণ্ডিত মিশ্রনা রাজ্য অদুগী বেসিক এডুকেশনগী ইতিহাসপু ময়ামদা খংহনখি। মহাক্কী মতমদি উরিষ্যা অসি বেসিক এডুকেশনগী থবক্তা খৃষ্টাব্দ ১৯৩৭ তগী লমজিংরা ষ্টেট অমা ওইরকলি।

গান্ধীজিনা শেমগৎনিংলবা অচুম্বা অমস্যুং অহিংসাগী সমাজ অর্থুদি বেসিক এডুকেশনতনা পুরকপা। ডমগনি হায়না শ্রীমাধব

মেননা ভাষণ পিবিখিবা মতমদা ময়ামদা খংহনবিখি। অতোপ্পদা দান তৌবগী মরিদা মহাত্মা অস্তুম্না হায়রমই—“We should be a little more charitable to others, who have no missionary or fanatic zeal for Basic Education. There are many who are sceptic about it. Even Congressmen are included in that list.” 22. মহাত্মা অমুকস্তু হায়রমই— “লৈবাক অসিগী হৌজিক্কী শিক্ষাগী ফিবম অসি “য়াম্না মিপাইবগী” ফিবমদা লৈরে, বেসিক এডুকেশনতনা লৈবাক অসিবু অসিগুম্বা “মিপাইরবা ফিবম” অসিদগী কনবা ঙমগনি।” 23.

মথক্তা খন্নখ্রিবা রাকম অসিদগী বেসিক এডুকেশন অসি লৈবাক অসিদা অচেৎপা মরা তারে হায়বা অসি ফাওবদি ঐখোইনা খংবা ঙমলে। অহুম ওইনমক শিক্ষা প্রণালী অসিগী আলোচকশিংনা হৌফিক ফাওবদা চাংয়েংগী থাক্তা থমনিংলি। মখোইগী রাখসদদি ফিবম অসিদা মতম কুইনা থম্নবদি হেন্না ফবা মওংদা শেমদোকপা অমসুং হোংদোকপা য়াগনি হায়বা অসিনি। মখোইনা অমুকস্তু করিগুম্বা শিক্ষা প্রণালী অমত্তা মমাংঙৈগী ত্রিস অমসুং রোমগী মতমদগী হৌরহুনা মহুনা অরোইবনি অমসুং মপুং ফারবনি হায়না লৌনত্রি হায়নস্তু তর্ক'তৌই।

22 The National Standard, 19 - 4 - '50.

23. Educational Philosophy of Mahatama Gandhi, P. 154.

অসিমক্তি হায়ব্গন থোকপগী হায়বনি হায়বদা থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। মরমদি হৌজিক ওইরিবা বেসিক এডুকেশনগী ফিবম অসিদি মতিক চানা চহি কয়ামরুম চংনা চাংয়েং তৌরুরবা মতুংদা ওইরকপা ফিবমনি। অসিগীম্ভু মথক্তা স্কীম অসিনা ভারতকী শিক্ষাগী অমস্তুং সমাজগী ওইবা সমস্যা কয়া পাংথোরুবগী লম্বীদা খরাইদগী ক্ষবা অমস্তুং অরাইবা পাম্বৈ ওইরি। শন্না হায়রবদা বেসিক এডুকেশন অসিদি অরেপ্পা মশক নাইরবনি। ( norm standard লৈরবনি )। মরম অত্তুনা শিক্ষা অসিনা অঙাংশিংবু মথং মথং infancy, childhood and adolescence ফাওবদা মপুংফাবা natural, spontaneous and harmonious growth লৈহন্দুনা থাক খুদিংমক্কী healthy adjustments and modification তৌরক্তুনা মপুং ফাবা healthy adult অমা ওইনা পুখৎলকপা ঙমগনি।

শিক্ষা অসিগী মেরিটপু মুন্না খংলদুনা ভারত সরকারনা খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬-৪৭ তা চহি ৬ তগী চহি ১৪ ফাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংগী শিক্ষাগী পেটার্ন ওইনা লৌশিনখ্রিবনি। মরম অসিদগী ভারত সরকারনা অহানবা• চহি ৫ গী যোজনাদগী হৌরদুনা শিক্ষা অসিগী লমদা নিংথিনা থবক পায়খৎপা হৌখিরমই। • মতম মতমগী দরকার মতুং ইন্না স্কীম অসিবু মপুংফানা চৎথনবগীদমক অমস্তুং ওরিয়েণ্টেসন প্রোগ্রাম কয়া লৌখৎপদা মতেং ওইননবগীদমক রাজ্য-সরকারশিং অমস্তুং কেন্দ্র

সরকারনা শিনলাংলুনা রিজ:নল অমস্থং অপুনবা ভারতকী কোন-ফরেন্স কয়াস্থ কমখিরমই। অসিগীস্থ মথক্তা শিক্ষা অসিগী অপুনবা পোলিসি অমা চৎথবা য়ানবগীদমক্তা ভারত সরকারনা শিক্ষা অসিগী লমদা মথল মথলগী রিসর্চ তৌয়বগীদমক, করিকুলম অমুক হন্না শেম্নবগীদমক টেক্নিক ওফ কোর্রিলেশন খম্নবগীদমক, পরিক্ষা অমস্থং ইভ্যালিউশনগী মওং লেপ্পবগীদমক, টেক্স্ট বুক্, ক্রাফ্টকী মচাক অমস্থং চংগদবা খুৎশু-খুৎলাইগী মওং মতৌ লেপ্পবগীদমক্তা খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ তা 'নেশনেল ইনষ্টিট্যুট ওফ বেসিক এডুকেশন' লিংখৎখিরমই। ইষ্টিট্যুট অসিন "Hand Book for Teachers of Basic Schools" কৌবা ব্রোচর (brochure) অমা চহি অসিমক্তদা ফোংখিরমই। ব্রোচর অসিনা বেসিক এডুকেশনগী জেনেরেল প্রিন্সিপলশিংবু নিংথিনা শন্দোক্লুনা তাকই অদুগা মথল মখা অয়াম্বা স্কুলগী বিষয়শিংবু purposeful and productive একটিভিটি কয়াগী মতেংনা তম্বিনবগী practical suggestion কয়াস্থ পিরি।

ঙসিদি বেসিক এডুকেশনগী প্রোগ্রাম অসি ভারতকী ষ্টেট অয়াম্বনা মপুংফানা চৎথনরে। চহি খরগী মমাংদদি য়াম্না চাওবা মওংদা (on a large scale) বেসিক এডুকেশন পুশিল্লক-পসি ওইথোক্তে (Utopian) হায়না খল্লরমই, অদুবু হৌজিক্তি ষ্টেটশিংনা মসিগী মপাঙ্গল কনখৎনবা হোৎনরক্রে। রাকম অসিগী মরিদা এমঃ এস প্যাটেলনা অস্থুন্না হায়রমই— "To

day the states which are unable to adopt it are on a defensive and apologetic. This itfelf marks a welcome change in the administrative psychology." 24.

শম্না খম্নরবদা শিক্ষা অসিদগী ঐখোইনা নিংলিবা পুন্নমক থুংননবগীদমক শিক্ষা অসিগী থবক্তি শিক্ষা অসিবু মুন্না মশক খংবা মীশিংনা পুক্নগদবনি। মপুংফাবা মওংদা মীয়াম্না শিক্ষা অসি ফংলবরা হায়বা অদু কুপ্না য়েংশিনগদবনি। প্রজাদা ফিদম ওইরবা য়াবা স্কুল কয়ামরুম লিংখৎপা দরকাররনি। অদুগা ঐখোইনা ইকুই কুইদনা তারিবা বেসিক এডুকেশনগী পিরিবা চহি নিপালগী সিল্যাবস্ অদু চহি ৪ দা ওম্বহনগদৌবনি হায়বা প্রস্তাব অদুমক চৎনবা তারবদি খাইদোকপা অমম্মুং হোংদোক-পা য়াত্রবা রার্দ্ধা স্কীমগী শকতম মাঙহল্লগনি।

ঙনিগী জগৎ অসিদি হিংশা অমস্মুং পাপ্কী থবক্না পিক-থল্লি। পৃথিবীগী অমম্বা পূন্নমক গান্ধীজিগী নীতিগী মঙালতা মাঙ্হনবা ঙমগনি। কল্লক-মীহৌবা, ওৎনৈবনা থল্লবা পাপতগী কোক্লবা, অমগা অমগা নুংশিনবা. পৃথিবী অমা মহাক্কী নীতিদনা শেম্বা ঙমগনি। মহাক্না হৌদোকলম্বা রার্দ্ধা স্কীমগী মওং অসিনা ঐখোইবু মচিন-মনাও ওইবা অমদি নুংশিনবগী থৌরিনা চেৎনা পুনশিল্লবা চাউরবা ইমুং মম্নুং অমগুম্না পৃথিবীগী নাগরিক ওইনা

24. Educational Philosophy of Mahatama Gandhi, P. 159.

চপ মান্নবা খুদোংচাবা অমসুং অধিকার ফংবা অকবা মী ওইহনবা ঙমগনি। গান্ধীজিনা মীওইবগী পুকচেল শেংবদা থমথেংনা থাজখি। মহাকী নীতিবু রাখলনা, রাহৈনা অমদি থবক্‌না চুমই হায়না ঐখোইনা খলসি।

---

# বেসিক ক্রাফ্‌ট

ক্রাফ্‌ট (পোথোক লৈবা থবক) অসি বেসিক এডু-কেশনগীদি থরাইনি। শিক্ষা অসিদদি ক্রাফ্‌ট অসি ইচম চম্বা খুৎকী থবক অমনা হেক্তা ওইবা য়ারোই। বেসিক ক্রাফ্‌টতি মতিক চাবা শিক্ষাগী মচাক য়াওগদবনি, অত্তুগা পোথোকসু লৈগদবনি। মরমদি শিক্ষা প্রণালী অসিদা ক্রাফ্‌টপু কেন্দ্র ওইনা থমইবা অসিগী উদ্দেশ্যাতি ইচম চম্না ক্রাফ্‌টপু মেকা-নিকেলি প্র্যাকটিশ্‌ তৌগদৌবা ক্রাফ্‌টমেন পুথোক্নবগীদমক নত্তে; ক্রাফ্‌টকী থবক অত্তুদা য়াওরিবা শিক্ষাগী মচাকশিং অত্তু শিক্ষা পিবদা শিজিন্নবগীদমক্কনি। শিক্ষা অসিগী মনুংদা লৈরিবা মরু ওইবা ক্রাফ্‌টতি—'উ-শুবা, ফরিৎ তুব', মনা মশিং হৈ-লৈ থাবগা লোইননা লৌ-উবগী থবক, লং নাইবগা লোইননা কি শাবা, লৈখোমগী থবক অমসুং ধাতুগী থবক অসিনি।

মথংদা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইরিবা ক্রাফ্‌ট অসি স্কুলগী বিষয়-শিংবু কোনশিনবা ঙমগদবনি। শিক্ষা অসিবু মপুং ফাবা শিক্ষা

অমা ওইহনবা হোংনরিবা মীশিংগী জ্ঞানদগী ক্রাফ্টতনা বিষয় পুম্নমক কোনশিনবা অসি ওইথোকওইদবা মরম কয়া লৈবদগী প্রকৃতিগী মওং মতৌ (natural environment) অমসুং সমাজগী মওং মতৌ (social environment) অসিবু বেসিক এডুকেশনগী সেন্টর ওক কোরিলেশন ওইনা লৌশিনখরে। অসিগুম্বা কোরিলেশনগী সেন্টর অহুম অসি অমগা অমগা থাদোক্নবা য়াদ্রব, মরি লৈনৈ। মরমদি অভাং অমনা পোকপ-দগী শিবা কাওবগী পুন্স অসিদা অহুম অসিগী অকোইবদা চাওখৎলকই অমসুং অহুম অসিগী মতেংনা হিংই। মরম অসিদগী অসিগুম্বা সেন্টর অহুম অসিগী অকোইবদা জাকির হুসেন কমিটি-না বেসিক এডুকেশনগী করিকুলম অসি শাগৎখ্রিবনি।

বেসিক এডুকেশনগী করিকুলম অসি একটিভিটি করিকুলম ওইনা পুখৎলকপা ভমইবা অসি ক্রাফ্টনা শিক্ষা অসিগী ময়োন ওইবা পোৎশক ওইবদগীনি। তশেংনমক ক্রাফ্ট অসিগী মতেংনা স্কুলগী করিকুলম অসিবু একটিভিটি করিকুলম ওইনা শেমগৎতুনা ঐখোইগী স্কুলশিং অসি থবক্কী মফম, চাংয়েং তৌফম অমসুং অনৌবা জ্ঞান তাম্নবগী মফম ওইনা শেমগৎপা ভমখ্রিবনি। শম্না হায়রবদ গান্ধীজিনা শিক্ষাদা ক্রাফ্ট পুশিনলকপগী মরমদি ক্রাফ্টতা য়াওরিবা শিক্ষাগী মচাকশিং অহু শিজিন্নহুনা স্কুলগী করিকুলম অসি মীওইবগী ইন্টরেষ্ট অমসুং একটিভিটিনা পিক-থল্লবা করিকুলম ওইহনবগীদমক্নি। অসিগুম্বা শিক্ষা অসিদদি

passive absorption of information imparted at secound hand অসিনচিংবগী মকম লৈতে। লাইরিক তম্বিবগী থবক পূম্নমক ক্লাক্‌টকা নত্রগা সোসিয়েল অমস্যুং ফিজিকেল এনভাইরোনমেন্টকা মরি লৈনহল্লগা অশেংবা পুন্সিগী কিবমদা চৎথগনি। অসিগুম্বা মওং অসিদা চৎথরবদি অঙাংনা তমইবা খুদিংমক খংবা ঙমজুনা মপুং ফানা মশাগী হেক্সৎলকইব। একটি-ভিটি ( growing activity ) অদুগা লোইনবা ঙমগনি।

শিক্ষা অসিগী ময়াইথংবা শরুক্তি ক্লাক্‌ট অসিনা ওইবা মরম্না মসিবু ইচম চম্বা স্কুলগী বিষয়শিংগী মথক্তা শিনকম অমা তম্নবগীদমক হাপচিনলকপা বিষয় (additional subject) অমগুম্না খনসোইদবনি; অঙাংবু হিরম খুদিংমক্কী জ্ঞান পিনবগী পাম্বৈনি হায়না লৌগদবনি।

পোথোক লৈবা খুৎকী থবক্তা ( ক্লাক্‌টনা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইনা থম্বা অসিদা কনাগুম্বা মী শরনা য়াম্নিংদবা মত ফাং-দোকই। মরম অসিদগী মথক্তা উৎপ্রিবা খুৎকী থবকশিং অসিনা করি পুরক্নবা হোৎনগদৌরিবনো হায়বা অসি নিংথিনা খংবা দরকার ওই। মখোইনা খল্লি লাইরিক তম্বিবদা খুৎকী থবক য়াওরিবা অসি অতৈ করিস্যু নত্তে, অঙাংশিংবু উ-শুবা, মী, ফুরিৎ ভুবা অমস্যুং লৌমী ওইহনগে হায়রবগীদমক্তনি। হায়রিবা য়াকম অসিদি লানবতা নত্তনা মাডনবগী মচাক অমস্যু ওই। য়াকম অসিদা ঐখোইনা লায়রিনংগী নিয়মশিং (laws of learning) অমু

অমুক্তুং খম্বত্থনা য়ে'লবদি বেসিক এডুকেশনদা ক্রাফ্‌টপু কেন্দ্র ওইনা থমইবা অসিগী চপ চাবা মরম অম লাইনা খংবা ঙমই। অসি-মক্তি হৌজিক্কী মতমদা ময়াম্না য়ানরিবা একটিভিটি নত্রগা প্রোজেক অমনা পাম্বৈ ওইরগা শিক্ষা পিবা হায়বা নিয়ম অসিগম্মু চানৈ। কুপ্না খিজিনলবদি ক্রাফ্‌ট, একটিভিটি অমস্তুং প্রোজেক হায়বা অসি খোইদোকপা খেনবা লৈতে। খেৎনবা হায়ববু বেসিক ক্রাফ্‌টতি পোথোক চাথোক লৈবা ক্রাফ্‌টনা (একটিভিটিত-ন) ওইগদবনি হায়বা অসিদনি। মসিমক্তি ভারতকুম্বা অর্থিক অবস্থা ফত্তবা লৈবাঙ্গীদমক্তদি খরাইদগী ফবা পাম্বৈনি। শন্না হায়রবদা বেসিক এডুকেশনদা ক্রাফ্‌টপু শিক্ষা অসিগী কেন্দ্র ওইনা থমইবা অসিদি অঙাং অমবু উ-শুবা, ফুরিৎ তুবা অমস্তুং লৌমী ওইহনবগীদমক্তা ট্রেনিং পিনবা নত্তে, মীওইবগী গুণ মরি—কোক, খম্মোই, খুং অমস্তুং হকচাংবু চাং চপ মান্নবা চংখোনবা মওংদা শেমগৎনবগীদমক্তি। রাকম অসিদা শিক্ষা অসিবু হৌ-দোকপিরম্বা গান্ধীজিগী মত য়েংশিনববু দরকারনি। মসিগী মরিদা গান্ধীজিনা অস্তুম্না হায়রমই— "The core of my suggestion is that handicrafts are not to be taught not merely for productive work but for developing the intellect of the pupils." গান্ধীজিগী রাকম অসিনা তাকপদি স্কুল অমগী মনুংদা খাল্লবা ক্রাফ্‌ট অমুনা অঙাংশিংদা নিয়ম নাইবা অমস্তুং মরম চাবা জ্ঞান পিনবগীদমক্তনি;

পোথোক চাথোক হেন্‌গৎনবগীদমক্তা অমস্তুং অথিক অবস্থা ফগৎ-নবগীদমক্তা নত্তে। মসি শিক্ষাগী পান্থৈ অমস্তুং পলথুংকমনি।

বেসিক এডুকেশনদদি ক্রাফ্‌টকী থবক্তা কা হেন্না মতম শিজিন্নবা মরম্না অঙাংশিংনা ফংগদৌরিবা একাডেমিক্কী থাক অদু অচম্বা প্রাইমারী স্কুলশিংদগী হন্থহল্লে হায়না মী খরনা খন্নরি। রাকম অসিদা বেসিক স্কুলশিংগা অতৈ প্রাইমারী স্কুলশিংগা থেনরিবা শকওং অদু উংপা দরকার ওই। মরু ওইবা থেন-রিবা শকওংদি শিক্ষা অসিদদি কোরিলেশন টেকনিক্‌কী মতেংনা অঙাংশিংনা ক্রাফ্‌টকী থবক অদু তৌনা তৌনা ক্রাফ্‌ট অসিনা পান্থৈ ওইদুনা স্কুলগী বিষয় কয়ামরুমগী পিবা য়াবা লিটেরেরী ট্রেনিং অদু পিবা ঙমই। অসিগীসু মথক্তা কোরিলেশনগী পান্থৈনা অঙাংশিংদা লাইরিক তম্বিবা অসিসু থাক অসিদদি খর ইদগী হেন্না চুনবা অমস্তুং অফবা পান্থৈনি হায়না শিক্ষাগী লমদা অখং অহৈ কয়ানসু য়ানরি। পারি পুরিদগী চৎথরকইবা লাই-রিক মতম্বিগা মান্নদনা পান্থৈ অসিদদি অঙাংশিংনা অতেনবা মতম খরগী মনুংদা তমইবা একাডেমিক বিষয় কয়ামরুমগী মরিকচুম্বা জ্ঞান ফংবা ঙমই হায়বা অসিদি মশানা তাক্তরবা রাকমনি। মরম অসিদগী বেসিক স্কুলশিংদা তমইবা অঙাংশিংগী একাডেমিক ষ্টেণ্ডর্ড অসি করিগুম্বা মওং অমতদসু অচম্বা প্রাই-মারী স্কুলদগী হন্থনিংঙাই লৈতে। অমরোমদা হায়রুরগনসু ক্রাফ্‌টকী থবক্তা অঙাংশিংগী মহৈ মশিং তম্বগী চাওখৎপদা

অপনবা লৈতে হায়বা অসিদি হৌখিবা চহি কয়ামরুমদা থবক ওইনা চাংয়েং তৌরুবদগীস্লু থংবা ঙমলে। তশেংনমক পুনশিননা য়েংলবদি মসিনা অতৈ স্কুলদগী হেন্না কৈ হায়বা অসিদি বোম্বাই সরকারনা ষ্টেট অন্তগী বেসিক এডুকেশনগী মরমদা খৃষ্টাব্দ ১৯৫০ গী এপ্রিল থাদা 'ডি টাইম্স ওফ ইণ্ডিয়া' হায়বা চেকোং অমুদা কোংখিবা প্রেস নোট অমুনা ছাক্কিনি। (A)

অরোইবদা, বেসিক ক্রাফ্টনা শিক্ষা অসিগী কেন্দ্র ওইনা থমইবা অসিগী মরমদা শেংদোকপা দরকার ওইবা রাকম অমনা শিক্ষা অসিদদি লিটেরেরি ট্রেনিং অমস্তুং ভোকেশনেল ট্রেনিং অসি লোইন লৌইননা চৎথৈ হায়বা অসিনি। তৌইগুম্বস্তুং গান্ধীজিনা পামইবদি পুন্সিদা কান্নগদবা ওইবা পোথোক চাথোক লৈবা থবক্তা ( ক্রাফ্টকা ) মরি লৈনবা লিটেরেরি ট্রেনিংবুনি।

---

(A) "* * * * * Careful enquires have revealed that the progress of these children in academic studies has not suffered in any way. On the Contrary, it is on the whole considerable better than that in any ordingnary Schools.

* * * * * * * * * *

Percentage of passes from all Basic Schools
1947 : 47.1 ; 1948 : 50,0 ; 1949 : 58.0.

Percentage of passes from ordingnary Primary Shools in in these Districts (Satara, East Khandesh, Surat and Dharwar)
1947 : 40.0; 1948 : 38.4; 1949 : 41.4,

* * * *

The Times of India, 11—4—'50.

মরমদি মসিনা ভোকেশনেল ট্রেনিং অমসুং য়োকখৎপগা লোইননা লিটেরেরি ট্রেনিং অমসুং থোওইদবা তৌদে। গান্ধীজিগী রাখলগী মওং অসি মোনোবিজ্ঞানিক ওই। মরমদি মসিনা অরেপ্পা নাইদনা চাওখৎলকইবা অঙাংগী পোকচৈদগী লোইনরক্কবা মহৌশাগী ওইবা শাগৎ-খোৎকৎনিংবা, শেম-শানিংবা পামজবা অমসুং য়োকখত্নুনা থমই। তশেংনমক মসিনা অঙাংগী মহৌশা—লুংডাইজবা, হরাওবা অমসুং কোংদোকনিংবা কয়া কোংদোকপগা লোইননা মশামগী ওইনা কান্নবস্ পুরকহনবা ঙমগনি। মরমদি শিক্ষা অসিদদি অঙাংগী ক্রিয়েটিভ সাইড অমসুং মাংহন্দনা পোথোক চাথোকসু লৈহন্দুনা মশাগী অমসুং ময়ামগী কান্নবা থবক তৌবা তম্বিবনি। মতাং অসিদা পুদোংথিবা অমদি লৈ, পোথোক চাথোক লৈহনগদবনি হায়দুনা তৌরিবা থবক অমসুং অঙাংশিংদদি মপুংফাবা জ্ঞানদি তাহন্দনা, থবক অমগী মরমদা হৈনিংবা অমসুং অপাম্বনচিংবা রাখল পোকহন্দনা থবক অমসুং থবক্তা থবক্তী ওইনা রার্কসোপ অমসুং কেক্কোরিদা তৌবগুম্না মেকানিকেল ওইবা মওংদা চৎথরবদি শিক্ষা অসিদা ক্রাফটনা পাম্বৈ ওইবগী মরম ( purpose ) অমসুং পুম্নাং মাংপ্রগনি। মরম অসিদগী কাওরোইদবা রাকমদি ক্রাফট অমসুং অঙাংশিংগী মহৈ তম্নবগী মফি হায়বা অসিনি। মসি চায়রবদা গান্ধীজিনা শিক্ষাদা ক্রাফট পুশিনলকপগী মরমদ ( purpose ) অঙাংগী বুদ্ধি লৌশিং থম্মোই, খুং অমসুং হকচাংবু হিরম থুদিংমক্তা চাং চপ মান্ননা

চংখোনবা মওংদা ( হারমোনিয়স এণ্ড ইনটেগ্রেটেড ডিভেলোপ-মেন্ট ওফ পারশনেলিটি ওফ ডি এডুকেন্ট ) শেম্নবগীদমক্তি। ক্রাফ্‌ট অসি তম্বিবা মতমদস্তু, মরম অসিদগী, করিকুলমগী রাংমদা লৈবা নত্রগা খুৎকী শিনকম অমা তম্নবগীদমক হাপচিন-লকপা অহেনবা বিষয় অমগুম্না লৌয়োইদবনি, শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইনা লৌগদবনি।

## বেসিক ক্রাফ্‌ট থনবগী নিয়ম :—

বেসিক ক্রাফ্‌ট অসি বেসিক এডুকেশনদদি শিক্ষা পিনবগী মরু ওইবা পাম্বেনি। ( medium of instruction ) মরম অসিদগী কনা কনাগুম্বনা শিক্ষা অসিদা ক্রাফ্‌টনা ওইরিবা ফিবম অসিবু সৌরজগৎতা নুমিৎনা ওইরিবা ফিবম অদুগুম্ব তোইনা চাংদমনৈ। তশেংনমক সৌরজগৎতা গ্রহ অমস্তুং উপ-গ্রহশিংনা নুমিৎকী অকোইবদা নুমিৎকী শক্তিনা লৈহনব-গুম্না বেসিক এডুকেশনদদি কবিকুলমগী তোঙান তোঙানবা বিষয়শিং অসি বেসিক ক্রাফ্‌টকী অকোইবদা লৈহনগদবনি। মরম অসিদগী শিক্ষা অসিবু মপুংফানা প্যাংথোকহনগে হায়রবদি শিক্ষা অসিগী থরাই ওইরিবা ক্রাফ্‌ট অসি মকম, মতম অমস্তুং ফিবমগা চান্নবা নিয়ম লাইনা খনবদা লৈরে।

বেসিক ক্রাফ্‌ট খনবা মতমদা য়েংশিনগদবা নিয়ম খরা মখাদা পিরি :—

(১) খলগদৌরিবা ক্রাফ্‌ট অদু বেসিক ক্রাফ্‌ট ওইগদবনি। অতোপ্পা খুৎকী থবক (ক্রাফ্‌ট) অমা হেক্তা খলগোইদবনি। মরমদি ক্রাফ্‌ট অসিগী অকোইবদা করিকুলমগী তোঙান তোঙানবা বিষয়শিং অদু পুনশিনগদৌরিবনি।

(২) খলগদৌরিবা ক্রাফ্‌ট অদু অঙাংনা থাক থাক নাইনা চাওখৎলকপগী মওং মতৌ, লমচৎ শাজ্ঞ অমসুং অঙাংগী মোনোবিজ্ঞানগা চুনহনগদবনি। মরমদি অঙাংনা চাওখৎলকপগী তোঙান তোঙানবা থাক্তা অপাম্বা, হৈনবা অমসুং চাহিদা (needs) খেন্নৈ। খুদম ওইনা 'হায়রবদা ইনখৎলকইবা নহানা তৌবদা মতিক চাবা খুৎকী থবক (ক্রাফ্‌ট) অদু অঙাংদা নমদুনা তৌহনলবদি psychological damage য়াম্না থোকলকই।

(৩) খলগদৌরিবা ক্রাফ্‌ট অদুগী চংদবা য়াত্রবা মচাকশিং অদু মফম অদুদা হোংনা ফংবরা য়েংবা তাই। করিগুম্বা মচাকশিং অদু অরাপ্পা মফমদগী থারকপা তারবদি খুদোংচাদবা মরম কয়ামরুমসু লৈ। অদুগীসু মথক্তা শিক্ষাগী চাদিং অদু অরেম্বদা হেঙ্গৎহনলি। অমুকসু অতোপ্পা মফমদগী নত্রগা দেশতগী পুরকপা পোৎ অদুনা মরম ওইদুনা অঙাংশিংদা লাইব্রক তাম্ববা মতমদা অরানবা কোর্রিলেশন থোকহনবা য়াই।

(৪) খলগদৌরিবা ক্রাফ্‌ট অদু কমিউনিটি অদুগী খরাইদগী দরকার ওইবা শিনফমশিং, মফম অদুগী জিওগ্র্যাফিকেল

কিচরশিং অমস্থুং সোসিয়েল ট্রেডিশন কয়াগস্থু চানহল্নগদবনি। খুন্দংগা অমস্থুং সহরগা খেনন্নিবা, সংস্কৃতি চওখৎপা অমস্থুং সংস্কৃতি হন্থবা মী কাংলুপশিংগী মরক্তা খেনন্নিবা, মুপা মচা অমস্থুং মুপী মচাশিংগী মরক্তা খেনন্নিব।, লৌউবা মীশিংগা অমস্থুং খুৎশা হৈবা মীশিংগগী মরক্তা খেনন্নিবা অসিনচিংবা পুন্নমক অসি খৌওইদবা তৌরোইদবনি। সহর অমস্থুং খুৎশাহৈবগী থবক তৌবা মকমদা লৈউ-শিংউববু বেসিক ক্রাফ্ট ওইনা থন্নুরবদি শগোলগী মমাংদা গাড়ী থম্বা হায়বা অদু খোক্লগনি।

(৫) খলগদৌরিবা ক্রাফ্ট অদু অঙাংগী অশেংবা পুন্সিগী ফিবম, য়ুমগী শিনকম কয়া, অঙাংগী হৈনবা, অপান্বা অমস্থুং করিকুলমগী বিষযশিং ( contents ) অদুগস্থু চানহল্লগদবনি।

(৬) খলগদৌরিবা ক্রাফ্ট অদু য়ামদ্রবদা পোথোক চাথোক লৈবা ক্রাফ্টনা ওইহল্লগদবনি। মরমদি অসিগুম্বা ক্রাফ্ট অসিগী পোথোক্তগী শরদং ওইরবস্থু স্কুলগী চাদিংদা মতেং পাং-হল্লগদৌরিবনি। অদুগীস্থু মৎক্তা অঙাংশিংদি পোথোক লৈবা থবক অসি শান্নবগী মওংদা তৌরগা মশানা পুথোকপা ঙম্বা পোৎ অদু শেম-শাজরগা ময়ামদা উৎলগা মশাগী অপেনবা হায়বা অদু ওই। মসিনা মহৈ তম্বগী ফিবম শেমবদা ( causing learning situation ) য়াম্না খুদোং চাহল্লি।

(৭) খলগদৌরিবা ক্রাফ্ট অদু শিক্ষা পিনবগী পাম্বৈ (medium of instruction) ওইবদা মতিক চাবা ক্রাফ্টনা

ওইহনগদবনি। ইচম চম্বা ভোকেশনেল ক্রাফ্ট অমা তম্বগুম্না মত্রগা স্কুলগী বিষয় অমা তম্বগুম্না তম্বিরোইদবনি। শম্না হায়-রবদা মসি শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইগদৌরিবনি। মরম অসিদগী অসিগুম্বা ক্রাফ্ট অসিগী মতেংনা অঙাংশিংগী মপাল নাইত্রবা পোটেনশ্যা-লিটিজ (potentialities) কয়া চিংথোকপদা মতেং ওইহন্দুনা অঙাংগী হকচাং, পুক্নিং অমদি আত্মাদা লৈরিবা থরাইদগী হেন্না ফবা শরুক অমা মপান্দা চিংথোকপা ঙমহনগদবনি।

# বেসিক এড়ুকেশনগী সেল্ফ্ সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্ট

গান্ধীজিনা শিক্ষাদি মথন্তা হিংজহনগদবনি হায়বা সমস্যা অমা পুশিনলক্তুনা শিক্ষাগী জগৎতা অনৌবা সমস্যা অমা থোকহনলে। লুরবা রাকম অসিনা গান্ধীজিগী লৌশিং অমক্তং রাখসবু থরাই হকচাং য়াওনা য়াবা মী কয়ামরুম কাওবনা রাকম অসি য়ানিংদবা উংলমই। গান্ধীজনা রাকম অসি অকনবা আলোচনা কয়া তৌরকনি হায়বা হায়া থংলদুনা স্কীম অসি বার্দ্ধা কোনফরেন্সতা পুথোকখিবগী মমাংদা স্কীম অসিগী আলোচকশিংদা মতিকচাবা মরম কয়া পিহনা শেংদোকখ্রমই।

গান্ধীজিনা সেল্‌ফ্‌ সপ্পোর্টিংগী মওং অসি ভাব অনি থোক্না লৌরমই। অহানবদা, ছাত্র অমগী লাইরিক তম্বা অসি ক্রাফ্‌টনা পাম্বৈ ওইহনা তমগদবা মরম্না লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা মশাগী শেংন-চানবা পুম্নমক মতোমতা তানজহনা মশা মথন্তা হিংজবা ঙমগনি। অনিশুবদা, শিক্ষা প্রণালী অসি খুৎনা শুবা পোত্থোক চাথোক লৈবা থবক্না (ক্রাফ্‌টনা) পাম্বৈ ওইরগা চৎথগদবা মরম্না পোত্থোক অহুদগী লাকপা চাগনা ওজাগী তলব কাওবা পিবা কোম্নবা ঙমগনি। অহানবা রাকম অসিদা থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। মরুমদি শিক্ষাগী মচাক লৈবা শিনকম অমনা পাম্বৈ ওইরগা লাইরিক তমখিবা মরম্না লাইরিক তম্বা লোইরবা মতুংদা অতোপ্পা থবক অমুক থিরুদনা শিনকম অহু তৌহনা হিংজবা ঙমগনি। তৌইশুমসুং অনিশুবা রাকম অসিদি তর্ক তৌনিংঙাই ওইবা রাকমনি। অশেংবমক হৌজিক বেসিক এডুকেশনগী মতাংদা মত খেনরিবদি শিক্ষাদি মথন্তা হিংজহনগদবনি হায়বা অসিদনি। মতাং অসিদা গান্ধীজিনা করি মরমগীদমক শিক্ষাদা অরিগুম্বা নোভেল মেথোড অসি লৌখৎল্লিবনো হায়বা অহু খন্নবা দরকার ওই।

শিক্ষাদা গান্ধীজিনা সেলফ্‌-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্ট থমলমইবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি মসিনা অমতা ঙাইরবা ভারতকী শিক্ষাগী সমস্যা পাংথোক্নবগী পাম্বৈ ওইবদগীনি। মহাক্না ভারতকী পাক চাওরবা অমসুং লুরবা শিক্ষাগী সমস্যাগী মরমদা হেক

খল্লুবা মতমদা শিক্ষাদা করম্বা পাষ্বে লৌখৎলগা মশিং লাক-ঙমজ্রবা ভারতকী মীয়াম ( teeming millions of India ) অসিবু অতেনবা মতম খরগী মনুংদা ফ্রি এণ্ড কম্পল্‌শরি এড়ু-কেশন পিবা ঙমগদগে হায়বা রাখল অসি হেক্তা লাকই। মসি পাংথোক্লবগীদমক্তা শেল য়াম্না দরকার ওই। তৌইঙুম্বস্নুং ভারত্তি আর্থিক অবস্থা কত্তবা লৈবাক্তি। অদুগীস্থ মথক্তা গান্ধীজিগী শিক্ষা তত্ব ( Educational Theory ) হৌরকপা মতমদা ভারত অসিদি বৃটিশ সরকারগী মখাদা লৈরমই। মরম অদুনা মতম অদুগী সরকারনা মরম কয়ামরুমদগী ভারতকী শিক্ষাগী-দমক্তা মতিক চাবা শেল কায়বিরমদে। গান্ধীজিনা অসিমস্থ থাজরমই— "রাজ্য-সরকারশিংনা শিক্ষাগীদমক্তা মতিক চাবা শেল কায়বা ঙাইদুনা লৈরবদি ঐখোইনা মুৎপা ( doomsday ) ঙাইবগা অস্নানি।" খুঙ্গংগী দরকার ওইরিবশিং অসি নিংথিনা য়েংলুরবা মতুংদা থাজবগা লোইননা তঙাইকদনা তৌগদবা থবক্তি খুঙ্গংগী মীশিং অসি শোইদনমক শিক্ষা পিনবগীদমক্তা শিক্ষা অসি মথম্তা হিংজহনবা তাই হায়না গান্ধীজিনা হায়রমই। রাফম অসিদা গান্ধীজিনা লৌরিবা ভাবতি অঙাং অমনা চহি ১৪ শুরবা মতমদা চহি তরেৎকী শিক্ষা লোইরদুনা শেন তানবা মী অমা ওইনা চোংথোকপা ঙম্নগনি হায়বা অসিনি। অমরোমদা অমুক হায়রু-রগস্থ গান্ধীজিগী শিক্ষা প্রণালী অসিগী উদ্দেশ্যাদি শিক্ষা পিবগা লোইন লোইননা থবক ফংদবগী মরূ ককথৎপনি। মসিনা ঙস্নি

ঐখোইগী সমাজদা লাইরিক হৈবা মীশিংগী মরক্তা থবক কংদহুনবা য়ানরিবা সমস্যা অসি কোকহনবা অসিনি। মরম অসিদগী ভারতকী শিক্ষাগী লুরবা সমস্যা অসি পাংথোক্লবগীদমক্তা অসিগুম্বা থবক ওইনা চৎথবা য়াবা (practicable) নোভেল মেথোড অসি লৌখৎপ্রিবনি।

জাকির হুসেন কমিটিনস্ু গান্ধীজিগী রাক্ষম অসি য়ারমই; তৌইগুম্বস্ুং থবক ওইনা চৎথবগী মরমদদি করিগুম্বা মতাংদা খুদোংথিবা থোকললকপা য়াই হায়দুনা মথাগী মওং অসিদা চেকশিন্নবা হায়রমই— "শিক্ষা প্রণালী অসি থবক ওইনা পাংথোকপগী মতাংদা আর্থিক অবস্থাদা কাহেন্না য়েংশিনমনখিত্নদা সংস্কৃতি অমস্ুং শিক্ষাগী মচাক পূম্নমক মাংহনখিবা য়াই। মরমদি ওজাশিংনা মখোইগী শক্তি অস্ুং তৌগদবা থবক পূম্নমক ক্রাফ্‌ট ট্রেনিং অদুদগী অঙাংশিংগী অশুমনবু মখোইগী কান্নবা মায়কৈদা কাহেন্না পুক্লিং চংখিহুনা ক্রাফ্‌ট অদুগী পাম্বৈনা অঙাংশিংগী সোসিয়েল অমস্ুং মোর‍্যালগী ফিবদা জ্ঞান চাওখৎহনগদবা পূম্নমক অদু মাংখিবা য়াই। রাক্ষম অসি অরেপ্পা লৈতনা ট্রেনিং তৌরিবা ওজাশিংদা খংহন্দুনা অমস্ুং শিক্ষা অসিবু লমজিংলিবা অমস্ুং য়েংশিনলিবা মীশিংনা কাওদহুনা সেল্ফসর্ফিসিয়েন্সি অ্যাস্পেক্টনা বেসিক এডুকেসনগী নিংথিজরবা এডুকেশনেল একটিভিটিজবু মাংহল্লোইদবনি"।

গান্ধীজিগী সমস্যা পাংথোক্লবগী খুজিল থোরাংদা হৈ-শিংবা

অসি ঐখোইনা সারজেন্ট স্কীমগা চাংদমন্নবদি নিংথিনা খংবা ঙমই। স্কীম অসিগী রিপোর্টকী মতুংইন্না হিরম অসিগীদমক্তা লুপা ক্রোর চনি চংগনি অমসুং মপুং ফানবীদমকসু চহি ৪০ চংগনি। ডাক্তর জোহন সারজেন্টনা শিক্ষা অসিগী সেল্ফ-সপোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মরমদা অস্মন্না হায়রমই :— "স্কুলগী পোথোক্লা খরদং ওইরবসু স্কুলগী চাদিংবু কোন্নহনবা ঙমগনি; তৌইগুম্বসুং মপুং ওইনা কোন্নহনবদি রানা থোকনি।" মহাকী রাকম অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯দা পুণাদা ফমখিবা বেসিক নেশনেল এডুকেশন কোনফরেন্সতা জাকির হুসেন অমসুং অতোপ্পা এডুকেশনিষ্ট কয়ানা য়ানখিবগী মত ফোংদোকনখি।

মতৌ অসুম তৌহনা ক্রাফ্টতগী থোকলকপা পোথোক্লা স্কুলগী খরচ অসি মপুং ওইনা নত্রগা শরুক খরদং ওইনা পুহনগদবনি হায়বা অসিগী মতাদা এডুকেশনিষ্টশিংগী মত খেনবা অসি ঐখোইনা উবা ফংই। মসিগী মখিদা লৈবাক অসিগী মকম খরদা ওস্না কয়াথরুন্না কন্না হোৎনহনা থবক ওইনা চাংয়েং তৌরুবদগী ক্রাফ্টকী থবক অসি এডুকেটিভ পোসিবিলিটিজ-বু ( educative possibilities ) মাংহনত্রবসু ইকোনোমিকেলি রিমিউনরেটিভ ওই হায়বা অসি খংবসু ঙম্লে। অসিগুম্বা ফিরেপফম অসি লৈরবনিনা হৌজিক্তি ঐখোইগী ফিম ওল্লকপগী মতুংইন্না শিক্ষা অসি পার্শিএলি সেল্ফ-সপোর্টিং ওইহনগদবনি হায়না লৌবদা থোইদোকপা অকায়বা লৈতরে। ঙসি ফাওবদা

কনা কনাগুম্বা ওজাশিংনা স্কীম অসিগী এডুকেটিভ অ্যাস্পেক্ট রেংদহুনা ছাত্রশিংবু কা-হেন্না থবক তৌহন্নবগী রাখল চেনবা তোইনা উবা ফংই। অসিগুম্বা খুদোংথিবা অসি লৈ হায়রহুনা জাকির হুসেন কমিটিনা স্কীম' অসি মপুংফানা চৎথবগী থবক্তা দায়িত্ব লৌরিবা ওজাশিংদা চেকশিনগদবনি হায়রমইবনি। কমিটি অসিনা অমুকস্তু তাকপিরমই, বেসিক ক্রাফ্‌টকীদমক্তা কাই-থোকইবা মতম অসি ক্রাফ্‌ট অহু মেকানিকেললি শুনবগীদমক্তা নত্তে; ক্রাফ্‌টকী থবক তৌরিঙৈগী মতম অসিদা মসিনা পাম্বৈ ওইহুনা oral work, drawing and expression work কয়া ক্রাফ্‌ট অসিগা মরি লৈনহন্দুনা করয়া অমস্তুং করিদগী অসি-গুম্বা প্রোসেস্‌শিং অসি থোকলকইবনো হায়বা পূর্ণমক অসি তম্বিগদবনি। মরমদি ক্রাফ্‌ট রার্ককী মরুওইবা এডুকেটিভ অ্যাস্পেক্টতি থবক অহুদা সাইন্টিফিক এণ্ড ইণ্টেলিজেণ্ট অণ্ডষ্টেন-ডিং লৈহনবা অসিনি। মসিমক সেণ্টর অহুম্না (ক্রাফ্‌ট, সো-সিয়েল এনভাইরোমেন্ট এণ্ড ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট) পুল্লগা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইবা শিক্ষাদা নিংথিনা পানবা য়াই।

রাদ্ধা স্কীম অসি মথন্তা হিংজহলগদবনি অমস্তুং হিংজ-হল্লোইদবনি হায়বা রাকম অসিদা শিক্ষা অসিগী আলোচকশিংনা চিংনরম্বা পূর্ণমক অহু হিন্দুস্থানী তালিমি সজ্যগী অহানবা চহিগী রিপোর্ট কোংলকপদগীদি লোইনা মাংখিরমই। রিপোর্ট অহু মথাগী মওং অসিদা পিরমই— "without any detriment

to the objectives of academic education, the produce of the children's craft-work at the Segaon School and the Vidhya Mandir Practising School has been actually in the excess of the expectations formed at the out set."

সজ্ঘ অসিগী রিপোর্ট অসিমক্তি এডুকেশনিষ্ট কয়ানা লৈবাক অসিগী অতোপ্পা মকম কয়াদা তৌরুবা চাংয়েং কয়াগম্বু চানরমই। অদুম ওইনমক অকবা অমম্বং কিদম লৌনকম ওইবা কিবমদা মশাগী ওইজবা থাদোক্লা থবক তৌরিবা ওজা কয়ানা হোৎনদুনা তৌরক্লিবা চাংয়েং অদুগী কল অদুমক কিবম খেনবা মকম কয়াদা জাতিগী ওইনা পাকচাওনা (nation wide scale) চৎথরুবা অসি অশিংবা লমজিং অমা ওইবা য়ারোই। জাকির হুসেন কমিটিনা মসিবু মুন্না খংলদুনা গান্ধীজিনা স্কীম অসি হৌরকপা মতমদা মপুম ওইনা সেল-সপ্পোর্টিং ওইগনি হায়রম্বা অদু মচেৎ ওইনা সেলফ-সপ্পোর্টিং ওইগদবনি হায়না লেপখিরমই। অদুগা পুণাদা কমখিবা কোনফরেন্সতা শ্রীবি : জি : খেরনা ভাষন পিখিবা মতমদা রাকম অসিগী মরমদা অস্তুম্না হায়খিরমই। "The Committee ( under the Chairmanship of Dr, Zakir Hussain ) shifted their emphasis from the self-supporting idea and enunciated the the principle of education through a creative activity which may be a craft. The self-supporting idea was Pushed to the background." 25

---

25 One Step Forward, p. 3.

অত্থবু এডুকেশনিষ্ট খরনা বেসিক এডুকেশনগী ইকোনোমিক অ্যাস্পেক্ট অসি শ্রী বি : জি : খেরনা হায়খিবগী মতুং হন্না মরুমদা ( ব্যাক্গ্রাউণ্ড্দা ) ইস্তোক্লুনা থমখরে হায়বা অসি য়ানিংত্রি । মখোইনা লৌরিবা ভাবতি — ইকোনোমিক সেলফ্-সফিসিয়েন্সি অহু লৌথোকথ্রবস্থু সেলফ্-রিলাইয়েন্সদা ওনশিনখরে। মশাবু থাজবা, মনিং তম্বা অমস্থুং মশাবু মতেং পাংজবা (self confidence, independance and self help ) অসিনচিংবা গুণশিং অসিদি ক্রাফ্টকী থবক অহু তৌরুবদগী মহৌশানা চাওখৎচরকপনি অমস্থুং মশানা থোকচরকপনি; মখোইশিং অসিনা বেসিক এডুকেশনগী রিমিউনরেটিভ অ্যাস্পেক্টপু মহুৎ শিনলে হায়না খনবা য়াদে। অসিগুম্বা ইন্টর্প্রেটেশন অসি গান্ধীজি মশামকুস্থু লৌখিদে, অহুগা মাগী রাখল চেনবা স্কীম অসিবু শেমখিবদা অচৌবা শরুক য়াখিবা মী কয়ামকুমনস্থু লৌনদে।

হৌজিক ফাওবদা মী খরগী মতুদি সেলফ্-রিলাইয়েন্ট হায়বা টর্ম অসিনা বেসিক এডুকেশনগী লেংদ্রবা উদ্দেশ্য (fundamental aim ) ওইনা লৌবদা হেন্না মতিক চাই অমস্থুং চুমই হায়না লৌনরে। রাকম অাসদা লৌনিংবা ভাব কয়া লৌনরবস্থু মুৎপা য়াররোইদবা নিয়ম— "নহৈ তমলিভৈদা করিগুম্বা খরা তাল্লু" ( Earn while you learn ) হায়বা অসিদি লেংদনা লৈরগনি। মরমদি মসি যুগ অসিগী দরকার লৈরবা খোল্লাওনি। অহুগীস্থু মথক্তা মসি মোনো বিজ্ঞানগী থোংদা য়েংলুরবস্থু নিংথিনা চানৈ।

মথক্কা এডুকেশনিষ্টশিংনা বেসিক এডুকেশনগী সেলফ সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত (divergent views) ফোংদোকইবা অদুগী মরমদা ঐখোইনা নৈনখরে। অহানবদা, ঐখোইনা গান্ধীজি অমস্যুং মাগী রাখলা খরাই হকচাং য়াওনা থাজবা মাশিংগী (staunch followers কা-হেনবা মত— বেসিক এডুকেশনদি মপুংফানা সেলফ-সপ্পোর্টিং ওইগদবনি। অনিশুবদা, স্কীম অসি থবক ওইনা চংথরকবদা কংলকপা জ্ঞানদগী থোকলকপা মত— স্কীম অসিনা অঙাংশিংনা হয়েং চাওরকলবা মতমদা লৈবাক অসিগী সিভিক লাইফত মতিক চাবা শরুক অমা য়ানবা ওন্নবগীদমক্তা শিক্ষা অসি সেলফ-রিলাইয়েন্ট, সেলফ-কোনফিদেন্ট অমস্যুং রিশোসফুল ওইগদবনি কাহেনবা মত অনি অসি তুংওইন্না থনম্লগা লৈবাক অসিগী খরাইদগী ফগদবা ইন্টেরেষ্ট য়েংদুনা থবক চংথবা কৈ। রাকম অসিদ গান্ধীজিগী লৌশিং অমস্যুং রাখলগী মতিকচাবনু তোঙানবা মত অনি থোক্লা লৈবা য়াবা হৌনদে হায়বদি চুমই। অদুবু ঐখোইন ভারতকী লুরবা অমস্যুং পাকচাওরবা ইউনিবর্স্যাল কম্পলশরী এডুকেশনগী সমস্যা অসি পাংথোক্লবগীদমক্তা অমস্যুং ঐখোইগী নৌরিবা (infant) প্রজাতন্ত্র অসি অপনবা লৈতনা চংথব ওন্নবগীদমক্তা রাজ্য-সরকারশিংনা মীয়ামবু শিক্ষা পিনবগীদমক্ত অহানবা দায়িত্ব পুগদবনি হায়বা অসিদি থোইদোকপা কায়ব লৈতবা মতনি।

অরোইবদা, ঐগী মতুদি বেবিক ক্রাফ ট অসিনা সংস্কৃতি অমসুং শিক্ষাগী মচাকনু (educational objective) মাংহল্লবদি হেক য়ারিবনৈ ইকোনোমিকেলি রিমিউনরেটিভ ওইহনবদা খোইদোকপা অকায়বা লৈতে। অসিগুম্বা মওংদা চৎথরবতদা অঙাংশিংদা ঐখোইনা মীওইবগী অফবা গুণ— মশাবু থাজবা, হরাও-ভয়াম্বা অমসু থবক্তা পুক্নিংচবা (self-reliance, cheerfulness and initiative) কয়া অসি চাওখৎহনবা ঙমহনা তুংগী পুন্সিদা মথন্তা হিংজহনবা ঙমগনি।

শম্না হায়রবদা শিক্ষা অসি অসিগুম্বা নিয়ম অসিদা চৎথরবদি অঙাংশিংবু পামহন্দুনা মরিকচুম্বা মওংদা চৎথহনা অশেংবা শিক্ষা ওইহনবা ঙমগনি। অসিগীসু মথক্তা অঙাংশিংনা লাইরিক তম্বা লোইরগা থবক ফংদবগী রানরিবা অসিমসু কোকহনবা ঙমগনি। অসিগুম্বা রাখল অসিমক্তি গান্ধীজিনসু য়াদবা তৌরোই। মরমদি মহাক্না শিক্ষা প্রণালী অসিগী মরমদা মহাক্না হায়খিবা রাহৈশিং অমসুং লাওথোকখিবা নিয়মশিং অদুনা ভারতকী লুরবা অমসুং পাক চাওরবা শিক্ষাগী সমস্যাদা অরোইবা অমসুং অরেপ্পা নিয়মনি হায়না কৈদৌউৈদসু দাবি তৌখিবা লৈতে। ইসি কাওবদা ঐখোইনা চাংয়েং কয়া তৌখরে। অসিগুম্বা চাংয়েংশিং অসিদগী কৌম অসিগী লেংদবা মপাঙ্গল কয়াসু থেংনরে, অদুগা অশোইবা কয়াসু থেংনরে। মরম অদুনা হৌজিক্তি শেমদোক শেমজিন (modify and adjust) তৌরগা

জাতিগী খরাইদগী হেন্না কগদবা ঃবম অমদা লেপ্লা মতম য়ৌরবনিনা ভসি কাওবদা ফংলকইবা জ্ঞানগী ( এক্সপিরিয়েন্সগী ) য়ুমফমদা শাগৎলগা অহানবা স্কীমগী মরুওইবা শক্তমস্থু (essential charecter) মাংহন্দনা চৎথরসি।

# কোর্‌রিলেসন

শিক্ষাগী লম অসিদা নিংথিনা খংলবা মীশিংনা অঙাংদা পিগদৌরিবা তোঙান তোঙানবা জ্ঞানশিং অহু অমগা অমগা মরি লৈনহনগদবনি হায়বা অসি অমতা ওইনা য়ানরে। মসিগী মরু ওইবা মরমদি জ্ঞান হায়বা অসি মপুম ওইবা পোৎশক্নি, মচেৎ মচেৎ ওইনা খায়দোক্লগা তম্বিরবদি অমাংবা কয়াম্থু থোকলকই। ঐখোইনা লাইরিক তম্বিবা মতমদা খন্না খুদোংচানবগীদমক্তা মসিনা অঙ্কনি, ইতিহাসনি, ভুগোলনি হায়দুনা খায়দোকখিবদনি। অসুম ওতোদুনা অপুনবা জ্ঞানগী শরুক অসিবু মচেৎ মচেৎ খায়দোক্লুনা তম্বিবগী মহুত্তা কারগুম্বা শিক্ষাগী মচাক নিংথিনা য়াওবা পোৎশক অমনা পাম্বে ওইনা হিরম খুনিংমক্কী জ্ঞান লৈহনবা ওম্লবদি য়াম্না কৈ। অসিগুম্বা মপুম ওইবা জ্ঞান পিনবগীদমক্তা মরি লৈননা তম্বিববু অশম্বা লোলদা 'কোর্‌রিলেশন' হায়না খংনৈ। মসি বুনিয়াদী শিক্ষাদদি য়াম্না

মরুওইবা নিয়মনি। বুনিয়াদী শিক্ষাদা নিয়ম ( মেথোড ) অসিগী মতুংইন্না তম্বিবা তারবদি তম্বিগদৌরিবা স্কুলগী বিষয়শিং অহু ক্রাফ্টপু মপুংফানা তৌবদা ( শুবদা ) চংইবা মপোৎ-মচৈ, খুৎশু-খুৎলাই, ত্রাফ্ট অহুগী তোঙান তোঙানবা থবকশিং ( ক্রাফ্ট প্রোসেশেস ) অমস্তুং মহুগী পোথোক-চাথোকশিং অহুগা মরি লৈননা তম্বিগদবনি।

ঙসি ঐখোইগী অঙাংশিংনা মহৈ মশিং তম্বা লোইরগা মীওইবা অমনা শোইদনমক খংফম থোকপা জ্ঞান, চাওখৎফম থোকপা বুদ্ধি লৌশিং, চৎফম থোকপা লমচৎ-শাজৎ, ঙাংফম থোকপা রাঙাং-শাঙাং, হৈফম থোকপা খুৎকী মহৈ-মশিং হৈরবরা নত্রগা খংলবরা হায়বদি অমম্বা ওইনা থোকই। মসিগী মরুওইবা মরমদি হৌজিক লৈরিবা লাইরিক মতম্বি অসি শোইবদগীনি। অচুম্বা অমস্তুং অশেংবা শিক্ষাদি অঙাংগী জ্ঞান ( নোলেজ ) অমস্তুং রাখলবু ( ফিলিং ) থবক্তা উৎপা ঙম্নবগী শক্তি অহু হিরম খুদিং-মক্তা চাং চপ মান্নবা চাওখৎহনগদবনি। অমরোমদা অমুকন্তু হৌজিক্ত প্রজাতন্ত্রগী যুগ ওইরবনিনা মী অমনা শিক্ষা ফংলগা মশাগীতা কান্নবা য়েংবা য়াদে; য়াম্মত্রবদা সমাজগী অকবা মী অমা ওইবা তাই। মরমদি মতিকচাবা সমাজগী কান্নবা মী হায়বা অসিদা মশাগীস্তু কান্নবা অহুম য়াওজরবনি। বৃটিশকী মতমদগী হৌজিক ফাওবদা চৎথরকইবা শিক্ষা মওং অসিদা ঐখোইনা উবা ফংই, অঙাং কয়াদা অক্ষ কয়া ওম্বি, কল তাই অহুবু

অতুগুম্বা মওং অমা পুন্সিদা থেংনরকপদদি থংবা ওমদে; সাইন্স তম্বি অমসুং নৈনৈ, থিয়োরি কয়া থংই, প্রাকটিকেল কয়া তৌবা ওমই অতুবু অক্ষবা সাইন্সটিসশিংগী লমচৎ-শাৎ থংবা ওমদে, চৎপা ওমদে; হকশেলগী জ্ঞান তমই অমসুং থংই, নিয়ম ওাক্লা চৎপদি ওমদে — অকং অকংবা মক্ষমদা অমোৎপা থবক তৌ-শিল্লি। পূম্নমক অসি জ্ঞান অমসুং জ্ঞানগা মরি লৈনবা থবক অতু মরি লৈননা তম্বিদবা অমসুং থংহল্লদবদগী থোক্লকপা ওাক্তনি। শম্না হায়রবদা শিক্ষাগা পুন্সিগা মরি লৈনহনদবদগী থোক্লকপনি। মসি থম্মোই, কোক অমসুং খুৎকী মরক্তা লৈনক্ষম থোকপা অচুম্বা মরি অতু শেমগৎ-শাগৎপিত্তুনা লৈনহল্লবদি থোক্লোইদবনি। অমরোমদা অমুক হায়করগা তম্বিরিবা বিষয়শিং অতু অওাংগী হৈনবা, অপাম্বা, জ্ঞান ( এক্সপিরিয়েন্স ) অমসুং দরকার ওইবা মওং কয়াগা মরি লৈনদনা কা কা থাইদোক্তুনা তম্বিরিবা মওং ( কোমপার্টমেণ্টলাইজেসন ওফ ডিফরেণ্ট সবজেক্ট ) অসিদগী থোকলকইবা ফলনি। মসিবু কোকহনগে হায়রবদি তম্বিবগী মওং অমসুং মতাক মউৎ ( মেথোড ) হোংদোক্তবা য়াদে। মরম অসি-দগী তম্বিবা মতমদা বিষয়-কয়ামরুমবু মরি লৈননা তম্বিবা ( কোরিলেতেট মেথোড ওফ টিচিং ) হায়বা অসিনা অসিগুম্বা অশোইবা অরাৎপা কয়া অসি কোকহনবা অমসুং ফগৎহনবা ওমগনি হায়বা অসি শিক্ষাগী লমদা চংখোম্না থংলবা অহৈ-অশিং কয়ানম্নু য়াবরি ।

## বুনিয়াদী শিক্ষাদা কোরিলেসন :—

কোর্রিলেসন অসি বুনিয়াদী শিক্ষাগীদি থরাইনি। শিক্ষা অসিদা কোর্রিলেসনবু লৈত্রবদি শিক্ষা প্রণালী অসিগী মরম (purpose) পূম্নমক মাংলগনি। শিক্ষা অসিদদি অঙাংশিংদা দরকার ওইবা জ্ঞান পূম্নমক অসি ময়োন ওইরিবা শিনকম (ক্রাফ্‌ট) অসিগা মরি লৈননা পিগদবনি। অদুবু কোর্রিলেসন হায়বা অসিমক্তি বুনিয়াদী শিক্ষানা ইনৌ-নৌনা হৌদোক্লকপদি নত্তে। মসি ভারবর্টকী ইতিহাসনা বেস্ত্র ওইরগা তোঙান তো-ঙানবা বিষয়শিং তম্বিবা, কলোনেল পারকারগী সাইন্সনা ময়াই-থংবা বিষয় ওইরগা তম্বিবা, ফ্রোএবেলগী শাস্ত্রবনা মরম ওইদুনা তম্বিবা অমসুং জোহন ডিউইগী প্রিনসিপল্‌স ওফ ইনটেগ্রেশন হায়বা পূম্নমক অসিগা বুনিয়াদী শিক্ষাগী কোর্রিলেসন অসিগা শক্তমদা অয়াম্বনা মান্নে। মতম অসিগী শিক্ষাগী লমদা হৈ-শিংলবা মীশিংগী মতৌগুম্না গান্ধীজিসু অঙাংবু শিক্ষাগী ময়াইথংবা পোৎশক ওইহন্দুনা হিরম থুদিংমক্তা চাং-চপ-মান্নবা মওংদা শেমগৎপা পামলমই। অঙাংগী গুণ খিবিকপু শিক্ষাগী মচাক চেনবা, পোথোক-চাথোক লৈবা অমসুং সমাজগী ওইনসু কান্নবা খুংকী থবক্তা মরম ওইদুনা চাওখৎহনবা পামই অমসুং মচেৎ মচেৎ ওইবা অঙাংগী জ্ঞান (এক্সপিরিয়েন্স) অমসুং হৈনবগসু (ইন্ট-রেষ্ট) মরি লৈনদনা পুন্সিদসু কান্নকম খংদবা চগন্নবা লিটেরেরি ট্রেনিং পিবা পামদে। রাক্সম অসিদা গান্ধীজিনা লিটেরেরি

ট্রেনিংবু মপুম ওইনা য়াদবস্থ নত্তে অদুগা ভোকেশনেল ট্রেনিংবু লিটেরেরি ট্রেনিংগা লোইন-লোইননা পিবা পাম্বস্থ নত্তে। বুনিয়াদী শিক্ষাদা গান্ধীজিনা পামইবদি পুন্সিদা কান্নগদবা শিনফম (থবক) কয়াগা মরি লৈননা পিবা লিটেরেরি ট্রেনিং অদুবুনি। গান্ধীজিগী রাখল অসিমক মোনোবিজ্ঞানিক ওই। মরমদি অঙাংনা পোকঙৈদগী লোইনরক্লবা শেমগৎ শাগৎপা পামজবা (চাইল্ড্‌স ক্রিয়েটিভ নেচর) অদুবু থোঁওইদবা তৌদে। অসিগুম্বা অঙাংগী নেচর অসি পোথোক চাথোক লৈবা অমস্তুং শেমগৎ-শাগৎপগী থবক কয়ানা মরম ওইদুনা ( through productive and creative works ) সমাজ অমস্তুং অঙাং মশাগী ফগদবা মওংদা শেমগৎনিংই। অঙাংগী হৈনিংবা অমস্তুং অপাম্বা রাখল কায়হন্দনা থবক চৎথগদবনি হায়দুনস্থ থবক অদুদগী মশাগী অমস্তুং সমাজগী ওইনা কান্নবা থবক য়াওত্রবদি থোইদোকপা কান্নবা লৈতে। মরমদি বুনিয়াদী শিক্ষাদদি অঙাংগী ক্রিয়েটিভ সাইডদমক্তা য়েংগদবা নত্তে, পোথোক-চাথোক লৈহন্দুনা মশাগী অমস্তুং সমাজগী ওইনা কান্নবা থবক তৌবা তম্বিদুনা মশাগী খুৎকী মহৈস্থ শেমগৎপিগদবনি। মসিদা খুদোংথিবা অমদি লৈ, পোথোক-চাথোক লৈহনগদবনি হায়দুনস্থ তৌরিবা থবক অদুগী করি অমস্তুং করম্না হায়বা রাখল, থবক অদুগী মরমদা হৈনিংবা অমস্তুং অপাম্বা রাখল পোকহন্দনা অমস্তুং থবক অদুবু মুম্না খংহন্দনা থবক্তা থবকী ওইনা চুম্নগী রার্কসোপ অমস্তুং ফেক্টোরিদা তৌবগুম্না মেকানিকেল ওইবা মওংদা চৎপ্রবদি য়াদে। মতাং

অসিদা কাওরোইদবা রাকমদি বেসিক ক্রাফ্ট অসি অশাংগী মহৈ তম্বিনবগীদমক্কি, পোথোক-চাথোক পুথোক্নবগী নত্তে। শম্না হায়রবদা বুনিয়াদী শিক্ষাদা ক্রাফ্ট য়াওরিবা অসিগী মরমদি ক্রাফ্ট অহুনা মরম ওইহুনা অশাংশিংবু বুদ্ধি লৌশিংগী ওইবা, থম্মোইগী ওইবা অমসুং খুৎকী ওইবা থৌদোক হিরম কয়াদা চংখোনবা মওংদা (হারমোনিয়স এণ্ড ইনটেগ্রেটেড ডিভেলপমেণ্ট ওফ পারশনেলিটি ওফ ডি ইডুকেণ্ট) শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক্কি। মরম অসিনা ক্রাফ্ট অসি তম্বিবা মতম-দম্বু করিকুলমগী রাংমদা লৈবা নত্রগা করিকুলমদা করিগুম্বা শিনকম অমা তম্বিনবগীদমক্তা হেন্না হাপচিনলকপা বিষয় (additional subject) অমা তম্বিবদৌনা তম্বিগদবা নত্তে; শিক্ষা অসিগী ময়োন অমসুং থাদোকপা য়াত্রব। উপাই অমগুম্বা তম্বিগদবনি। মতৌ অসুম তৌহুনা কোরিলেসনগী মওংদা তম্বিবা হায়বা অসিদা মেন্নুয়েল প্রোডকটিভ রার্ক অসিমক শিক্ষাগী মচাক্কি, পাম্বৈনি অমসুং তম্বিনবগী নিয়মনি। অসিগুম্বা মথলগী মতম্বি অসিনা তম্বিরিবা লাইরিক-লাইশু, মহৈ-মশিং অহু অশাংনা চংখোনবা অমসুং মপুংফাবা মওংদা থংবা ঙমগনি, হায়বদি ইন-টেগ্রেটেড লারনিং লৈবা ঙমগনি।

বুনিয়াদী শিক্ষাবু মপুং ফাবা শিক্ষা প্রণালী অমা ওইনবা শিন-লাংইবা মীশিংগী এক্সপিরিয়েন্সদগী স্কুলদগী বিষয় কয়ামকমবু ক্রাফ্টতনা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইহনলগা তম্বিবা হায়বা অসি

খুদোংচাদবা করামকম লৈ হায়দুনা মমৈথংদা অঙাংগী অকোইবদা লৈরিবা প্রকৃতিগী মওং মতো ( natural environment ) অমসুং সমাজগী মওং মতৌ ( social environment ) অসি-বু বুনিয়াদী শিক্ষাগী সেন্টর ওক কোরিলেসন ওইনা লৌ-শিনখরে। অসিগুম্বা সেন্টর অমুম অসিগী অকোইবদা বুনিয়াদী শিক্ষাগী করিকুলম অসি মপুং ফানা শাগৎপা ঙমলে।

মহৌশানা অঙাংদি সমাজ অমসুং প্রকৃতিগী মওং মতৌশিংগী ( সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট এণ্ড ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট ) মরক্তা চাওখৎলকপা মরম্না লাইনা সমাজগী খোরম করাদা চুশিনবা ঙমই। মরমদি ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট অমসুং সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট হায়বা অসি কৈদৌঙৈদসু লাপথোক্লবা য়াদে। অমরোমদা অমুকসু অঙাং অসি সমাজগী অপিকপা মেম্বর অমনি, মমৈথংদা মহাক্না তৌরুবা থবক্তা মাগী বুদ্ধি লৌশিং চাওখৎ-নবতা ওইরকই। অসুম তৌদুনা মানা তৌরু-তৌরুবা থবকশিংনা মাগী মপুং ফাবা জ্ঞান শেমগৎনবগীদমক্তা য়ুম্ফম ওইরকই। শম্না হায়রবদ অঙাংগী মপুংফাবা জ্ঞান চাওখৎহনগে হায়রবদি তোঙান-তোঙানবা জ্ঞানগী মশাশিং অসি মরি লৈনহন্দুনা অঙাংগী এন-ভাইরোনমেণ্টকী য়ুম্ফমদা শাগত্তবা য়াদে।

ক্রাফ্টকী মচাক অসি প্রকৃতিদগী ফংই অদুগা ক্রাফ্টকী মতেংনা অঙাংনা বিষয় পুন্নমক তম্বা ঙমই। অসুম তৌদুনা অঙাংনা নেচরেল এণ্ড সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট অনিগী শম্নক্ত

ওই। (The child is the joining point of social and physical environments.) মরম অসিদগী ক্রাক্ট, ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট অমসুং সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট অত্তম অসিগী মতেংনা বুনিয়াদী শিক্ষাদা মপুংফাবা কোরি্লেসন থম্বা ওমই।

শম্না থম্মরবদা ক্রাফ্টপু শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইহনবদা ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট অমসুং সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্টনা মতেং ওইহনলগা ওজা অমনা লাইরিক্কী মতেংতনা পিবা ওম্বা জ্ঞানদগী হেন্না ফবা জ্ঞান পিবা ওমগনি। করিগুম্বা বিষয় খরা কোর্লিলেসনগী মতুংইন্না তম্বিবা ওমদবা থোকলকপা য়াই। মতম অত্তুদদি অফবা স্কুল অমদা কোরিলেসন তৌদনা তম্বিরিবা অত্তুগী মওংদা চংথবা তারে। মতম অত্তুদসু মতিকচাবা ওজা অমা ওইরবদি তোঙান তোঙানবা উপায় কয়া শিজিন্নত্নুনা তম্বিরিবা বিষয় অত্তুবু য়াম্না মুংঙাইহনবা অমসুং অঙাংশিংবু পামহনবা য়াই। মরি লৈননা তম্বিরিবনি হায়ত্নুনা নিয়ম নাইদনা বিষয় পুম্নমক চিংশিন্দুনা শান্নরবদি ছাত্রশিংগী মকমদা মুংঙাইতবা অমা ওইনা থোকনি। মরমদি কোর্রিলেসন হায়বা অসিদি অরাইবা মওংগী লাইরিক মতম্বিদি নত্তে। মেথোড অসিবু মায় পাক্লা শাংথোকে হায়রবদি অঙাংগী অপাম পামদা, হৈনিংবা হৈন্নিংদবা—অমরোমদা হায়রুরগা অঙাংগী মোনোবিজ্ঞান থংনা চত্তবা য়াদে। থোদোক হিন্নম খুদিংমক্তা মীৎ-না শিংনা লৈরবদি

অশেংবা, অচুম্বা অমস্তুং মতাং চাবা মওংদা (নেচরেল কোর্রিলেসন) কজনা তম্বিনিঙাই য়াম্না লৈ। তৌইগুম্বস্তুং অঙাংগী মওং মতৌ মুয়া খংদনা মরি লৈননা তম্বিরিবনি হায়রহুনা বিষয় কয়ামরুমগা মরি লৈনহন্দুনা হেক্তা তম্বিরগা অশেংবা কোর্রিলেসন হায়বহু ওইবা য়াবা নত্তে। মহুদি কোর্স্ড কোর্রিলেসন কৌই। মেথোড অসিদদি অঙাংগী হৈনিংবা, খংনিবা অমস্তুং অপাম্বা আসনা কোর্রিলেসনগী য়ুমকম ওইনা থমগদবনি অমস্তুং কোর্রি-লেসন তৌদবা য়াদে হায়রহুনা অঙাংগী রাখল ইতৌ তৌদনা ওজাগী অপাম্বা রাখলতনা কোর্রিলেসনগী য়ুমকম ওইহনখিবদি অকায়বা কয়ামরুম ওইরকনি।

## বুনিয়াদী শিক্ষাদা কোরি'লেসনগী টেক্নিক :—

বুনিয়াদী শিক্ষাগী টেক্নিক ওক কোর্রিলেসন অসি Ministry of Education and Scientific Research Government of India গী "Hand Book for Teachers of Basic Schools", হায়বা লাইরিক অদুদা মথাগী মওং অসিদা পিরমই।

বুনিয়াদী শিক্ষাবু য়োকখৎপা পাম্বা মীশিংনা শিক্ষা অসি একটিভিটি থরগী অকোইবদা চৎথবা পামই। অসিগুম্বা একটি-ভিটিশিং অসি প্রোডকটিভ, ক্রিয়েটিভ, পর্পসফুল ওইবগা লোইননা পুন্সিগস্থু মরি লৈনগদবনি। অসিগুম্বা রাখল অসিদগী বেসিক

স্কুলগীদমক্তা খল্লিবা ক্রাফ্ট অমু শিক্ষা পিবা য়াবগী মত্তিকচাক্কা মচাক চেলগদবনি, অমুগা কমিউনিটি অমুগী পুন্সিগসু মৰি লৈনগদবনি। নুমিৎ খুদিংগী ওজাবা মাগী টিচিং প্রোগ্রামদা পিরিয়ড্ অনি নত্রগা অহুমদি (পুংলোমদা হায়রগা চাওরাপ্পা পুং ১½ নত্রগা ২ য়োমদি) এবটিভিটি তৌরিবা মতম অসিদা ডাইরেক্ট টাইপ্ ওফ কোর্রিলেসন লৈনবা কন্না হোৎনৈ— হায়বদি অঙাংশিংনা একটিভিটি অমু মপুং ফানা চৎথবা য়ানবগী-দমক্তা ওজানা চংগদৌরিবা জ্ঞানশিং অমু ফংনবা হোৎনবদা মতেং পাংই।

খুদম ওইনা হায়রবদা ইংখোল কোইবদা শিজিন্নরিবা ছাত্র-শিংদা মখোইনা গন্নাদা লৈ মরু হুনলিঙৈদা লৈবাক্কা হায়গা য়ানশিনবগী রেশিও অমু তাকপিগদৌবনি। মরু অমু হুনবা (লিংবা) মতমদা কয়া লুনা হুনগদগে অমুগা গন্না অমু সুংশাদা নত্রগা উরুমদা থমগদরা অসিনচিংবা কয়াসু তাকপিগদৌবনি।

মতৌ অসুম তৌদুনা উশুবগী থবক্তসু ছাত্রশিংদা উয়ান পান্থদা য়ানবা উ অমসুং উয়ান পান্থা নত্তবা মতমদা য়ানবা উ অনিগী খেনবা অমু তাকপিগদবনি; অসিগা লোইননা মখল মখলগী উশিংগী মরমদসু তাম্বগদৌবনি। স্কেছ প্ল্যান অমা য়েক্তুনা, নাপ তৌদুনা অমসুং চংগদবা উগী মশিং হোৎতোক্তুনা লেপথোক্কদৌবনি।

মথক্তা উৎঙ্গিবা কোর্রিলেসন মখল থরা অসি কোর্রিলেসন

মখল কয়ামরুমগী মরক্তগী ওজানা একটিভিটি অমা মথং মথং পুখৎলকপা মতমদা শিজিন্নবা য়াবা কোর্রিলেসন মখল খরনি। মরমদি ওজানা ছাত্রশিংবু করিগুম্বা একটিভিটি অমা অপনবা সৈতনা তম্বিরিবগী মতমদা খুদোংচাবা খুদিমক লৌত্নুনা 'করিনা অমসুং করম্না' কোর্রিলেসন থমগদগে হায়বা অদু য়েংশিনবা তাই। ছাত্রশিংবুসু মখোইনা শিজিন্নখিবা পোৎশিং (raw materials) অদুগী চাং (মশিং) অমা খংনবা অমসুং মখোইগী থবক্তা চাওখৎলকইবা অদুগী চাং অদু খংন্নবগীদমক্তা গ্রাফ্ অমসুং চার্টশিংদা ইশিনহৌবা দরকার ওই।

থবক্কী পিরিয়ড্শিংগী মতুংদা টাইম্ টেব্লগী মতুংইন্না অতোপ্পা বিষয়শিংগী— মমা লোল, কলা, অঙ্ক, সোসিয়েল ষ্টাডিজ অমসুং জেনেরেল সাইন্সনচিংবগী পিরিয়ড্ মথং মথং থোকলকই। পিরিয়ড্শিং অসিদা মমাংগী ক্রাফ্টকী পিরিয়ড্তা থোকলকপা সমস্যাশিং অদুগা মরি থম্নগা ওজানা নৈনগনি। পোৎ শাখিবদা চংখিবা মচাকশিং অদুগী মমল অদু অঙ্কগী পিরিয়ড্তা হোৎতোকহনগনি অমসুং মসিগা মরি লৈননা প্রোব্লেম্ কয়াসু হোৎতোকনি। ভুগোলগী পিরিয়ড্তনা একটিভিটি অদুদা শিজিন্নখিবা রো-মেটিরিয়্যালশিং অদু কদাইদগী হৌরকপগে অমসুং কদাইদা কংবগে হায়বনচিংবগী মরমদা ওজানা খন্নবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা গ্রেড্ তরুক শুবদা (class vi) বেসিক ক্রাফ্ট অসি কিশাবনি; মসিদা ছাত্রশিংবু মপুংফাবা কি শাবগী ইতিহাস

তম্বিহনা শিনকম অসি ঐখোইগী লৈবাক অসিদা মমাংঙৈদগী হৌনা মরুওইবা শিনকম অমা ওইনা চৎথরকই হায়বনচিংবগী মরমদা নিংথিনা অমসুং কান্ননা ( profitably ) তম্বিবা য়াই। মসিগীসু মথক্তা লৈবাক অসিগী তোঙান তোঙানবা মকমদা লৈশিং থাবগী মরমদা নৈনহনা অমসুং করিগুম্বা অরেপ্পা মওং ( size ) অমদা কি শান্নবগীদমক্তা চংগদবা লম্বাই মশিংনচিংবা লেপ-থোকপগী মরমদসু নিংথিনা তম্বিবা য়াই।

## বেসিক ক্রাফ্টনা কোরিলেসনগী কেন্দ্র ওইরগা কোরি-লেসন তৌবগী খুদম :—

মথক্তা ঐখোইনা বেসিক ক্রাফ্ট অসি শিক্ষা অসিগী ময়াইথংবা শরুক্তি হায়না খল্লখরে। শিক্ষা অসিদা ক্রাফ্ট অসিনা লৈরিবা ফিবম অসি ওম্ফোল্লা মরু ওইখরে। শম্না হায়রবদা স্কুলগী বিষয় পুন্নমক অসি ক্রাফ্টকী মতেংনা তম্বিবা তাই। ঐখোইনা করিগুম্বা শ্রেণী অমনা ঙসি মহৈ মরোং খন্না হুনগনি হায়না খল্লসি। রাকম অসিমক্তা শিক্ষাগী লমদা মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিংগী মরমদা মপাল নাইত্রবা জ্ঞানগী থোং হাংদোকলই। অম-রোমদা অমুকসু মসিনা তোঙান তোঙানবা জ্ঞানগী মশা কয়াগা— স্কুলগী বিষয়শিংগা — নকুবা মরি থমই। মরমদি স্কুলগী বিষয়শিং অসি মীওইবা ঐখোইগী মখল মখা অয়াম্বা জ্ঞানগী মশা ঙাক্তনি। ঐখোইনা হৌজিক্তি 'লৌউবা' হায়বা বেসিক ক্রাফ্ট অসিগী সব-একটিভিটি "মহৈ মরোং হুনবা" হায়বা অসিদা স্কুলগী বিষয়শিং

অসি কদাই কাওবা কোর্রিলেট তৌহুনা তম্বিধা রাবগে য়েংসি :—

লোল :— মৌখিকী মওংদা ওইরবস্থু নত্রগা ইবু ইহল্লবস্থু মখাগী রাহংশিং অসিনা একটিভিটি (ক্রাক্ট) অসিগী অকোইবদা লোল অসি শাগৎলকপা য়াই।

১। সিড-বেড থৌরাং তৌনবগীদমক্তা করম-করম্বা খুৎলাই দরকার ওইবগে ?

২। খুৎলাইশিং অদুগী মমিং হায়য়ু অমস্থুং শিজিন্নফম তাকউ।

৩। করিগীদমক্তা মরু হুনগদৌরিবা লৌবুক অদু নিংথিনা অমস্থুং হন্না হন্না খোইদোকপা দরকার ওইরিবনো ?

৪। য়োৎপাক অমস্থুং খুরপি শিজিন্নবগী কান্নবা তাকউ।

৫। খুরপিগী মরুওইবা শরুকশিং, অদুগী মমিং হায়য়ু।

৬। নখোইগী হকচাংগী করম্বা শরুক্তা খুরপি শিজিন্নবগে ?

৭। হকচাংগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংগী মমিং হায়য়ু।

অঙ্ক :— লৌবুক্তা মরু হুন্নবগীদমক শেম্নবা ফৈদোমশিংগী মশিং, ফৈদোম খুদিংমক্তা শেমলিবা কাংখুলগী মশিং অমস্থুং চংগদৌরিবা মরু মশিং লেপথোক্লগা মশিং থিহলগদবনি।

ফৈদোম খুদিংমক্কী ময়ুং অমস্থুং মরাক নাপ তৌহল্লগা ক্ষেত্রফল পুথোকপা তম্বিহুনা বিদয় অসি একটিভিটি অসিদ মরি লৈননা তম্বিবা য়াই।

ইতিহাস :— মীওইবনা গেহু, কৌনচিংবগী মরমদা খং-ত্রিভৈদা শা-ঙা; বনগী উহৈনচিংবা চাহুনা লেনলমই। মখোইনা শা-হাৎনবগীদমক অঙকপগী মশক ওইরবা খুৎতু-খুৎলাই কয়া শিজিন্নরমই। ঐখোইনা ঙসি চান্নবা চিঙ্গাকপু খোংহুনা চারিবা অসি-গুম্না মখোইস্থু খোংহুনা চারম্বরা ? হুনলিবা মরু অসি লশিং মরুনি হায়না খল্লো, অদু ওইরবদি ঐখোইনা একটিভিটি অসিদা মরি লৈনহল্লগা "কিগী ইতিহাস" তম্বিবস্থু য়ারে।

জেনেরেল সাইন্স :— হুনলিবা মরু অদু মতোল চোং-খৎলক্‌নুনা হৌরকপগী কিবমশিং — ইশিং, নুংশিৎ, নুংশা অমস্থুং নুংশা মঙাল — স্থু নৈনরগা বিষয় অসি একটিভিটি অসিদা কোরিলেট তৌহুনা তম্বিবা য়াই।

ভুগোল :— অকরুবা ঋতু অমদা করিগীদমক ঐখোইনা অকরুবা মহৈ মরোং খরদমক হুনলিবনো ? হুনলিবা মরুশিং অসি নিংথিনা হৌররুবগীদমক্তা করি তৌবা দরকার ওইবগে ? ঐখোইনা হুনলিবা মরু অসি নত্তবা অতোপ্পা করম্বা মহৈ মরোং ঋতু অসিদা হুনবা য়াবগে ? অসিগুম্বা ভুগোলগী সমস্যা পোকহনবা য়াবা রাহং কয়া অসি হংলগা বিষয় অসি একটিভিটি অসিদা মরি লৈনহল্লগা তম্বিবা য়াই।

আর্ট :— হুনখিবা মরুশিং অদুগী মচু অমস্থুং মওং-মতৌ য়েংহন্দুনা অদুগা মচু অদুগা অতোপ্পা মচুশিংগা — প্রাইমারি অমস্থুং সেকেণ্ডরী কলর — খেনবা তাকপিগনি। অদুগীস্থু মথক্তা

মরু, মনা অমসু পাম্বীশিং অম্ব য়েকহন্দুনা আর্ট অসি একটিভিটি অসিদা কোর্রিলেট তৌহনা লাইনা তম্বিবা য়াই।

সিভিক্স :— অঙাংশিংবু মথং মনাও নাইবা থবক তৌবা তম্বিনবগীদমক্তা গুদামদগী মখোই মখোইগী খুৎশু-খুৎলাই অমসুং মহৈ মরোং শরুক লৌখোকপা মতমদা পুল্লপ চংহন্দুনা মুন্নহল্লোইদবনি, পরেং অমা শাহল্লগা মথং মনাও নাইনা অমমম ওইনা লৌহনগদবনি। থবক শুবা লোইরবা মতমদসু শিজিন্নরুবা খুৎশু-খুৎলাই পূন্নমক মকম চানা মথং মনাও নাইনা থম্বা তম্বিগদবনি। অসিগীসু মথক্তা থবক শুরিবৈদা পুন্না থবক তৌমিন্নবগী কান্নবা মরম কয়া খংহন্দুনা বিষয় অসি একটিভিটি অসিদা লাইনা মরি লৈন্নবা তম্বিবা য়াই।

হকশেল (Hygiene) :— ছাত্রশিংনা লৌবুক্তা থবক শুবা লোইরগা মখোং - মখুৎ হামদোকই। মখোং-মখুৎ হামদোকপা মতমদা সাবান শিজিন্নৈ। সাবান শিজিন্নবগী কান্নবা মরম কয়া খংহন্দুনা সেনিটেশন অমসুং হায়জিনগী নিয়ম কয়ামরুমগী মরমদা নৈন্নরগা একটিভিটি অসিদা বিষয় অসি মরি লৈনহল্লগা তম্বিবা য়াই।

## সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্টনা কোরিলেসনগী কেন্দ্র ওইরগা কোরিলেসন তৌবগী খুদম :—

সমাজগী মথং মতৌং (সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট) হায়বা অসি কোর্রিলেসনগী মচাক মরাং কায়না য়াওই। বুনিয়াদী

শিক্ষাদদি অসিগুম্বা মচাকশিং অসি মপুংফানা শিক্ষাগীদমক্তা শিজিন্নগদবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা কমিউনিটি খুদিংমক্কী মমাংঙৈদগী চৎথরকইবা চৎনবা কয়া— রাঙাং-শাঙাং, ফিজেৎ-শাজেৎ, লমচৎ-শাজৎ অমসুং ব্যাবহায়নচিংবা লৈতবা লৈতে। কমিউনিটি অতুগী ওইবা হয়াও-কুম্মৈ অমসুং পুজানচিংবা কয়াসু লৈ। মরক মরক্তসু মেলানচিংবা কয়া তৌতুনা কমিউনিটি অতুগী সংস্কৃতি অতু উৎথোকললকই। অসিগুম্বা হয়াও কুম্মৈশিং অসিদগী বেসিকী ওন্না অমনা শিক্ষাগী লমদা তৌনিংঙাই য়ায়া লৈ। মরমদি মখল মখা অমাম্বা কুম্মৈ অমসুং মেলানচিংবশিং অসি কমিউনিটি অতুগী সংস্কৃতিবু মিৎনা উহনবা নত্তনা করিসু নত্তে। শম্না হায়রবদা অসিগুম্বা হয়াও কুম্মৈ খুদিংমক্কী মরু ওইবা থৌরম কয়াদি চিঙ্গাকী মরমদা, পুজাগী মরমদা, অনৌবা ফিরোল শেৎপা-চাবা অমসুং শাবগী মরমদা, য়ুম-কৈ শেম-শাবা অমসুং শেংদোকগী মরমদা মরি নৈনৈ। পূম্নমক অসিনা স্কুলগী বিষয়— ইতিহাস, ভুগোল, সাহিত্য অমসুং অঙ্ক কাওবা তম্বিবা য়াবা শাংলবা লম্বী অমা ( vista ) হোংদোকই। হৌজিক্তি ঐখোইনা 'চৈরাওবা' হায়বা সোসিয়েল একটিভিটি অসিদা স্কুলগী বিষয়শিং অসি কদাই কাওবা কোর্রিলেট তৌতুনা তম্বিবা য়াবগে য়েংসি। শ্রেণীদি ৫গুবা, নত্রগা ৬গুবা ওইহনবা য়াই।

লোল :— মখাগী রাহৌদোকী রাহং কয়া অসি হংহুনা

লোল অসি মৌখিকী মওংদা ওইরবসু নত্রগা ইবু ইহল্লবসু এক-টিভিটি অসিদা কোর্রিলেট তৌহুনা তম্বিবা য়াই।

১। নহাল ঐখোইনা তৌখিবা হরাও-কুম্মৈ ( festival ) অদু করি কৌবগে ?

২। করিগীদমক মহুবু মৈতৈগী শিংথানবা য়াবা কুম্মৈনি হায়না লৌরিবনো ?

৩। মনিপুরগী করম করম্বা মকমদা চৈরাওবগী পুজা চাওনা তৌবগে ?

৪। হরাও-কুম্মৈ অসিগীদমক্তা করি করি মচাক( পোৎ-চৈ ) লৈখিবগে ?

৫। ঐখোইনা য়ুমদা তৌবা পুজা খরগী মমিং হায়য়ু।

ইতিহাস :— মখাগী বিষয় অসিগী মরমদা সমস্যা পোকপা য়াবা য়াহং অসি হংলগা ইতিহাস অসি একটিভিটি অসিদা কোর্রিলেট তৌহুনা তম্বিবা য়াই। চৈরাওবগী মনুংদা চেল্লিবা অর্থ ( significance ) করিনো ? য়াহং অসিমক্তা মৈতৈগী পুরান্দা চৈরাওবগী মরমদা ইরিবা চ্যাপ্টর্ অদু উখোক্লকনি। অদুগা মীয়াম্না চৈরাওবগী মরমদা লৌনরিবা অতোপ্পা ভাব— অনৌবা চহি হৌরগদবনি, অনৌবা চহিদা শিজিন্নবা কি-রোল অমসুং ইমুং-মনুংগী কোন-লিক লৈনবগীনি— হায়বনাচংবা অদুসু কোংদোক্লকপা য়াই।

অঙ্ক :— বিষয় অসিগী সমস্যা পোকপা য়াবা য়াহং

খর হংলগা একটিভিটি অসিদা মরি লৈননা তন্বিবা য়াই।

১। থৌদোক অদুগীদমক্তা করম করন্বা পোৎ লৈখিবগে? লৈখিবা পোৎ খুদিংমক্কী মশিং, চাং অমস্তুং অশেংবা পিখিবা মমল তোঙান তোঙান্না হোৎতোকহনগদবনি।

অমরোমদা অমুকস্তু থৌদোক অসিগীদমক্তা শুনু হায়খিবা ফক্লাং খরগী নাপ লৌহন্দুনা ক্ষেত্রকল পুথোকপা তন্বিবা য়াই। অদুগা শুনু হায়বদা চংখিবা মমল অদুবুস্তু পুথোকপা তন্বিবস্তু য়াই।

জেনেরেল সাইন্স অমস্তুং হায়জিন :— মখাগী সমস্যা পোকপা য়াবা রাহং খরা অসি হংলগা জেনেরেল সাইন্স অমস্তুং হায়জিন অসি লাইনা একটিভিটি অসিদা কোরিলেট তৌগনা তন্বিবা য়াই।

১। করম্না অমস্তুং করিগীদমক চৈরাওবগী মমাংদা য়ুম শেংদোকপগে? (য়ুম অসি মরক মংক্তা শেংদোকপা দরকার ওই হায়বা অদু খংহলগনি।

২। করিগীদমক ঐখোইনা ফক্লাংদা শুনু হায়রিবনো?

৩। শুনুদা করম্বা মখলগী পোৎ য়াওদুনা লৌনগনবা লাইনা পুবা তৌল-কাং তোংবা ঙমাদ্রবনো?

৪। ফক্লাং রাই-তৈনবা শুনু করম্না শেমগনি?

৫। ফক্লাংদা শুনু হেক হায়বগা খুদক অদুমক্তদা ডৌনা উঠিবা করিগীনো?

ছাত্রশিংদা মপুংফাবা জ্ঞান লৈহৌনবগীদমক্তা শনুগী খোং

য়েংহনলুবা য়াই অমসুং স্কুলগী কক্লাং শুনু হায়বদা য়াওহনবা য়াই।

## ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্টনা কোরিলেসনগী কেন্দ্র ওই-রগা কোরিলেসন তৌবগী থুদম :—

মীওইবা খুদিংমক করিগুম্বা ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট খরগী মরক্তা চাওখ-লকপা ওাকুনি। অংশংবমক অওাংগী অহানবা জ্ঞান অয়াম্বদি (primary knowledge) অসিগুম্বা এনভাইরোনমেণ্ট অসিদগী ফংলকই মহৌশানা অওাংদি মখোইগী মনাক্তা লৈবা উ-রা, শা-ষন অমসুং উচেকনচংবশিংগা য়াম্না চান্নজে। মখোইনা উরুবা নত্রগা থেংনরকপদগী ঋতু গোংদোক হোংজিনগী মওং মতৌ অমসুং মখোইগী মনাক্তা লৈবা চীং, তুরেল, পাৎ অমসুং খোংনচিংবগী তোপ তোপ্পা মওংশিং (peculiar features) অতু কনানসু তম্বি-রুবা তাকপিরুবা লৈতনা মতৌমতা খংলরকই। অসিগুম্বা পোৎ-শিং অমসুং অতোপ্পা পোৎ কয়ামরুম্না মখোইগী অকোইবদা শাগৎকদোরিবা তোওান তোওানবা জ্ঞানগী মশা— স্কুলগী বিষয় কয়ামরুমশিং তম্বা হৌবদা অহানবা জ্ঞান পি। মতৌ অসুম তৌদুনা স্কুলগী মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিং অসি অওাংগী এনভাইরোনমেণ্টকা মরি লৈনবতা নত্তনা বিষয়শিংগী মরক্তসু অমগা অমগা মরি লৈনহল্লি। অসিগুম্বা মওংদা ফাইরিক তম্বিবা অসি শিক্ষাগী লমদা অৎং-অহৈশিংনা পাম্নবা মেথোড "খংলবা নত্রগা হৈরবা জ্ঞান্না অনৌবা অমসুং খংদ্রিবা জ্ঞান

ভানবা" ( proceed from the known to the unknown ) হায়বা অসিগস্মু চানৈ। মরম অসিদগী মপুংফাবা অমস্মুং অশেংবা শিক্ষা পিনবগীদমক্তা অভাংশিংবু প্রাকৃতিগী মওং মতোদা ( ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্টদা ) চুশিনহনবা হায়বা অসিস্মু হৌজিক্কি স্কুলশিংগী মরুওইবা মথৌ অমা ওইরক্লে। হৌজিক্কি ঐখোইনা "ইম্ফাল তুরেল য়েংবা" হায়বা ফিজিকেল একটিভিটি অসিদা স্কুলগী বিষয়শিং অসি কদাই ফাওবা কোর্রিলেট তৌত্নুনা তম্বিবা য়াবগে য়েংসি। শ্রেণীদি ৫শুবা নত্রগা ৬শুবা ওইহনবা য়াই।

লোল :— মখাগী রাহোৎদোক্কী রাহংশিং অসি হংত্নুনা লোল অসি মৌখিকা মওংদা ওইরবস্মু নত্রগা ইবু ইহল্লবস্মু এক-টি ভটি অসিদা কোর্রিলেট তৌত্নুনা তম্বিবা য়াই।

১। ঙরাং নখোইনা য়েংউবা তুরেল অত্থুগী মমিং করি কৌবগে ?

২। তুরেল অত্থু করম্বা মফমদগী হৌরক্লগা কদাইদা তা-খিবগে ?

৩। মনিপুরগী খরাইদগী চাওবা তুরেলগী মমিং হায়য়ু।

৪। তুরেল অসি করি মরমদগী ইম্ফাল তুরেল কৌরিবনো ?

৫। নখোইনা খংবা মনিপুরগী তুরেল খরগী মমিং হায়য়ু।

ইতিহাস :- বিষয় অসিগী মরমদা সমাস্যা পোকপা য়াবা মখাগী রাহং অসি হংলগা ইতিহাস অসি কোর্রিলেট তৌত্নুনা তম্বিবা য়াই।

১। তুরেল হায়বা অসি করম তৌনা ওইরকইবনো ?

( মতাং অসিদা ওজানা তুৱেল ওইৱকপগী ( শন্নকপগী ) ৱারী অদু খংহলগনি । )

ভুগোল :— (১) মনিপুরদা তুৱেল কয়া লৈবগে ? (২) মমিং হায়য়ু। (৩) তুৱেলশিং অদুগী মৱমদা কৱি খংবগে ?

বিষয় অসিগী মৱমদা সমস্যা পোকপা য়াবা মথক্কী ৱাহং খৱ অসি হংলগা মনিপুৱগী তুৱেলশিংগী মৱমদা তম্বিদুনা ভুগোল অসি মরি লৈনহন্দুনা তম্বিবা য়াই।

অঙ্ক :— (১) থোদোক অদুগীদমক্তা করম করম্বা পোৎ লৈখিবগে ? লৈখিবা পোৎ খুদিংমক্কী মশিং; চাং অমসুং অশেংবা পিখিবা মমলশিং অদু তোঙান তোঙান্না পাথোকহন্দুনা অমসুং অপুনবা খৱচ অদু হোংতোকহন্দুনা বিষয় অসি একটিভিটি অসিদা কোৱিলেট তৌদুনা তম্বিবা য়াই।

আর্ট :— য়েংউৱিবা মফম অদুগী নক্সা অমা য়েকহন্দুনা মদু মচু শংহন্দুনা ( ৱং তৌহন্দুনা ) অমসুং মচুশিং অদু করম্না য়ানশিন্নগদগে ( colour combination ) খংহন্দুনা আর্ট অসি লাইনা মরি লৈনহন্দুনা তম্বিবা য়াই।

মতৌ অসুম তৌদুনা অঙাংশিংনা তুৱেল অদু য়েংবা চৎপা মতমদা ওইৱোমদা চৎহন্দুনা লম্বী চৎপগী নিয়ম তাকপিৱগা অমসুং তুৱেল মপান্দা নুংশৎ শেংইবগী মৱমশিং অদুবুসু খংহন্দুনা 'সিভিক্স' অমসুং 'হায়জিন' অসিবুসু একটিভিটি অসিদা লাইনা কোৱিলেট তৌদুনা তাম্বিবা য়াই।

# বুনিয়াদী শিক্ষাগী শক্তমদা হোংলকপা

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি নেশনেল ইনষ্টিটুট কয়ানা চাংয়েং তৌরুবদা থবক ওইনা চৎথবদা খুদাংচাদবা কয়াংরুম থেংনখিরমই। অসিগুম্বা খুদোংচাদবশিং অসি কোরুবগীদমক্তা মতম মতমগী দরকার মতুংইন্না অপুনবা ভারতকী বেসিক এড়ুকেশন কোনফরেন্স কয়ামরুম ফমখিরমই। কোনফরেন্সশিং অসিনা স্কীম অসি থবক ওইনা চৎথবা য়ানবগী মওংদা রেকোমেন্দেশন কয়া তৌরমই। মসিগী ফলনা অহানবা স্কীম অসিগী স্কোপ অসি পুন্সিগী থাক পূম্নমক কোনশিনবা থুংনা শন্দোকলমই। স্কীম অসিমক জাতিগী শিক্ষা প্রণালী ওইবা মরম্না সেন্ত্রেল এডভাইজরী বোর্ড ওফ এড়ুকেশন অমসুং কেন্দ্র সরকারনা মপুংফানা থবক ওইনা চৎথবা য়ানবগীদমক্তা কমিটি কয়ামরুম হাপখিরমই। কমিটিশিং অসিনা স্কীম অসি নিংথিনা নৈনরবা মতুংদা মরম চাবা অমসুং থবক ওইনা চৎথবা য়াবা রেকোমেন্দশন কয়ামরুম তৌখিরমই। অসিগুম্বা রেকোমেন্দেশনশিং অসিগী মতেংনা ঙসিদি বুনিয়াদী শিক্ষা অসি মতম অসিগী চুনরবা থবক ওইনা চৎথবা য়াবা শিক্ষা প্রণালী অমা ওইরক্রে। শিক্ষা প্রণালী অসিবু ঙসিগী ফিরম অসি তাররুবা তৌখিবা রেকোমেন্দেশন খরা মখাদা পিরি :—

১। সেন্ত্রেল এডভাইজরী বোর্ড ওফ এড়ুকেশননা খৃষ্টাব্দ

১৯৩৮দা হাপখিবা 'খের কমিটি' অসুনা কম্পালশনগী চহি অসি চহি ৬ তগী ১৪ কাওবা ওইনবগীদমক্তা রেকোমেন্দেশন তৌখিরমই। অমরোমদা হায়রুগা ইউনিভরশেল ফ্রি এণ্ড কম্পালসরি এডুকেশন অসি চহি নিপাল ওইরগদবনি হায়বনি।

২। স্কীম অসিবু নিংথিনা নৈনখিবা জাকির হুসেন কমিটিনা মেডিয়ুম ওফ কোর্রিলেসন অসি ক্রাফটতনা মতিক চাদে হায়না খংহনবিখিরমই। মরম অসিদগী কমিটি অসিনা শিক্ষা অসিগী কোর্রিলেসনগী কেন্দ্রগীদমক্তা মেডিয়া অনি — (১) ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্ট অমসুং (২) সোসিয়েল এনভাইরোনমেণ্ট অসিবুসু হাপচিন্নবা রেকোমেণ্ড তৌখিরমই।

কমিটি অসিনা কোর্রিলেসনগী রোল্ ( rule ) বু কনশিনহন্নবগীদমক্তা মথাগী মওং অসিদা রেকোমেণ্ড তৌরমই—
"............ টিচং পুন্নমক ক্রাফট নত্রগা সোসিয়েল এণ্ড ফিজিকেল এনভাইরোমেণ্টশিংগা মরি থমদুনা অশেংবা পুন্সিগী ফিবমদা চৎথগদবনি। অসিগুম্বা মওংদা চৎথরবদি অঙাংনা তমইবা খুদিংমক খংবা ঙমদুনা মপুংফানা মশাগী হেঙ্গৎলকইবা একটিভিটি ( growing activity ) অমুগা লোইনবা ঙমগনি।

খের কমিটিনসু শিক্ষা অসিগী কোর্রিলেসনগী মতাংদা মথাগী মওং অসিদা রেকোমেণ্ড তৌরমই :—
"বেসিক ক্রাফটতা কোর্রিলেট তৌবা য়াদবা কলচরেল সবজেক্ত খরদি তোপ্পা তম্বিগদবনি।" 27.

---

27. Report of the First Kher Committee on Wardha Scheme.

৩। জাকির হুসেন কমিটিনা স্কীম অসিগী সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্ট অসি মপুং ওইনা সহযোগ পিরমদে। স্কীম অসি তশেংনমক সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং ওইগনি হায়বসু ওন্নমদে। মসিগী মরিদা কমিটি অসিগী মত্তি— "স্কীম অসি করিগুম্বা মওং অমদসু সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং ওইবা ওমত্তবসু মসিগী sound educational policy লৈবা অসি য়েংহুনা জাতি শেমগৎ শা-গৎপগী তঙাইফদনা তৌদবা য়াদবা ওইনা ( urgent measure ) লৌখৎকদবনি। অসিগুম্বা অকবা শিক্ষা অসিদা চংগদবা খরচগী অয়াম্বা শরুক্তি মরনাইং পুক্তরবা য়াবগী ফিবম লৈরিবা অসিমকসু ঐখোইগী লাইবক ফবনি।" 28.

ডাক্তর জাকির হুসেননা খের কমিটিগী মেম্বর অমা ওইনা রার্দ্ধা স্কীমগী সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মতাংদা মখাগী মওং অসিদসু শেংদোকলমই :—

(ক) "রার্দ্ধা স্কীমনা মরু ওইনা এম্ফ্যাসিস্ পিরবদি এক-টিভিটিবুনি, য়োনবা য়াবা পোং পুথোক্নবগীদমক্তা নত্তে।

(খ) স্কুলগী পোথোক্নগী অশিৎপা শেল অহুদগী ওজাগী তলব হেক্তা ডাইরেক্ট ওইনা পিথোক্নদবনি হায়বা অসিদি স্কীম অসিদা ইম্প্লাই ( imply ) তৌদে"। 29.

খের কমিটিনসু মখাগা মওং অসিদা রেকোমেণ্ড তৌরমই :—
" ......... বেসিক ক্রাফ্টকা পোথোক অসি য়োনবা য়াবা

28. The Zakir Hussain Committee Report.
29. Report of the First Kher Committee on Wardha Scheme.

পোৎ ওইগদবনি "। 30

ডাক্তর ঠাকুরনসু বেসিক এড়ুকেশনগী সেল্ফ-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টতা কা-হেন্না এম্ফ্যাসিস্ পিরবা অসি য়ানিংলমদে। মহাত্মা মসিগী মরিদা অসুম্না হায়রমই — " I cannot congratulate a society that gives a vested interest to the teachers in the market value of the pupils' labour ".

অশেংবমক্তি লৈবাক অসিগী খম থেংনা আর্থিক অবস্থা ফত্তবা অমসুং মসিবু করিগুম্বা প্যাম্বে অমতনা অতেনবা মতম খরগী মনুংদা মেনখৎপা ঙমলোইদবা ফিবম অসি উবদগী গান্ধীজিনা মাগী শিক্ষা প্রণালী অসিদা সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টপু এম্ফ্যাসিস্ পিরমইবনি। মহাত্মা ৱাফম অসিমক্তি হোংদোংলম্বা তৌরমদে; তৌইগুম্বসুং অঙাংশিংনা ক্রাফ্টকী থবক্তগী ফংলকপা শেলনা মতমগী মতুংইন্না ওজাগী তলবকী recurring expenditure ফাওবদি কোন্নহনবা ঙমগনি হায়না মত পিরমই।

লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা চাংয়েং স্কুল কয়ানা চাংয়েং তৌরুবদগী ফংলকপা ফলগী মতুংইন্না হৌজিক ফাওবা লেরুদুনা লৈরিবা ফিবমদি— অঙাংশিংনা পুথোক্লকপা পেৎশিং অদুদগী ফংলকপা শেল অদুনা স্কুলগী খরচগী শরুক খরদি পুহনগদবনি। ৱাফম অসিনা তাকপদি বেসিক এড়ুকেশনগী সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্ট অসি হৌজিক্তি হান্নগী শক্তম অদুদগী হেংদোকলে হায়বনি।

30. Report of the First Kher Committee.

অহানবা স্কীম অদুগী ফণ্ডামেণ্টল্ ফিচর্শিংবু কায়হন্দনা হৌখিবা চহি কয়ামরুম অসিদা চাংঙ্কেং তৌরুবদগী কংলকপা জুনদা য়ুমফম ওইরগা হোংদোক হোংজিন অমসুং শেমদোম শেমজিন কয়া তৌরবা মতুংদা ঙসি কাওবদা শিক্ষা অসিগী অরেম্বা ওইনা লৈরিবা অদুগা নেশনেল গবর্নমেণ্টনসু য়ারবা লেংদ্রবা শকুমশিং ( fundamental features ) অদু মখাদা পিরি :—

(ক) ফ্রি এণ্ড কম্পলসরী এডুকেশন অসি চহি ৭ তগী ১৪ ওইরবগী মতুংদা, চহি ৬ তগী ১৪ কাওবদা থাক অনিগী মওংদা— চহি ৫ গী জুনিয়ার ষ্টেজ অমসুং চহি ৩ গী সেনিয়ার ষ্টেজ— চৎথরগনি।

(খ) মেডিয়ুম ওফ ইনস্ট্রকশন অসি অঙাংগী মমা লোলদা ওইরগনি ।

(গ) শিক্ষা পিবগী মওংদি ( process of education ) মেনুয়েল প্রোডকটিভ ৱার্ক নত্রগা ত্রাফ্টনা কেন্দ্র ওইহনলগা চৎথরগনি। হায়রিবা ক্রাফ্ট অসিদা আর্ট অসিসু য়ারিবমখৈ মরি লৈনহনগদবনি। কেন্দ্র ওইগদৌরিবা ক্রাফ্ট অসি খলবা মতুংদা অংাগী এনভাইরোনমেণ্ট য়েংলগা খলগদবনি। ছাত্রশিংগী সোসয়েল এণ্ড ফিজিকেল এনভাইরোনমেণ্টশিংবু কোরিলেসনগীদমক্তা শিজিন্নগদবনি ।

(ঘ) অহানবা স্কীমদা ( original scheme ) সেল্ফসপোর্টিং অ্যাস্পেক্টপু কা-হেন্না এম্ফ্যাসিস্ পিরম্বা অদু অমুক

হল্লা কা-হেল্লা এম্‌ফ্যাসিস্‌ পিররোইদবনি। স্কুলগী পোখোক্তগী কংলকপা শেল অত্তুনা খরদং ওইররবস্থু স্কুল অত্তুদা মতেং ওইহন-গদবনি। অত্তুম ওইনমক অসিগুম্বা অ্যাস্পেক্ট অসিদা কা-হেনবা এম্‌ফ্যাসিস্‌ পিরোইদবনি ।

(ঙ) ছাত্রশিংগী ইভ্যালিউয়েশন অসি মখোইনা নোংমা নোংমগী তোরিবা থবক অত্তুগী বেসিসতা মন্নুংগী ওইনা লেপক-দবনি। মপালগী পরিক্ষা থমে ােইদবনি ।

(চ) টেক্‌স্ট বুক অসি য়ারিবমখৈ থাদোক্কদবনি ।

(ছ) ক্রাক্‌টকী থবক্তা পুং ৩ মিনিট ২০ থম্লম্বা অত্তু পুং ২½ দা ওনলগনি। হায়রিবা মতম অসিস্থু প্র্যাকটিকেল রার্ক অত্তুদমক তৌনবগীদমক্তা নত্তে; প্রাকটিকেল তৌবগা লোইনা লোইননা সিল্যাবস্‌তা য়াওরিবা বিষয়শিং অত্তুস্থু ক্রাক্‌ট অসিগী মতেংনা তম্বিগদবনি।

(জ) শিক্ষা অসিদ দ cleanliness and health, citizenship, work and worship, play and recreation অসিনচিংবা মাওইবা অমনা চেলকম থোক্লবা গুণশিং অমস্থু কংকম থোকপা অধিকারশিং অসিগী মরমদস্থু এম্‌ফ্যাসিস পিগদবনি।

(ঝ) স্কুলগী মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিং অসি তোঙান তোঙানবা বিষয় ওইনা তম্বিরোইদবনি; বিষয়শিং অসি অঙাং-শিংদা হারমোনিয়স এণ্ড ব্যাল্যান্স পারশনেলিটি চাওখৎহন্নবগী-দমক্তা অমগা অমগা মরি লৈনবা প্রোসেস্‌ ওইনা তম্বিগদবনি।

# বুনিয়াদী শিক্ষা অমসুং নেশনেল গবর্নমেন্ট

বুনিয়াদী শিক্ষাগী খোইদোক হেন্দোকপা মেরিট কয়ামরুম লৈবদগী ভারত সরকারনা শিক্ষা অসিবু খৃষ্টাব্দ ১৯৪৬-৪৭ তা চহি ৬ তগী চহি ১৪ কাওবগী মনুংদা লৈবা অঙাংশিংগী শিক্ষা প্রণালী ওইনা লৌশিনখিমই। শিক্ষা প্রণালী অসি মপুংফানা চংথবা য়ানবগীদমক্তা ভারত সরকারনা মখল মখা অয়াম্বা থবক কয়া পায়খৎখিরমই।

খৃষ্টাব্দ ১৯৪৮গী জানুয়ারী থাদা ইকাই খুম্নবগী মশক ওই-রবা ভারতকী শিক্ষা মন্ত্রি, মৌলানা কলম আজাদনা অপুনবা ভারতকী এডুকেশন কোনফরেন্স অমা কৌখিরমই। কোনফরেন্স অসিনা সারজেন্ট প্লানগী রেকোমেন্দেশনশিং অহু য়াখিরমই; তৌইগুম্বসুং চহি ৪০গী মনুংদা কম্পালসরী এডুকেশন প্রোগ্রাম অসি মপুংফানা পাংথোকপা ঙমগনি হায়বা প্লান অসি মতম শাংমনবা মরম্না মখাগী মওং অসিদা সজেশন তৌরমই :—

(ক) বেসিক এডুকেশনগী কম্পালসরী প্রোগ্রাম অসি চহি ৪০ দগী য়ুম্না তেনশিনহনগদবনি।

(খ) বেসিক এডুকেশন অসি চহি নিপাল চুপ্না শেল তিং-দনা পিগদৌরিবা অসি চহি ১০ গী মনুংদা জুনিয়ার বেসিক ষ্টেজদা ওইনা হন্না হৌদোকখিগদবনি। অসুমনা মথং মথং ওইনা

চহি ১১দগী চহি ১৪ কাওরগী মন্নুংদা লৈবা অভাংশংকশু শন্দোক্লকদবনি।

শিক্ষা অসিগী শেল-থুমগী ফিবম য়েংশিন্নবগী দমক্তা কোন-ফরেন্স অসিনা 'ফাইনান্স কমিটি' অমা শ্রীবি : জে : খেরবু সভাপতি ওইহন্দুনা হাপখিরমই। কমিটি অসিগী মত মতুংইন্না ইউনি-ভরসেল এণ্ড কম্পালসরী বেসিক এডুকেশন অসি ১৬ কী মন্নুংদা চহি ৫ গী প্লান অনিরক অমস্থুং চহি ৬ কী প্লান অমুক্তা পাংথোক্কদবনি। অসিগুম্বা প্লান অসি পাংথোকপা ৬ন্নবগীদমক্তা চংগদৌরিবা খরচগী ৭০% না রাজ্য-সরকার অমস্থুং লোকেল বোডশিংনা পুগদবনি; লেম্বহৌবা ৩০% অদুনা কেন্দ্র সরকারনা পুগদবনি হায়না রেকোমেণ্ড তৌরমই।

খের কমিটিগী রেকোমেন্দেশন অয়াম্বদি সেন্ত্রেল এডভাইজরী বোর্ড ওফ এডুকেশননা য়াখিরমইদি হায়রবু ফণ্ড য়াংপনা মরু-ওইবা মরম ওইহুনা মপুংফানা থবক চংথবা ঙমখিদে।

খৃষ্টাব্দ ১৯৫২ গী মার্চ থাদা দিল্লিদা কমখিবা সেন্ত্রেল এড-ভাইজরী বোর্ড ওফএডুকেশনগী ১৯শুবা সিটিংদা মৌলানা আজাদনা স্কীম অসি কেন্দ্র সরকারনা সাসন তৌবা লমদত্তা অহানবগী চাংথেং ওইনা অমস্থুং লৈবাক অসিগী মফম কয়াদা ফিদমগী মশক ওইনবগীদমক্তা চংথরগদবনি হায়না ময়ামদা খংহনখিবি।

শেল-থুমগী থুদোংচাদবা খরা লৈবদগী অহানবা চহি ৫ গী যোজনাদা কেন্দ্র সরকারনা স্কীম অসি মপুংফানা পাংথোক্লবগীদমক্তা

মতিকচাবা শেন্স কায়বা ঙমখিদে। অমুম ওইনমক ভুংগী যবক্তা অপনবা লৈতনবগীদমক্তা স্কীম অসিগী মরমদা মখাগী মওং অসিদা থবক চৎথমবগীদমক্তা রেকোমেণ্ড তৌখিরমই :—

১। অনৌবা প্রাইমারী স্কুল পুম্নমক বেসিক পেটর্ন ওইরগদবনি।

২। হৌজিক লৈরিবা প্রাইমারী স্কুলশিং অসি মথং মথং ওইনা বেসিক স্কুলশিংদা ওনশিলগদবনি।

৩। হৌজিক লৈরিবা স্কুলশিং অসি বেসিক পেটর্নদা ওনশিনলকবগী অহানবা থাক ওইনা মরক অসিদা ক্রাফ্ট অমসুং প্রাকটিকেল বার্ক করা হৌদোকদবনি।

৪। "বেসিক এডুকেশনগী থাক পুম্নমক (namely Pre-Basic, Basic, Post Basic and Teacher's Training when this becomes possible, a Rural University) ওনা থম্বা মোডেল বেসিক এডুকেশন সেন্টর অমা লিংখৎকদবনি।

৫। খুঙ্গংদা লৈবা স্কুলশিংদি মপুং ওইনা কমিউনিটি অত্থগী অকোইবদা লৈরিবা পুন্সি অত্থগা মরি লৈনহন্দুনা economic and social progress তা কান্নবা contribution তৌহনগদবনি।

অসিগী মথক্তা চাংয়েংগী মওংদা থবক চৎথরগা মতিক চাবা টেকনিক্ করা থোক্লকনবগীদমক মিনিষ্ট্রি ওফ এডুকেশননা অথবা মকম থরদা স্কীম অমা লৌখিরমই।

The main items of the scheme are :—

(a) a Post-Graduate Basic Training College with a Demonstration school attached to it for the staff of basic training colleges and administrative personnel;

(b) a Basic Training College for primary (junior basic) school teachers;

(c) two junior basic schools for practice and demonstration;

(d) five model community centres;

(e) an integrated library service, and

(f) a Janta College.

"স্কীম অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৫২-৫৩ দা থবক পারখৎপা হৌখিরমই। খৃষ্টাব্দ ১৯৫৫ গী মার্চ থা কাওবদা স্কীম অসিগীদমক্তা লুপা ১,১০,৪৩,৫০০৲ সেন্কসন তৌখিরমই।" 31.

"অরুব্যান্ এরিয়াশিংদা বেসিক এডুকেশন শন্দোক্লবগীদমক্তা প্লান অসিদা প্রোভিসন থমলমই। মসিগা লোইন্না বেসিক এডুকেশনগী লমদা রিসর্চ তৌনবগীদমক্তা নেশনেল রিসার্চ সেণ্টর অমা লিংখৎনবা হোৎনরমই।" 32.

রাজ্য-সরকারশিংগী বেসিক এডুকেশন শন্দোক্লখা হোৎনগদা

31, 32 Education and The Plan, The Publication Division, Ministry of Information and Broadcasting, Govt. of India, page 10.

মতেং পাংবা ওইনা চংখিবা খরচকী ৩০% দি কেন্দ্র সরকারনা পুরমই।

বেসিক এডুকেশন অসি ভারতকী মকম পুম্নমক্তা চাম চপ্‌মান্ননা শন্দোক্লবগীদমক্তা শিক্ষা অসিবু মরা চেৎনা চৎথর্‌রিবা লমশিং অহু য়েংনবগীদমক অ্যাসেস্মেণ্ট কমিটি অমা ভারত সরকারনা হাপখিরমই। কমিটি অসিনা বেসিক এডুকেসনগী প্রোগ্রেসপু মুন্না অ্যাসেস তৌরবা মতুংদা রিপোর্ট থাগৎখিরমই। রিপোর্ট অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ কী সেপ্টেম্বর থাদা দিল্লিদা কমখিবা কেন্দ্র সরকার অমস্থং রাজ্য-সরকারশিংগী শিক্ষা মন্ত্রিশিংগী কোনফরেন্সতা পুথাকখিরমই। কোনফরেন্স অসিনা কমিটি অসিগী রেকোমেন্দেশনশিং অহু মুন্না থম্নরবা মতুংদা বেসিক এডুকেশননা নৈবাক অসিগী এলেমেণ্টারি এডুকেশনগী পেটর্ন ওইবা অসি অমুক হন্না কনশিনহল্লমই।

অসিগীম্বু মথন্তা শিক্ষা অসিবু থুনা ভারত শিনবা থুংনা মরা চেৎনা শন্দোক্লবগীদমক্তা তৌখিবা রেকোমেন্দেশনশিং অহু মথাদা শমলপ্পা পিরি :—

১। বেসিক স্কুল নত্তবা স্কুলশিং অসি বেসিক স্কুলদা ওনশিনলকপদা খুদোংচানবগীদমক্তা বেসিক এডুকেশনগী মরুওইবা শক্তম ( craft etc. ) অসি হান্না লৈরিবা অমস্থং নৌনা লিংখৎলকইবা প্রাইমারী স্কুল পুম্নমক্তা হৌদোক্লগদবনি।

২। সেনিয়ার বেসিক স্কুল তক্বা লোইরবা অঙাংশিংগী

মখা লাইরিক তমথবা য়ান্নবগীদমক্তা হেজিক লৈরিবা সেকেণ্ডরী অমসুং হায়য়ার সেকেণ্ডরী স্কুলশিংদা ( তম্না য়ানবগী ) প্রো- ভিজন থমগদবনি। মরম অসিগীদমক সেনিয়ার বেসিক স্কুল- শিংগী একাডেমিক ষ্ট্যাণ্ডর অমগ লরার সেকেণ্ডরী স্কুলশিংগী একাডেমিক ষ্ট্যাণ্ডরগা মান্নহনগদবনি। সেনিয়ার বেসিক স্কুলশিংদা মরম অসিগীদমক ইংলিস তম্বিগদবনি।

৩। হান্না লৈরম্লবা ট্রেনিং ইনস্টিটুশনশিং অসি ২শুবা চহি ৫গী যোজনা লোইরিবৈগী মমাংদা বেসিক টাইফ্তা ওনশিনগদবনি।

৪। পোষ্ট-বেসিক স্কুলশিংগী শিক্ষাগী থাক অসি হৌজিক লৈরিবা সেকেণ্ডরী স্কুলশিংগী থাক্তা য়াংবা মান্নহনগদবনি। করি- গুবা ওইবা য়াবগী ফিবম লৈরবদি মসিদগীসু হেন্না য়াংহনগদবনি।

৫। অফিসিয়েল অমসুং নন্-অফিসিয়েল মেম্বর কয়া য়াওবা বেসিক এডুকেশন বোর্ড কয়া লিংখৎকদবনি। অসিগুম্বা বোর্ডশিং অসি এডুকেশন ডিপার্টমেন্টশিংদা পাওতাক পিব ওম্বগী মতিক চাবা শক্তি ( power ) পিগদবনি অমসুং পব্লিক কো-ওপ- রেসন কনবসু মখোইনা হোৎনগদবনি।

৬। বেসিক এডুকেশনগী মপুং ওইবা কোর্স অসি য়ারিব- মখৈ থুনা পুখৎলক্কদবনি।

খৃষ্টাব্দ ১৯৫৬ তা বেসিক এডুকেশনগী লমদা রিসর্চবী শবক কয়া চৎথনবগীদমক্তা 'ন্যাশনেল ইনস্টিটিউট অফ বেসিক এডুকেশন' হায়বা ... নেশনেল

ইনস্টিট্যুট ওফ বেসিক এডুকেশন' কৌবা ইনস্টিট্যুট অমা দিল্লিদা লিংখৎখিরমই। ইনস্টিট্যুট অসিনা 'Handbook for Teachers of Basic Schools' কৌবা brochure অমা চহি অসিদা কোংখিরমই। Brochure অসিনা বেসিক এডুকেশনগী জেনেরেল প্রিনসিপাল্‌শিং অমা শুগাইনা তাকলমই অমস্তুং মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিংবু purposeful and productive activity কয়াগী মতেংনা তম্বিবা য়ানবগীদমক practical suggestion কয়াবু উত্নুনা তাকই। মসিগীস্তু মথক্তা মরক মরক্তা সেমিনারি কয়া শিললাংদুনা শিক্ষা প্রণালী অসিবু মরা চেৎনবা কন্না হোৎনরি।

# বুনিয়াদী শিক্ষাগী মেরিট

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি মিনিষ্ট্রি ওফ এডুকেশনগী রিপোর্ট মতুং-ইন্নবদ গান্ধীজিনা ভারতকীদমক্তা পিরম্বা মমল নাইদ্রবা শিক্ষা প্রণালী অমনি। শিক্ষা প্রণালী অসিগী থোইদোক হেন্দোক্লা নিংজরবা যুগ আসগী শিক্ষাগী ইচেলগা চুনরবা নিয়ম ( principles ) কয়ামরুম সৈ। মরম অসিদগী শিক্ষা আসবু ভারতকী অমস্তুং ভারতকী মপান্দা লৈবা শিংথানবা য়ারবা এডুকেশনিষ্টশিংনা মখিকচুম্বা শিক্ষা

প্রণালীনি হায়না সহযোগ পিনরি। শেল থুমগী কিবমদা খল্লু-য়বস্থু শিক্ষা প্রণালী অাস নিংথিনা অমস্থুং হৈ-শিংনা চৎথরবদি থবক শুবা মীশিংগী পোথোক চাথোক হেক্কৎহনবা ভমহন্দুনা মতিকচানা পোথানবগী খুদোংচাবা পিবা ভমগনি হায়বা অসি জাকির হুসেন কমিটিগী অরেপ্পা মতনি। শিক্ষা প্রণালী অসিগী ইচেল অসি অনৌবা যুগ অসিগী শিক্ষাগী ইচেলগা সোইননা চেলমিন্নবা মরম্না থোইদোক হেন্দোক্লা নিংথিজরবা মেরিট কয়ামরুম লৈ।

১। Child Centered Education :—

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি অঙাং অসি এড়ুকেশনেল কন্সিউময়নি হায়না লৌই। শিক্ষা অসিদদি অঙাংদা লাইরিক তম্বিবা মতমদা অঙাংগী অপাম্বা, হৈনবা অমস্থুং দরকার ( চাহিদা ) মতুংইন্না তম্বি-গদবনি। য়াকম অসিমক্তি শিক্ষাগী লমদা নিংথিনা খংলবা রুশো, পেষ্টালোজি, ফ্রোএবেল, হার্বার্ট অমস্থুং জোহন ডিউইনচিংবনা পান্নরবা নিয়ম— অঙাংগী হৈনবা, অপাম্বা, লমচৎ-শাজৎ ( nature ) অমস্থুং দরকারবু মরু ওইনা খলগদবনি হায়বা অদুগস্থু চানৈ।

২। Learning by doing :— থবক তৌনা তৌন লাইরিক তম্বিবা হায়বা আসনা শিক্ষা অসিগী মরু ওইবা নিয়মনি। অশেংবা শিক্ষাদি লাইরিকতগীদা ফংগদবনি হায়বা অসি বুনিয়াদী শিক্ষানা য়াদে। অশেংবা জ্ঞান তান্নবগীদমক্তা লাইরিক নত্তবা অতোপ্পা পাম্বৈ কয়াস্থু লৈরি হায়না শিক্ষা অসিনা

লৌই। অঙাংশিংগী অপাম পামদা, হৈনিংবা হৈনিংদবা য়েংদনা লাইরিক হেক হাংদোক্লগা অঙাংদা তম্বিবা ( chalk and talk lesson ) অসি শিক্ষা অসিনা য়াদে। অসিগুম্বা মতম্বি অসিদি মোনোবিজ্ঞানিকস্থ ওইদে, অদুগা কান্নফমস্থ খংদে। মরম অসিদগী হৌজিক্তি অসিগুম্বা লাইরিক মতম্বি অসি এড়ুকেশনিষ্টশিংনা পাম্নদরে। গান্ধীজিনা স্কুলদি থবক তৌনবা মফম ওইগদবনি হায়না খাজরমই। শিক্ষা অসিদদি অঙাংশিংনা স্কুলগী বিষয়শিংগী জ্ঞানদি মরম চাবা ( purposeful ) একটিভিটি কয়ামরুম তৌরুবদগী ফংলক্কদবনি হায়বা অসি গান্ধীজিগী অরেপ্পা মতনি।

৩। Craft as the Core of Basic Education :—

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি ক্রাফ্‌ট অসি শিক্ষা পিনবগী পাম্বৈ ওইনা থমই। অমরোমদা হায়রুরগা ক্রাফ্‌টনা শিক্ষা অসিগী ময়াইথংবা শরুক অদু ওইহনলগা অঙাংশিংদা স্কুলগী তোঙান তোঙানবা বিষয়শিংগী জ্ঞান পিগদবনি হায়বনি। ক্রাফ্‌টনা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইহল্লগা শিক্ষা পিবদা থোইদোক হেন্দোক্লা খুদোংচাবা মরম কয়ামরুম লৈ :— (ক) অঙাংশিংনা খুৎনা থবক নোম্বনা হকচাং কৈয়াৎ পূম্নমক্কী হৈশিংবা অমস্তুং ফগৎলকপদা নত্তনা সেন্স ট্রেনিং অমস্থ পি। (খ) খুৎনা থবক নোম্বনা কোক্লা ( brainনা ) ফনা হৈনিংত্রবস্থ থুনমক থবক অদুদা চিংশিনলকই। মসিনা খুৎ অমস্তুং কোক অসিবু মতম অমতদা চপ মান্ননা থবক তৌমিন্নহল্লি। (গ) থবক তৌবা হায়বা অসিদি

অমরোমদা অঙাংশিংদদি শান্নবা মখল অমনি। মরম অসিনা শান্নরগতা পেনজরিবা অঙাংদা শান্নবগী মওংদা থবক তৌহন্নলবদি হৈনি-বা অমস্তুং অপাম্ববু লাইনা পোকহন্দুনা পিনিংবা জ্ঞান পিবদা লাইনা থোকই। (ঘ) অঙাংদি শানা শাননা করিগুম্বা পোৎ অমা পুথোক্লগা মচু ময়ামদা উৎলগা পেনজে। মসিনা অঙাংদা পিনিংবা জ্ঞান পিবদা খুদোং চাহনবতা নত্তনা পোথোক হেঙ্গৎহন্দুনা মওং অমদা সমাজগী ওইনা কান্নহল্লি। (ঙ) মহৌশানা অঙাংদি মতোমতা লৈবা হৈনদে; পুন্না লৈমিন্নদুনা থবক তৌমিন্নবা পামই। ডোইনা মখোইনা পুন্না শানমিন্নবা অমস্তুং থবক তৌমিন্নবদগী অমনা অমদগী খংদবা কয়া তমহৌই অমস্তুং অমনা অমদা মতেং পাংনিংবগী রাখল পোক্লকই। অস্থুম তৌদুনা মখোইগী মরক্তা কো-ওপরেটিভ স্পিরিট্ অমা চাওখৎহনবা ঙমই। (চ) অঙাংশিং অসি মতম অয়াম্বদা বুদ্ধিগী থবক্তা তৌদুনা লৈহল্লবদি থুনা চোকথগাল্লে। খুং অমস্তুং পুক্লিং অসি মতম অমতদা থবক তৌমিন্নহল্লবদি চোকথবগী (fatigue) চাং অসি য়াম্না হন্থে।

ক্রাফ্টনা শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইরগা শিক্ষা পিবা অসি মোনোবিজ্ঞানিক ওইবা রাকমনি হায়বা অসি ঐখোইনা হৌজিক খংবা ঙমগে। গান্ধীজিনা ক্রাফ্টপু শিক্ষাগী কেন্দ্র ওইনা খল্লম্মবগী মতাংদা অস্থুম্না হায়রমই—"ক্রাফ্টপু শিক্ষা অসিগী কেন্দ্র ওইনা থম্বগী মরমদি ক্রাফ্ট অসিবু ফগৎনবা অমস্তুং পোথোক-চাথোক

হেন্গৎনবগীদমক্তা নত্তে; মসিনা পাম্বৈ ওইনা অভংশিংগী বৃদ্ধি লোশিং হেন্গংহন্নবগীদমক্কনি। শম্না হায়রবদা স্কুল অমগীদমক্তা খল্লিবা ক্রাফ্ট অমুনা অভা শিংদা নিয়ম নাইবা অমসুং মরম চাবা জ্ঞান পুররক্নবগীদমক্কনি, অর্থিক অবস্থা ফগৎহনবগী নত্তে। মসি শিক্ষা অসিগী পাম্বৈ অমসুং পলথুকমনি।

৪। Self-supporting aspect :—

নহৈ তম্লিবৈদা করিগুম্বা খরা তাল্লু হায়বা অসি শিক্ষা অসিগী মরুওইবা নিয়ম অমনি। ভারতকুম্বা অর্থিক অবস্থা কত্তবা লৈবাকতদি শিক্ষা অসি মথন্তা হিংজহনগদবনি হায়বা নিয়ম অসিগী মতিক্চাবা মরম কয়ামরুম লৈ। শম্না খল্লরবদা ভারতকী মশিং লাকওমল্লবা মীয়াম অসিবু অতেনবা মতম খরগী মনুংদা লাইরিক হৈহনগে হায়রবদি শিক্ষাদি তভাইকদনা মতোমতা হিং-জহনবা তাই। অসিগুম্বা মওং অসিদা চৎথরবদি ঐখোইগী কন্স্টিটিউসননা লেপ্পখিবা ফ্রি এণ্ড কম্পালসরী এডুকেশন অসি পাংথোকপা ওমগনি। রাকম অসিমক্তি অরাইবা নত্তে। মসি নিংথিনা পাংথোক্কে হায়রবদি থরাই য়াওবা অমসুং হৈশিংলবা ওজা য়াম্না দরকার ওই।

কনা কনাগুম্বনা বুনিয়াদী শিক্ষাগী সেল্ফ-সপোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মরমদা অমুম্না হায়রৈ— স্কুল অমবু সেলফ-সপোর্টিং অ্যাস্পেক্টকাদমক্তা য়েংহুনা চৎথরবদি স্কুল অমু স্কুল ওইররোই, কারখানা ওইরগনি; অমুগা অভাংশিং অমুনা ছাত্র ওইররোই কুল্লি ওইরগনি। মসিমক্তি অরানবা রাখলনি।

মরমদি বুনিয়াদী স্কুলদদি অড়াংশিংনা তৌরিবা থবক ( ক্রাফ্ট ) অদুনা শিক্ষাগী পাম্বৈ ওইনা শিজননরি। শম্মা হায়রবদা ক্রাফ্ট অদু তম্বিবা মতমদা স্কুলগী বিষয় পুম্নমক্কী জ্ঞানসু চিংশিন্দুনা তম্বিগনি। অমরোমদা অমুক হায়রুবগসু স্কুলদি পোথোক চাথোক লৈবা থবক্কী পাম্বৈ ওইদুনা জ্ঞান তানকমগী মন্দির ওইগদবনি; লাইরিকতমক তম্নবা মকম ওইহনলোইদবনি।

৮। Correlated or Integrated Knowledge :—

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি জ্ঞান অসি মপুম ওইনা পিগদবনি। মরমদি জ্ঞানদি মপুম ওইবা পোৎশক্নি; মচেৎ মচেৎ খাইদোক্লবদি অমাংবা কয়াসু থোক্লকই। অড়াংশিংদা ঐখোইনা লাইরিক তম্বিবা মতমদা খুদোং চানবগীদমক্তা মসিনা ইতিহাসনি, ভুগোল-নি, অঙ্কনি হায়দুনা খায়দোকখিবতনি। অসুম্না অপুনবা জ্ঞানগী শরুক অসিবু মচেৎ মচেৎ খায়দোক্লুনা তম্বিবগী মহুত্তা কয়-গুম্বা শিক্ষাগী মচাক য়াম্না চেনবা পোৎশক অমনা মরম ওইদুনা হিরম খুদিংগী জ্ঞান লৈহনবা ডম্নবদি য়াম্না কৈ। মরম অসিনগী কোরিলেসন হায়বা অসি বুনিয়াদী শিক্ষাগীদি থরাইনি। শিক্ষা অসি-দদি স্কুলগী বিষয় পুম্নমকসু খুৎকী থবক (ক্রাফ্ট ) অসিদা মরি লৈনহন্দুনা অড়াংদা পিবা য়াবা জ্ঞান পুম্নমক পিগদবনি।

৯। Relation with life :—

বুনিয়াদি স্কুলদি কমিউনিটি সেণ্টর ওইগদবনি। অমরোমদা হায়রুবগা স্কুল অসিদি সমাজ অমসুং কৈরোই লৈকাইদগী

তোঙান্না খাইদোক্লুনা লৈবা য়াদে। য়াম্বিবমখৈ স্কুলগা কৈরোই লৈকাইগা নক্নবা মরি থমগদবনি। মরমদি সমাজ অমস্তুং কৈরোই লৈকাইদা থোক্লিবা থবক খুদিংগী কল স্কুলদা তাম্বিবনি অদুগা স্কুলগী মনুংদা তৌরিবা থবক খুদিংগী কলস্তু সমাজদা তাম্বিবনি। হৌজিক্কী মতমদদি স্কুল হায়বা অসি অপিকপা সমাজ (a miniature society) অমান হায়না লৌনরি। মরমদি সমাজ অদুগী মমি অদু স্কুলদা তারি। অদুনদি স্কুলবু সমাজদগী খাইদোক্নুনা থম্বা অসি লাল্ল। অদুগীস্তু মথক্তা বুনিয়াদী স্কুলদদি লাইব্রক তম্বগা লোইননা পুন্সিগা মরি লৈনবা খুৎকী থবক কয়া অমদি তোঙান তৈঙানবা থবক কয়া পাংথোকলি। অদুনা সমাজগা স্কুলগা নক্নবা মরি লৈতবা য়াদে। নক্নবা মরি থমগে হায়রবদি অমনা অমগী মতেং পাংবা তাই। শম্না হায়রবদা কৈরোই লৈকাইগী মীশিংনা স্কুলগী থবক্তা মতেং পাংবা তাই অদুগা স্কুলগী অঙাংশিংনা কৈরোই লৈকাইগী থবক অয়াম্বদা য়াওবা তাই। মসিদগী নুংশিনবা, অমতনি হায়বগী রাখল পোক্লকতুনা অঙাংশিং অদু কমিউনিটি অদুগী মতিক চাবা মেম্বর ওইনা শেমগৎ শাগৎপদা মতেং পাংগনি।

৭। Training in citizenship :—

বুম্নিয়াদী শিক্ষানা পামইবদি তুংগী জাতিগী য়ুম্বী ওইগদৌরিবা ছাত্রশিংগী মরক্তা অমনা অমগীদমক খলবা, (mutual understanding) নুংশিনবা অমস্তুং পুন্না থবক তৌমিন্ননিংবগী

রাখন্স অমা চেন্সহনবা অসিনি। অসিগুম্বা রাখল অসি চেলহনবা ওম্রবদি ঐখোইগী শেমগং শাগংপগী থবক পুন্নমক মপুং ফানা পাংখোকপা ওমগনি। শম্না হায়রবদা অনৌবা শিক্ষা অসিগী উদ্দেশ্যানি অসিগুম্বা কিদম্নকম ওইরবা রাখন্স অসি তুংগী নাগরিক ওইরগদৌরিবা ছাত্রশিংদা চেন্সহন্দুনা ওসি ঐখোইগী সমাজদা হিংশা, জাতিভেদগী কন্নক য়েংথিবা রাখন্স, অফনবনা অশোনবা অনংবা কাংবুবু হন্থবা মিংয়েংনা য়েংবা অসিনচিংবা সমাজগী মনুংদা লৈরিবা লুদ্রবা রাখন্সশিং অসি কোকহন্দুনা হেন্না চুম্বা সমাজগী ফিবম অমা পুরকপা অসিনি। মরমদি ওসিগী অডাংশিং অসি হয়েংদি দায়িত্ব অমমম পুরগদৌরিবা নাগরিক ওাক্কনি।

৮ Free and Compulsory Education for 8 years :—

শিক্ষাদি করিগুম্বা অরেপ্পা থাক অমা ফাওবা শেল তিংদনা তমহন্সগদবনি হায়বা অসি বুনিয়াদী শিক্ষাগী মরু ওইবা নিয়মনি। প্রজাতন্ত্র ওইরবা লৈবাক খুদিংমক্কী নাগরিক্কি তডাইফদনা করি-গুম্বা অরেপ্পা থাক অমগী শিক্ষা ফংদবা য়াদে। ভারত অসি হৌজিক্কি প্রজাতন্ত্র ওইরবা লৈবাক অমা ওইরবনিনা অসিগুম্বা অনৌবা প্রজাতন্ত্র অসি য়োকখৎদবগীদমক্তা তডাইফদনা লৈবাক অসিগী নাগরিকশিং অসি অরেপ্পা থাক অমগী শিক্ষা পিদবা য়াদরে। বুনিয়াদী শিক্ষানা ইহান হান্না অসিগুম্বা শিক্ষাগী অরেপ্পা থাক অসি লেপথোকই। মসি পাংথোক্নবগীদমক্তা রাজ্য-সরকার-শিংনা দায়িত্ব লৌগদবনি। রাকম অসিগী মরিদা গান্ধীজিনা

অসুম্না হায়রমই— "প্রাইমারী এডুকেশনবু চহি তরেৎ চুপ্পা নত্রগা শাংথনা হৌজিক্কী মেট্রিকুলেশন কাওবদা তমইবা বিষয় পুম্নমক ইংলিশ নস্তুনা শিনকম অমা হাপচিনলগা হায়রিবা শিনকম অসিনা অঙাংশিংগী পুক্লিংবু ( mind ) চিংথোক্লবগী গাড়ী ওইনা শিজিন্নরগা মখল মথা অয়াম্বা বিষয়শিংগী জ্ঞান চিংথোকহল্লগনি। অসুম তৌহ্ননা ঙসি ঐখোইগী প্রাইমারী, এম : ই: অমস্তুং হাই স্কুল কাওবগী এডুকেশন অসি চহি তরেৎকী প্রাইমারী এডুকেশন অসিদা লোইনা কোনশিনলগদবনি।" 33.

গান্ধীজিগী রাফ্ট অসিগী থোইদোক হেন্দোকনা মরম চাবা ( reasonable ), মরম কয়ামক্রম লৈ। মরমদি মসিনা অতেনবা মতম থরদংগী মনুংদা থাক চপ মান্নবা শিক্ষা পিরবা য়াবতা নত্তুনা শিনকম অহুদগী থোক্লকপা পোত্থোকনসু রাজ্য-সরকারশিংদা থরদং ওইরবসু মতেং পাংবা ঙমগনি। মসিমক্তি ভারতকুম্বা অর্থিক অবস্থা কথবা লৈবাক্কীদমক্তি থরাইদগী হেন্না কবা মওংগী শিক্ষানি। শন্না হায়রবদা মসিনা ভারতকী মীয়াম অসিবু অতেনবা মতম থরগী মনুংদ ককম থোকপা শিক্ষা কংবা ঙমহনবতা নত্তুনা থবক কংদবগী মরূ অহুসু ককথৎলবা য়ারি।

৯। Emphasis on Mother Tongue :—

অঙাংগী মমালোলদা লাইরিক তম্বিবা হায়বা অসিনা শিক্ষা অসিগী মরু ওইবা নিয়মনি। গান্ধীজিগী মত মতুংইল্লবদি মরিকচুম্বা

33. Harijan 2—10—'37

শিক্ষা পিগে হায়রবদি লাইরিক্তি অঙাংশিং অতুগী মমালোলদা তম্বিগদবনি। অচুম্বমক্তি মীরৈবাক্কী লোলদা ল ইরিক তম্বিরবদি অঙাংশিংগী ওরিজিনেলিটি চাওখৎহনবগী মহুত্তা ক্রেশ্মর অমসুং ইমিটেস্তর ওইহনলকই। মরম অহুনা রাখল চংবা থবক ( original work ) তোবদা হৈনদে বুনিয়াদী শিক্ষাদদি অঙাংশিংগী মমালোলদা পিগদবনি হায়বা অসিদা জাকির হুসেন কমিটিনসু মপুংফানা সহযোগ পিরমই।

**Greater freedom for th৭ Teacher and Taught :—**

বুনিয়াদী শিক্ষাদদি ডিসিপ্লিন্ অসি হুকুম নত্রগা করিগুম্বা মপালগী অখিংবা অমা ওইনা লোদে। মসি মীওইবগী মনিং-মখা তম্ববু হেন্না ফবা অমসুং শিংবা মওংদা শিজিন্নবনি হায়না লৌই। শিক্ষা অসিদদি "চৈবু কল্লু অঙাংবু মাংহল্লু" হায়বগী মফম লৈতে। ডিসিপ্লিন্ অসি শিক্ষা অসিদদি অঙাংগী পুক্নিং, লমচৎ শাজৎ অমসুং রাখলবু ট্রেনিং পিহুনা; অহেনবা শক্তি অমসুং ইন্স্টিঙ্কট্পু নমথহুনা হিরম খুদিংমক্তা চপ মান্নবা চাওখৎপা ঙম্মবগী লম্বী য়াৎপিনবগী পাম্বৈ অমনি হায়না লৌই। মরম অসিদগী শানবা অমসুং অঙাংগী হৈনবা মতুংইন্না লাইরিক তম্বিবা হায়বা অসিসু শিক্ষা অসিনা মরুওইনা লৌরি। অঙাংনা জ্ঞান তানবদা খুদোংচাগদবা য়েংহুনা মশাগী মনিংতৌনা চাওখৎনবা হোৎনবদা ( free grow.h ) অপনবা পিদে ।

মরমদি অঙাংগী নেচর মতু ইন্না চাওখৎনবা হোৎনবদা কা-হেল্লা খিংলুববদি দায়িত্ব লৈবা নাগরিক ওইনা শেমগৎপদা অকাইবা লাকই। অদুম ওইনমক ফ্রি-ডিসি'প্লিন্ থম্নবগীনি হায়দুনমু অঙাং-না নিংবতা অমসুং তৌনিংবতা তৌহনগদবনি হায়বা অদুদি বুনিয়াদী শিক্ষানা য়াদে। মরমদি শিক্ষা প্রণালী অসিনা পামই ডিসিপ্লিন্দি 'Laissez-Faire' গী ডোকত্রিন্ অদু নত্তে। অসি গুম্বা ডোকত্রিন্ অসিদি য়াম্না অকায়বা লৈ। মরমদি অঙাংগী বুদ্ধি লৌশিং অসি মপুং কাদ্রি; থবকী অক-কন্তুগী কল লেপ্পা ঙম দ্র। মরম অদুনা অঙাংবু শেরান্নবা লম্বীদা লমজিংখিবা য়াই। শম্না হায়রবদা বুনিয়াদী শিক্ষানা পামইবদি মশানা তৌ-রুবা থবক্না মন্নামক্তা করি কায়গদগে খলদুনা মশানা মশাবু ন্নারকহনজবা (সেলফ্-ডিসিপ্লিন্) অসিবুনি।

১১। Basic Education is not a Class Education :—

বুনিয়াদী শিক্ষা অসিদি মী কাংলুপ অমতগী ওইবা শিক্ষা নত্তে। মসি জাতিগী ওইবা শিক্ষানি। শিক্ষা অসিগী অরোইবা উদ্দেশ্যদি ঙসি ঐখোইগী সমাজদা য়েংবদা নুংঙাইতবা অমসুংঅকায়বা কয়া— শেনজাও পায়বা কাংবুনা লাইরবা অনংবা কাংবুবু উশিং-থৌওই-দবা মিৎয়েংনা য়েংলিবা, অচৌবনা মচাবু নমথুগে খল্লিবা, কলম পায়বনা খুৎনা থবক নোমদুনা চারিবা কাংবুবু হন্থনা খল্লিবা অমসুং মী অমগা অমগা নুংশিনদ্রিবা— অসি মাংহন্দুনা কাংবু কাংবু

নাইদবা সমাজ ( classless society ) অমা পুরকপা অসিনি। বুনিয়াদী শিক্ষানা মরম ওইদুনা পুরকদোরিবা সমাজ অসিদদি মী খুদিংমক মাগী মাগী অশুমন কংদুনা নুংঙাইনা লৈবা ঙম্মগনি।

১২। Basic Education is Both for the Rural and Urban Areas :—

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি কনা কনাগুম্বা মীগী মত্তা মহাত্মা গান্ধীনা খুঙ্গংগীদমক্তা হৌদোকখিবা শিক্ষানি হায়না অরানবা রাখল অমা তোইনা লৌনরি। হায়রিবা রাখল অসিগী অকায়বা কয়ামরুম লৈ। মসিদগী তোইনা খুঙ্গংদ লৈরিবা মীশিংন খ্রি বুনিয়াদী শিক্ষা অসি খুঙ্গংগীদমক্তা ওইবা, তারবদি সহরদা লৈবা মীশিংগীদমক্তা অতোপ্পা শিক্ষা অমা লৈবা তারে। অদুগীসু মথক্তা সহরদা লৈবা মীশিংদা পীগদোরিবা শিক্ষাদি অকবনি; খুঙ্গংদা লৈগদোরিবা বুনিয়াদী শিক্ষা অসিদি কত্তবনি হায়না খল্লখিবসু য়াই। হায়রিবা রাকম অসিনা অচুম্বা তারবদি লৈবাক অমগী মনুংদা শিক্ষা প্রণালী অনি লৈবা হায়বা অদু থোক্লে। মসি ওইথোক্কবা রাকমনি। বুনিয়াদী শিক্ষা অসি ভারত জাতিগী ওইবা (সহর অমসুং খুঙ্গংগী) শিক্ষানি। ক্রাফ্‌টনা শিক্ষা পিবগী মরিদা লম লমগী কিবম অমসুং দরকার থেনবগী মতুং-ইন্না করিকুলমদা খরা থেনবা কাওবদি থোইদোকপা অকায়বা লৈতে। মরমদি বুনিয়াদী শিক্ষাগী করিকুলমদি মসিনা লেপ্পবনি অমসুং লোইরবনি হায়বা লৈতে। (There is no rigidity

in the Curriculum of Basic Education.) অতুম ওইনমক খুৎংগা অভাংশিংগীদমক সহরগী অভাংশিংদগী তোঙানবা শিক্ষা অমা লৈগনি হায়বদি লানলি। মরম অসিদগী খেনাম্নবদি চাংদতা (degree) ওইগনি, মখলদা (kind) ওইরোই।

ব্লাকম অসিগী মরিদা ডাক্তর কে: এস: শ্রীমালীনা অস্নুমা হায়রমই— "অশেংবমক্তি বুনিয়াদী শিক্ষা অসি সহরদনা হেন্না দরকার ওই। খুঙ্গংদা লৈবা অভাংশিংদি মহৌশানা পুন্সিগা মরি লৈনবা থবক কয়া— লৌউবা; ইংখোল কোইবা, ফিশাবা অমস্তুং মখল মখা অয়াম্বা খুৎকী থবকশিং— অসি উরুবদগী নত্রগা ইমুং মনুংগী অহল্লশিংগী মতেং পাংলুবদগী অশেংবা পুন্সিগী জ্ঞান কয়া তানশিনবা ঙমই। অমরোমদা অমুকস্তু সহরদা লৈবা অভাং-শিংদি অসিগুম্বা খুদোংচাবা অসি ফংদে।" অভাংশিংদা পুন্সিগী অশেংবা জ্ঞানগা ডাইরেক্ট কনট্যাক্ট লৈনহনবা হায়বা অসিমক্তি মখোইগী অরাংবা থাক্কী শিক্ষাদা য়াম্না মতেং ওইরকই। শম্না খন্নরবদা শিক্ষাদি তুংগী পুন্সিগীদমক্তা শেমগৎ শাগৎপিগদবনি হায়বা অসিনা চুম্নবনি বুনিয়াদী শিক্ষানা মরম ওইহ্নুনা পিগদো-রিবা অশেংবা পুন্সিগা মরি লৈনবা শিক্ষা অসিমক্তি খুঙ্গংদগী সহরদনা হেন্না দরকার ওই।

১৩। Contents of Education :—

বুনিয়াদী শিক্ষানা তম্বিবা পামইবদি 3 R's— ইবা, পাবা, অমস্তুং অঙ্ক— অসিদমক নত্তে। শিক্ষা অসিগী মচাক্তি

(Contents) পারি পুরিদগী চংথরকইবা শিক্ষা অসিদগী য়াম্না তোঙানলি। শম্না হায়রবদা বুনিয়াদী শিক্ষানা পামইবদি 7 R's— ইবা, পাবা, অঙ্ক, অধিকার, দায়িত্ব, মরি থম্না (relationship) অমসুং শোখাবা— তম্বিদুনা অঙাং অমগী কোক, খল্মোই, খুৎ অমসুং হকচাংবু চপ মান্নবা চাওখৎহন্দুনা হিংদুনা লৈবদা মত্তিক চাবা মী ওইহনবা অসিনি। মরম অসিদগী শিক্ষা অসি পুন্সিদগী লাপথোকুবা ইয়া য়াদে।

১৪। Experimental attitude:

বুনিয়াদী শিক্ষানা ছাত্র অমসুং ওজাশিংদা শিক্ষা অমসুং পুন্সিগী লমদা তোইনা চাংয়েংবগী য়াথল (experimental attitude) পোকহল্লি। মরমদি শিক্ষা অসিগী করিকুলম অসি একটিভিটি করিকুলম ওইবা মরম্না শিক্ষাগী লমদা পুন্সিগা মরি লৈনবা থবক কয়া চাংয়েং তৌবনা ওজা অমসুং ছাত্রশিংগী মুমিৎ খুদিংগী তৌগদবা মখো ওইরি।

১৫। Maintenance of School Records, Reports, Cards etc:—

বুনিয়াদী স্কুলদদি অঙাং খুদিংমক্কী নিয়ম নাইনা মপুং ওইবা রিকোর্ড থমই। মসিনা ছাত্রশিংগী মপা মমাদা অমসুং ওজাশিংদা ছাত্রশিং অদুগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং মখোইনা মুমিৎ খুদিংগী তৌরিবা থবক্কী মরমদ ফাইনা খংবা ঙমই। অসিগীম্নু মথক্তা নিংথিনা শিনলাংলবা বুনিয়াদী স্কুলশিংদদি অঙাং খুদিংমক্কী

কিউমিউলেটিভ রিকোর্ড্সু থমই। অসিগুম্বা রিকোর্ড্ আসদা অঙাং খুদিংমক্কী Scholastic history— his home life, learning capacity, educational history, personal characteristics, health history, his vocational plan etc— অসি ইশিন্দুনা থম্বা মরম্না অঙাংশিং অহুগী অশোইবা করানু মপা মমাশিংদা খংহন্দুনা মতম চানা মেনখৎপা ঙমই।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা শিক্ষা অসিদদি অঙাংশিংবু হৌজিক্কী লৃরবা (complex) সমাজ অসিদা লৈবদা মতিক চপ চাবা মী অমমম ওইনা লৈবা ঙম্নবগীদমক্তা এডুকেশনেল এণ্ড ভোকেশনেল গাইডেন্সগী মতিক চাবা মক্কম থমই।

## বুনিয়াদী শিক্ষা অসি এডুকেশনেলি সাউণ্ড্ ওইবরা ?

বনিযাদী শিক্ষাবু জাতিগী শিক্ষা প্রণালী ওইনা থম্বদা কনা কনাগুম্বনা চিংনবা মত ফোংদোকই। তোইনা শিক্ষা অসিবু অর্থ লৈরবা রাহৈ কয়া— 'work education' (as opposed to activity education), 'vivisection of

children', 'retreat to barbarism'— শিত্মিষ্নদুনা আলো-চনা তৌনৈ। অসিগুম্বা আলোচনাশিং অসিগী মরুদি শিক্ষা অসিবু মপাল্লদতা য়েংবদগীনি; তৌইগুম্বস্মুং স্কীম অসিগী মনুংগী অশোইবা ( inherent defect ) য়াওহনা তৌরকপদি নত্তে। আলোচনা অয়াম্বদি সেল্ফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মরমদা ওইনা তৌই। অত্তুবু হৌজিক্তি অসিগুম্বা অ্যাস্পেক্ট অসি কারগুম্বা মকম খরদা মরু ওইনা খলবতা নত্তনা অয়াম্বা মফমদদি educational value না লুনা খল্লরে। তশেংনমক বুনিয়াদী শিক্ষা অসিবু লৌখৎপা তারবদি মসিগী educational advantages য়েংলম্বা লৌখৎকদবনি; শিক্ষা অসিগী economic implication য়েংলগা লৌখৎকদবা নত্তে। গান্ধীজি মশামক্তসু শিক্ষা অসিগী সেলফ্-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্টকী মরমদা অস্তুম্না হায়রমই— "·········self-support is the acid test······". মতাং অসিদা মহাক্না পামইবদি ছাত্রশিংনা লুপা, অনা অমসুং পাই কয়া তানবা ওম্বগী খুদোংচাবা অদু লৈনবগী নত্তে; শিক্ষাগী মরিক চুম্বা মচাক য়াওবা একটিভিটি অদু তৌরুবদগী healthy effect লৈহন্নবগীদমক্তি। খুদম ওইনা তায়রবদা অঙাং অমনা মখুৎমক্না করিগুম্বা পোৎ অমা শারুবদগী মশানা তৌরুবা থবক অদুদগী মশাবু থাজবগী নুংঙাইবা রাখল পোক্লকপা অদুনা পোৎ অদু করিগুম্বা য়োনবা তারবদা আনা খরা ফংলক্কদৌ-ব্রিবা অদুদগী য়াম্ন হেন্না মমল লৈ। শিক্ষা প্রণালী অসিনা সেলফ্-সপ্পোর্টিং - অ্যাস্পেক্ট অসিদমক্তা এম্ফ্যাসিস্ পিরমদে,

শিক্ষাগী মচাক চেনবা পোম্খোক চাখোক লৈবা থওক্না মরম ওইদুনা অঙাংশিংগী মহৈ-মশিং তম্বদা healthy effect লৈহন্নবগীদমক্তি হায়বা অসিদি গান্ধীজিগী মথক্কী রাকম অসিদগী খংবা ঙমই। বুনিয়াদী শিক্ষা অসি শিক্ষাগী মচাক য়াওই ( educationally sound ) হায়বা অসিদি ভারতকী শিক্ষাগী লমদা অৱেপ্পা নিয়ম ওইদুনা লৌনরিবা স্কীম অসিগী মরমদা জাকির হুসেন কমিটি রিপোর্ট অমসুং সার্জেন্ট রিপোর্ট ( ১৯৪৪ ) না লেংদ্রবা ছাক্বিনি।

শিক্ষা পিনবগী খোংচৎতা ( in the process of education ) খরাইদগী মরু ওইবা একটিভিটিদি লারনিং অসিনি। অঙাংশিংদা লাইরিক তম্বিবদা মেথোড কয়া শিজিন্নদুনসু অঙাংশিংনবু খংববু ঙমদ্রবদি কানবা লৈতে। মরম অসিদগী শিক্ষাগী লম অসিদা খরাইদগী কবা টিচিং মেথোডতি মেথোড অদুনা পাম্বৈ ওইদুনা অঙাংশিংনা তম্বা ঙম্বা ফিবম অমা ( a learning situation ) শেম্বিবা অসিনি। অসিগুম্বা ফিবম অমা শেম্বিবা ঙম্বদতা অঙাংনা তম্বদা মতেং ওইরকই। মরম অসিদগী ওজাদি তঙাইফদনা child psychologist অমা ওইবা তাই। হৌজিক্কী যুগ অসিগী শিক্ষাগী মেথোডতি 'psychology of individual difference' দা মপুং ওইনা তাংবা মরম্মা ওজা অমগী অহানবা মথৌদি child psychologist অমা ওইবা অসিনি।

শিক্ষাগী লমদা নিংথিনা খংলবা জোহন আডামসনা অঙাংদা লারনিং পোকহন্নবগী মতাংদা অস্থুম্না হায়রমই—

"শিক্ষানা মোনোবিজ্ঞানবু কাক্সিনলে।" ("Education has captured psychology.") আডামসগী য়াকম অসিনা পুবা য়াবা অর্থদি শিক্ষাগী করিগুম্বা হিরম অমদা মৈনোবিজ্ঞানগী থৌইনশিন (influence) চংদবা লৈতে হায়বনি। মরমদি মো-নোবিজ্ঞান হায়বা অসিদি পুক্লিংগী মওং মতৌগী সাইন্সনি; অদুগা শিক্ষানা য়াখলগী মওং অসি অচুম্বা মাইকৈদা শেমদোকই। অসুম তৌহনা শিক্ষাগী লম অসিদা লারনিং অসি দরকার ওই। লারনিংগী ক্ষিবম অসি মতৌ করম্না পোকহনলকপগে হায়বা অদু নিংথিনা খংনবগীদমক্তা থ্রৈখাইনা থোর্নডাইককী লারনিংগী নিয়ম-শিং অদু য়েংশিনবা দরকার ওই। থোর্নডাইককী মত মতু ইল্লবদ লারনিং অসি মথাগী নিয়ম অহুম অসিনা খুদম চল্লি। (১) ডি লো ওফ রেডিনেস্, (২) ডি লো ওফ এফেক্ট অমসুং (৩) ডি লো ওফ একস্‌রসাইজ। হৌজিক্তি থ্রৈখোইনা বুনিয়াদী শিক্ষাদা নিয়মশিং অসি কদাই কাওবা পানবা য়াবগে য়েংসি।

ডি লো ওফ রেডিনেস্‌না হায়রিবদি অঙাংনা তম্নগে নত্রগা খংলগে হায়না থোরাং তৌরবদতা য়াম্না নিংথিনা তম্ব ঙমই। অমরোমদা হায়রুরগা জ্ঞান হায়বা অসিদ দরকার লৈর-বদতা পিগদবনি হায়বনি। মরম অসিদগী এডুকেশনেল একটি-ভিটি থুদিংমক্কী মরুমদা অঙাংগী পুন্সিগা মরি লৈনবা থোরম কয়ামরুম লৈগদবনি।

বুনিয়াদা শিক্ষা অসি মরু ওইনা অশেংবা পুন্সিগী ক্ষিবমগা

মরি থমই। শিক্ষা অসি অঙাংগী অপাম্বা, হৈনবা অমসুং দরকার পূর্নমক অসিনা য়ুমকম ওইরগা শাগৎসি। স্কীম অসিনা ইম্প্লাই তৌরিবদি শিক্ষা অসি মরম চাবা একটিভিটি থরগী অকোইবদা অঙাংগী ফিজিকেল অমসুং সোসিয়েল এনভাইরোমেণ্টশিংদগীসু মতৌং লৌরগা চৎথগদবনি হায়বনি। পূর্নমক অসিনা অঙাংগী পুক্নিং তমনিংবা অমসুং হৈনিংবগী রাখল অদু লাইনা পোক-হনবা ঙমই। অঙাংদি মতৌশানা পোৎ-চৈ শেমগৎ-শাগৎপা য়াম্না পামৈ অমসুং হৈনৈ। বুনিয়াদী শিক্ষা অসিদি শেমগৎ শাগৎপনা কেন্দ্র ওইবা মরম্না তম্বিবা মতমদা হিরম খুদিংমক্তা অঙাংগী instince of curiosity বু লাইনা পোকহন্দুনা থরাই হকচাং য়াওনা চৎথবা ঙমই।

ডি লো ওফ এফেক্টনা হায়রিবদি "করিগুম্বা situation অমগা অমসুং response অমগগী মরক্তা শেমদোকপা য়াবা মার অমা লৈরক্রবদি, অদুগা অসিগুম্বা মরি অসিবু satisfying state of affairs অমনা মতুং ইন্নক্রবদি মরি অদুগী মপাঙ্গল হেঙ্গৎলকই।" লো অসিবু 'লো ওফ সেটিসফেকশন' হায়নসু খংনৈ।

বুনিয়াদী শিক্ষাদা নিয়ম অসি মপুংফানা পানবা য়াই। খুদম ওইনা হায়রবদা অঙাংনা টকলিনা লং নাইরগা কি শাই। কি অসিনা মশামক্কী রুমান অমা শেমজবর্দি মশাগী নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতে। মসিনা মশাগী পুক্নিংগী খোৗরাংবা (inner

urge ) অদু নিংবা থুংহন্দুনা অতোপ অতোপ্পা একটিভিটি কয়াম্ব চৎথনিংবগী রাখল পোক্লকই। অমরোমদা অমুক অঙাংনা লং লাই রৈঙদা লং তোইনা ভৎলবদি শাওরকই অমস্তুং হৈনরক্তে। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা লাননিং অসি নমম্বনা চৎথহনবা তারবদি অঙাংগী থবক্তা থরাই য়াওবা অমস্তুং হৈনিংবা অদু মাংখি। অতৈ শান্নবগী মওংদা পরপজফুল একটিভিটি অমা তৌগল্লবদি মাগী ( অঙাংগী ) play instinct অদু খরদং ওইরবস্তু পেলহনবা ঙমই। মরমদি অঙাংগী অনিংবা অদু মথং মথং থুংলক্কুনা অমস্তুং মশাবু থাজবগা লোইননা চৎথরকই। অসিগুম্বা mental attitude অসি তশেংনমক লাননিংদা য়াম্না মতেং ওই।

ডি লো ওফ একসৃরসাইজনা হায়রিবদি করিগুম্বা শেমদোকপা য়াবা মরি অমা পুখৎলক্লবদি অদুগুম্বা মরি অদুগী মপাঙ্গল হেক্লংলকই অদুগা অসিগুম্বা শেমগৎলকইবা মরি অসি শিজিন্নদ্রবদি মপাঙ্গল হনথরকই। মসিদা 'law of use and disuse' য়াওই— হায়বদি শিজিন্নরগা মরি অদুগী মপাঙ্গল হেক্লংহল্লি; শিজিন্নদ্রগা মপাঙ্গল শোনথহল্লি। তত্তুনা হোৎনবনা মতিক চাবা ( perfect ) হেল্লি হায়বা অসিনা নিয়ম অসিগী মরুনি; অহুম ওইনমক অঙাংগী emotion and mental attitude য়েংদনা পংচৎ চৎথবদি অশিংবা ওইরোই।

নিয়ম অসিমকস্তু বুনিয়াদী শিক্ষাদা নিংথিনা পানবা য়াই। মরমদি মসিগী কান্নবা অসিদি পোথোক চাথোক লৈবা

খুৎশা-হৈবগী থবক্না পাম্বৈ ওইদুনা লাইরিক তম্বিবদদি খরাইদগী
হেন্না খুদোংচাবা মরম লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোইনা অতৎ-
প লৈতনা টকলি অসি প্রাকটিস তৌরবদি লংলা অসি চাংমান্নবা
অমস্তুং কুপ্পা হেনগৎলকই- অদুগা থুবস্তু য়াম্না হেনগৎলকই।
তোইনা শিজিন্নদ্রবদি পূম্নমক হনথরবই। অদুবু অতৎপা লৈতনা
হোৎনদুনস্তু ঙমখৈগী থাক অমা (plateau stage) লাকই
অমস্তুং অতোপ্পা factor কয়ামরুম্না efficiency curve অদু
হেনগৎলকপা য়াই নত্রগা হনথরকপা য়াই। অদুম ওইনমক
অনৌবা পাম্বৈ (মেথোড) শিজিন্নরগা quality and speed
হেনগৎলকপস্তু য়াই তৌইগুম্বস্তুং monotony নত্রগা fatigue
না খুদম চনথ্রবদি হনথরকপা য়াই।

থোর্নডাইকনা হৌদোক্লম্বা অমস্তুং অতৈ psychologist
কয়ানস্তু শেমদোক্লবা লারনিংগী নিয়মশিং অসি পারি-পুরিদগী চৎথ-
রকইবা শিক্ষা অসিদগী বুনিয়াদী শিক্ষাদনা হেন্না পানবা য়াই
হায়রগা অসিদি মথক্কী রাকম অসিনা শেংনা তাক্লে। মরম
অ'সদগী বুনিয়াদী শিক্ষা অসি মোনোবিজ্ঞানগী থোংদদি পারি
পুরদগী চৎথরকইবা শিক্ষা অসিদগী sounder psychologi-
cal principles গী য়ুম্ফমদা শাগৎলি হায়বদা থোইদোকপা
অকায়বা লৈতে।

মথংদা বুনিয়াদী শিক্ষা অসি হৌজিক্কী যুগ অসিগী শিক্ষাগী
ইচেল; রাখল অমস্তুং প্রাকটিশকী লমদা য়েংলুরবস্তু থোইদোকপা

অশোইবা লৈতে। যুগ অসিগী অনৌবা শিক্ষাগী ইচেলদা খরাইদগী মরু ওইবা শকওংদি অডাংর্বু educational effort পুম্নমক্কী কেন্দ্র ওইহনবা অসিনি। বুনিয়াদী শিক্ষাদদি হায়রিবা শকওং অসিমক মপুং ওইনা লৈ। শিক্ষা অসিন অডাং অসি শিক্ষাগী কেন্দ্রনি হাযনা লৌই। মরম অসিগীদমক ওঙ্গা অমস্তুং ছাত্রশিংদা একটিভিটি কয়া তৌনবগী মপুং ফাবা মনিং-তম্ব পিরিবনি। ছাত্রশিংনা মপালগী পরিক্ষাগীদমক্তা (exter-nal examination) কিরুবা লৈতে; অডাং খুদংমক্ক মহাক মহাক্কী শক্তি মতুংইন্না থাক, থাক নাইনা লারনিং অসি চাওখৎলকই, অডাংশিনা মহাক মহাক্কী যোজনা (project) অদু পাংথোক্কবগীদমক্তা দরকার ওইবা মতম শিজিন্নবা য়াই। অসিগীস্তু মথক্তা যোজনা অদু পাংথোক্কবগী দায়িত্ব অদুস্তু মশা মশানা লৌই। মরম অসিদগী ফিদম লৌনফম ওইরবা বুনি-য়াদী স্কুলশিংদি অরেপ্প টাইম্ টেবল থমদে, অদুগা করিকুলমস্তু দরকারগী মতুংইন্না হোংদোক হাংজিন তৌবা (flexible) য়াই। পুম্নমক অসি অফবা শিক্ষাগী খুদমনি।

শাম্নবা অমস্তুং মরম চাবা থবক্তা পাম্বৈ ওইদুনা লাইরিক তম্বিবা অসিস্তু অডাংগী শিক্ষাগীদমক্তাদ খরাইদগী হেন্না ফবা পাম্বৈনি হায়না লৌনরি। শিক্ষা অসিদদি মেন-ক্রাফ্ট অমস্তুং সবসিডাইরি-ক্রাফ্টশিং অসিনা অডাংদা শাম্নবগীদমক অমস্তুং মরম চাবা একটিভিটি কয়া তৌনবগীদমক্তা খুদোংচাবা কয়াস্তু

পিরি। তশেংনমক বুনিযাদী শিক্ষাদদি অঙাংশিংনা পামজরবা শানবগী মওংদা থুমোক, মেজ্ঞনচিংবা পুন্সিগা মরি লৈনরবা পোৎ কয়ামরুম শাহনবদগী শেমগৎ - শাগৎপা, য়েক-খোৎপগী রাখল অসি তোইনা পোক্লকই। মসিগী ফলনা অঙাংদা healthy sense of creation and chievement গী রাখল অমা য়োকখংলকই।

মথক্তা শায়খিবা play and purposeful activity কয়াবু য়োকখংতুনা থম্বা ঙম্লবগীদমক বুনিয়াদী শিক্ষা অসিগী করিকুলম অসি 'এক্সপিরিয়েন্স করিকুলম' ওইহনলিবনি। অহুবু এক্সপিরিয়েন্স হায়বা অসিমক্তি একটিভিটি ( থবক ) তৌরুদ্র-বদি থোক্লকপা য়াবা নত্তে। অঙাংনা লং নাইহুনা নত্রগা কি শাহুনা নত্রগা ইংখোলদা থবক অমা তৌহুনা এক্সপিরিয়েন্স তানবা ঙমই। অসিগুম্বা এক্সপিরিয়েন্সশিং অসিদগী হোৎনবা তলদবা হৈ-শিংলবা ওজা অমনা স্কুলগী মখল মখা অয়াম্বা বিষয়শিংগী মরমদা জ্ঞান পিবা য়াই। অসিগীসু মথক্তা group games, safai work, sabhas and other group and cultural activities কয়ানা শিক্ষা অসিগী থাদোকপা য়াত্রবা শরুক হুইনা লৈবা মরম্না অঙাংশিংদা মখল মখা অয়াম্বা কান্নরবা এক্সপিরিয়েন্স কয়া পিবা ঙমই।

পারি-পুরিদগী চৎথরকইবা শিক্ষা অসি শোইবদগী ঙসিদি ছাত্রশিংগী লমচৎ নাইদবা শাজৎনা ( indiscipline ) স্কুল

কয়াগী অচৌবা সমস্যা অমা ওইরক্লে। অসিগুম্বা সমস্যা অসি অফবা বুনিয়াদী স্কুলদদি লৈতে। মরু ওইনা লমচৎ নাইদবা শাজৎ অসিদি নিংবা থুংদবা, অঙাংগী powers and instincts বু কা-হেন্না নত্রগা লান্না শিজিন্নবদগী থোক্লকপা ঙাক্তনি। লাই-রিকতমক তম্বিবা শিক্ষাদদি অসিগুম্বা অঙাংগী লমচৎ নাইদবা শাজৎ অসি থিংবদা য়াম্না রানা থোকই। য়াম্না তোইনা ওজানা ক্লাসপু খুদুম চন্নবগীদমক্তা তকনবা অমস্তুং অয়াবপা রাহৈ কয়া অমস্তুং অরানবা পাম্বৈ কয়াস্তু শিজিনবৈ। হৌজিক কালগী অনৌবা মেথোডশিং — প্রোজেক্ট অমস্তুং মোন্টে-সোরী মেথোডনচিংবদা অঙাংশিংব একটিভিটি কয়ামরুম তৌহন্দুনা অমস্তুং য়েংহন্দুনা থবক চিন্না থম্বগুম্না বুনিয়াদী শিক্ষাদস্থ creative, constructive, purposeful and socially useful activities কয়া তৌহন্দুনা ছাত্রশিংবু থবক চিন্না থমই। মরম অসিদগী ছাত্রশিংগী মরক্তা লমচৎ নাইদবা লমচৎ-শাজৎ হৈন-রক্লবগী মফম থমদে।

এইচ: আর: ভাটিয়াগী 'What Basic Education Means'? হায়বা লাইরিক অদুদা বুনিয়াদী শিক্ষাগী তোপ তোপ্পা মেরিটশিং (distinctive merits) অদু মখাগী মওং অসিদা পিরমই :—

১। বুনিয়াদী শিক্ষাদদি জ্ঞান অসি মপুম ওইবা পোৎ-শক্তি (an integrated whole) হায়না লৌই।

২। অভাংনা খুৎনা নোম্বা থবকপু (মেনুয়েল লেবর) ব্যাবহার থমই।

৩। ওজা অমস্থং ছাত্র পুম্না সমাজগী চাওখৎনবা হোৎনৈ।

হৌজিক্তি বুনিয়াদী শিক্ষা অসি পুন্সিগীদমক্তা ওইবা অমস্থং পুন্সি লিশাং অসিদা চৎথগদবা শিক্ষানি হায়বা অসি ঐখোইনা খংবা ঙমলে। শম্না খন্নরবদা ছাত্রশিংগী মরক্তা ফিদমনফম ওইবা লমচৎ শাজৎ শেমগৎপিন্নুনা অফবা জাতিগী কান্নরবা নাগরিক অমমম ওইনবা হোৎনরিবা অসিনা শিক্ষা অসিগী খরাইদগী মরু ওইবা মরিটনি। হারবার্ট স্পেন্সরনা শিক্ষাদি পুন্সিগীদমক মপুংফানা শেম শাবিবা পায়মই; ('preparation for a complete living') তৌইগুম্বস্থং গান্ধীজিনা পায়মবদি "পুন্সি অসিমকস্থু শিক্ষা ওইহনবা" ('education to be life itself.') অসিনি। অসিগুম্বা ফিদমগী মশক ওইবা অমস্থং মমল নাইদ্রবা রাখল অসি কনাগুম্বা রাখলনা লৈবা মী অমতনা ইন্থই লাইনা ককথৎপা (refute) ঙম্মরোই।

---

# বুনিয়াদী শিক্ষাগী মরমদা তৌরকপা আলোচনা খরা

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি জাতিগী শিক্ষা প্রণালী ওইনা লৌখৎলবস্থ শিক্ষা অসিবু য়ানিংদবা মী কয়ানা মখল মখলগী মওংদা অলোচনা তৌই। মরম অসিদগী অসিগুম্বা অলোচনাশিং অসিগী মরমদা নৈনবা দরকার ওই।

অহানবমক্তদা কনা কনাগুম্বগী মত্তা বুনিয়াদী শিক্ষা অসি থবক ওইনা পাংথোকপদা য়াম্না লুনা থোকপা শিক্ষা মওং অমনি হায়না লৌই। মসিমক্তি শিক্ষা অসিবু মপ্পালদত্তা য়েংবদগী থোক্লকপা ঙাকনি। শিক্ষা প্রণালী অসিগী মনুংগী অশোইবা (inherent defect) কয়া লৈত্তনা তৌরকপদি নত্তে। স্কীম অসি থবক ওইনা নিংথিনা চৎথবা য়াবা স্কীম অমনি হায়বা অসিমক্তি ভারতকী মফম কয়াদা চাংয়েং তৌরুবদগী অমসুং থবক ওইনা চৎথরুবদগী মুন্না খংবা ঙমলে। অমরোমদা অমুকসু হৌজিক লৈরিবা প্রাইমারী শিক্ষাগী মওং অসদা অকায়বা কয়ামুক লৈরে অদুগা মতমগা চুনদবা অমসু ওইরে হায়বা অসিদি মী খুদিংমক্না য়ানরবনি। স্কুলশিং অসিদা লাইব্রিক তমইবা অঙাংশিংনা থোইদোকপা কাম্নবা ফংদে, অদুগা মথোইনা ফংলকপা জ্ঞান অদু পুন্সিগী মরি ইরৈ লৈনদে। অসিগুম্বা অশোইবা অমসুং অরানবা কয়া অসি চুমথোক্লবগীনবগীদমক্তা গান্ধীজিনা বুনিয়াদী শিক্ষ হৌদোকলমইবনি। শম্না হায়রবদা বুনিয়াদী শিক্ষানা পাএইবাদি ইবা, পাবা অমসুং অক

তম্বিবতা নত্তনা মীওইবগী পুন্সিগা মরি লৈনবা থবক কয়া তম্বি-ন্তুনা সমাজদা লৈবদা মতিক চপ চাবা মী ওইনা শেমগৎপা অসিনি। মসিদা জ্ঞান তাদনিঙাই অমসুং চিংননিঙাই করিস্মু লৈতে। মতমগী মতুংইন্না প্রাইমারী স্কুলশিং অসি চপ চাবা বুনিয়াদী স্কুল ওস্নোকলকপা মতমদা শিক্ষা অসিগী চপ চাবা মওং অদু মশানা চোংথোকচরক্কনি। অদুম ওইনমক থবক্তি য়াওদনা মমিংতা ওইনা হোংবনদি বুনিয়াদী শিক্ষানা মরম ওই-ন্তুনা ঐখোইগী প্রাইমারী স্কুলশিংদা পুরক্কদৌরিবা অহোংবা অদুদি উবা ফংলোই।

অনিশুবদা য়িয়াম্না লৌনরিবা অরানবা রাখল অমনা বুনিয়াদী স্কুলশিংদা অভাংশিংবু থুৎকী থবক তৌনহলিবা অসিগী মরমদনি। মতাং-অসিদা কনা কনাগুম্ববা অভাংশিংবু থবক শুহনলিবা অসিদি অভাংশিং অসি থবক শুবা মী ওইহনবগীদমক্তি হায়না অরানবা রাখল লৌনৈ। তশেংবমক্তি বুনিয়াদী স্কুলশিংদা অভাংশিংনা তৌ-রিবা থবক্কী মওং মতৌবু মুন্না য়েংলুরবদি অভাংশিং অসি লাইরিক তম্বিরিবনি শিনমী ওইনবগীদমক্তা থবকপু মেকানিকেল ওইবা মওংদা তৌহনলিবা নত্তে হায়রবা অসি লাইনা থংবা ভমগনি। মরমদি বুনি-য়াদী স্কুলদা অভাংশিং অসি কৈদৌঙৈদস্ম কারখানা অমসুং মীসাশিংদা থবক শুরিবা শিনমীগুম্না মেচিনগী মতৌগুম্না মেকানিকেল ওইবা মও দা থবক তৌংদ্দে। শয়া হায়রবদা বুনিয়াদী স্কুলশিংদা তৌরিবা থবকশিং অসিদি অভাংগী মোনোবিজ্ঞানবু মুন্না য়েংহুনা

চৎথৈ। মরম অসিনা মসিনা অঙাংগী প্যারশনেলিটি শেমগৎপদা মতেং পাংই।

অহুমশুবদা শিক্ষা অসিগী মরমদা লৌনরিবা অয়ানবা য়াথল অমনা বুনিয়াদী শিক্ষা অসি মথন্তা হিংজহনগদবনি হায়বা আসনি। মশা মতোমতা হিংভবা হায়বা অসিগী অর্থাদ পৈশা-নুংশাগী মরমদা অতোপ্পদগী মতেং লৌরোই হায়বনি। মরম অসিদগী স্কুলগী চংগদবা খরচ পূমমক অঙাংশিংনা শাবা পোৎশিং অহুদগী ফংলকপা পৈশানা পুবা তারে। য়াকম অসিমক্তি স্কীম অসিবু থবক ওইনা চৎথবা য়ানবা হোৎনখিবদা অচৌবা শরুক য়াখিবা জাকির হুসেন কমিটিনসু মপুং ওইনা সহযোগ পিরমদে। য়াকম অসিগী মরিদা কমিটি অসিগী মত্ত— স্কুল হায়বা অসি মহৌশানা পৈশা চাদিং তৌবগী থবক্তা তৌই, পৈশা লাক্নবগী থবক্তি করি অমতা লৈতে। মরম অদুনা অঙাংশিংবু শিক্ষাগী মচাক যাওবা মথোয়নসু তৌবদা লাইনা থোকপা খুৎকী থবক খরা ভৌহল্লগা মহুদগী ফংলকপা পৈশা অদুনা স্কুলদা খরদং ওইরবসু মতেং ওইহনসি হায়বনি অদুগা ফংলকদৌরবা পৈশা অদুনা ওজাগী তঙ্খব পিবা কোম্লগদবসু লৈতে, মদুনা অঙা-শিংগী কান্নগদবা ওইবা থবক্ত হায়বাদ চরা য়ানবা, ফনেক লৈবা অমসুং স্কুলগী খোইরুমাতী (chalk) লৈবদা শিজন্ন-খোকপা য়াই। অসিগীসু মথক্তা বুনিয়াদী স্কুলগী চাদংনা বুনিয়াদী নত্তবা স্কুলগী চাদংদগী য়াম্না হোল্ল। মরমদি বুনিয়াদী

স্কুল অমা লিংবা তারবদি খুৎশু-খুৎলাই করা অমসুং ক্রাফ্টকী থবক অদু পাংথোক্লবগীদমক্তা মচাক বয়াস্ত চংই। মরম অসিদগী শিক্ষা অসি চাগা খরা লৈহনবা কৈ তায়বগী রাকমতনি, মপুং ওইনা সেল্ফ-সপ্পোর্টিং ওইহনসি হায়বা নত্তে।

ভশেংনমক হৌজিক্কি বুনিয়াদী শিক্ষাগী সেল্ফ-সপ্পোর্টিং অ্যাস্পেক্ট অসি কবিগুম্বা মকম খরদা লুনা খন্নবা নত্তনা মকম অয়াম্বদদি স্কীম অসিগী economic implication বুদি educational advantages না মরু ওইনা খন্নরে।

মরিশুবদা বেসিক ক্রাফ্টনা শিক্ষা অসিগী কেন্দ্র ওইরগা স্কুলগী বিষয় পুম্নমক অসি মরি লৈননা তম্বিগনি হায়বা রাকম অসি ওইথোক্কে হায়না আলোচনা তৌই। রাকম অসিমক্তি শিক্ষা প্রণালী অসি হৌদোকপিরম্বা গান্ধী জিমু মুন্না খংলমই হায়বা অসিদি মথাগী রাকম অসিনা তাকই— "...............

....................................................

We will teach all these subjects through the takli (or any other basic craft) as possible. The rest we cannot leave untouched" 34 গান্ধীজিগী রাকম অসি জাকির হুসেন কমিটিনা মুন্না খংলগনা শিক্ষা আসদা মপুং ফাবা

34. Educational Philosophy of Mahatma Gandhi (M. S. Patel) p. 127.

কোর্রিলেসন থন্বা ডম্লবগীদমক্তা অডাংশিংগী অকোইবদা লৈরিবা সমাজগী মওং মতৌ অমসুং প্রকৃতিগী মওং মতৌ অমি অসিবুম্বু বুনিয়াদী শিক্ষাগী কোর্রিলেসনগী কেন্দ্র ওইনা লৌশিনখ্রিবনি। অসিগুম্বা কেন্দ্র অহুম অসিগী মতেংনা শিক্ষা অসিদা হৌজিক্কি মপুং ফানা কোর্রিলেসন থন্বা ডম্লে।

মডাগুবদা বুনিয়াদী শিক্ষাগী মরমদ চিংনবিবা রাক্তম অমনা শিক্ষা অসি মেচিন যুগ অসিগা চুনদরে হায়বা অসিনি। রাক্তম অসিদা আলোচকশিংনা লৌরিবা ভাবতি— বুনিয়াদী শিক্ষানা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎপগী লম্বীদা অথিংবা অমা ওইরে। মসিমক্তি ঐখোইনা শিক্ষা অসিগী উদ্দেশ্য, তন্বিরিবা লাইরিক মতম্বি, এক-টিভিটিনা (ক্রাফ্টনা) শিক্ষাগী ময়াইথংবা শরুক ওইনা থমইবগী মওং অমসুং শিক্ষা অসিনা মরম ওইদুনা ভারতকী অর্থিক অবস্থা অমসুং সমাজগী ফিবম্না ওইরক্তদৌরিবা মওংশিং অদু মুম্না খল্লু-ব্রবদি বুনিয়াদী শিক্ষানা লৈবাক অসিগী ইন্দষ্ট্রি চাওখৎনবগী লম্বীদা করিগুম্বা অথিংবা অমতা ওইদে হায়বা অসিদি লাইনা খংবা ঙমই। শিক্ষা অসিনা পামইবদি অডাং অমগী লাইরিক তন্বা অসি পোত্থোক চাখোক লৈবা থবক্না পাম্বে ওইদুনা পিক্তম খোকপা লিটেরেরী ট্রেনিং অদু পিবগা লোইননা মখুৎকী মহৈস্নু চাওখৎহনবা অসিনি। মসিমক্তি পারি-পুরিদগী চৎথরকইবা লাইরিকতমক তন্বিবা শিক্ষা অসিদগীদি হেন্না লৈবাক অসিগী ইন্দষ্ট্রি চাওখৎনবা হোংনবদা মওং কয়ামরুনদা মতেং পাংলগানি

হায়বদা হায়রমনবা থোক্লাই। তশেংনমক বুনিয়াদী শিক্ষাবু পাংথোক্কে খল্লিবা মীশিংনা ইন্দাস্ত্রি চাওখৎনবগী লম্বীদা করিগুম্বা মওং অমদা অপনবা পিনিংদে, অদুগা চাওখত্রবা লৈমাইগী অর্থনীতিবুঙ্গ হৌজিক্কী ফিবম অসিদা কুইনা থম্বা পামদে। গান্ধীজিনসু ইন্দাস্ত্রিবু তশেংনমক চাওখৎহনবদি পাম্লমদবদি নত্তে। মহাক্না পাম্লমদবদি ইন্দাস্ত্রিবু সেন্ত্রেলাইজড তৌহনা সমাজদা অকাইবা কয়ামরুম পুরকপা অসিনি। মরম অসিদগী মহাক্না এগ্রিকলচর অমস্তুং কোটেজ ইন্দাস্ত্রি চাওখৎনবদা ইমফোর্টেন্স পিরম্বগী রাক্নমদনি। গান্ধীজিগী রাখল অসি মতুংদা হোংলকই হায়বা অসিসু মহাক্না রাকম অসিদগীসু খংবা ঙমই— "what I object to is the cr ize for machinery, not machinery as such ...... If we could have electricity in every village home, I shall not mind the villagers plying their implements and tools with electri i y." 35. ইন্দাস্ত্রিবু চাওখৎহনবা পামত্রবদি মীওইনা জাতিগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক্তা সাইন্সনা পুথোক্লিবা পুম্নমক তশেংনা য়াদবা থোক্কনি। অদুনা অঙাংনা মহৈ হেক তম্বা হৌবদগী হৌদুনা পোৎচৈ পুথোক্লবগী অশেংবা মেথোডশিং অদু অঙাংশিংদা তম্বিদুনা ইন্দাস্ত্রিগী পোত্থোক হেনগৎনবা বুনিয়াদী শিক্ষানা কম্মা হোৎনরি। শম্মা হায়রবদা শিক্ষা অসিনা

---

35. An Introduction to Indian Education, (S. N Mukherjee) p. 44.

ইন্দষ্ট্রি সমাজদা মী অমবু মায়পাকপা ঙমহল্লিবা থবকী অভ্যাস অমসুং গুণশিং অদু চাওখৎহল্লি। অমরোমদা থবক্কা এডুকেটিভ এক্সপিরিয়েন্সকী মপুং ওইহন্দুনা লৱাই ইম্ফাল থ ট রিবা; জ্ঞান লৈবা কাংবুগা (কলম পায়বা) খুৎনা শুত্নুনা চারিবা কাংবুগা নাপাক তাহল্লিবা পালশিং অসি নমথেক্লবা বুনিয়াদী শিক্ষানা কন্না হোৎনরি। মতৌ অসুম তৌদুনা বুনিয়াদী শিক্ষানা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎনবা হোৎনবগা লোইনা লোইননা ইন্দষ্ট্রিয়েল সিভিলি-জেশনগী থুদোংথিবা (evils) পুম্নমকসু মাংহন্নবা হোৎনরি।

বুনিয়াদী শিক্ষা অসি অঙাংশিংগীদমক্তদি য়াম্না কবা শিক্ষাগী মওং অমনি হায়বা অসি ভারত সরকার অমসুং তোঙান তো-ঙানবা রাজ্য-সরকারশিংনসু মত খেন্নবা লৈতনা য়ানরি। শিক্ষা অসিবু মপুংফানা থবক ওইনা পাংথোকপা ঙম্নবগীদমক কেন্দ্র সরকার অমসুং রাজ্য-সরকারশিংনা মথল মথা অয়াম্বা থবক কয়ামরুম পায়খৎলি। প্র ইমারী স্কুল পুম্নমক অতেনবা মতম থরগী মনুংদা বুনিয়াদী স্কুলদা ওনশিন্নবগী অহানবা থাক ওইনা ভারতকী ষ্টেট অয়াম্বদা ওরিয়েন্টেশন প্রোগ্রাম লৌখৎপা মপুং ফানখরে। থবক অসি মপুংফানা পাংথোক্লবা হোৎনবদ দায়িত্ব লৌরিবা ওজাশিংবু শিক্ষা অসিগী মরমদা মমুৎতানা খংবা ঙম্ন-বগীদমক্তা রাজ্য-সরকারশিংনা বেসিক ট্রেনিং ইনষ্টিট্যুট অমসুং বেসিক ট্রেনিং কলেজ কয়া লিংখৎতুনা চহি থুদিংগী শিক্ষা

অসিনা ট্রেনিং কংলবা ওজা মশিং হেনগৎহল্লি। সরকারগী অসিং-ওবা থুজিল থৌরাংশিং অসিনা মতমগী মতুংইন্না লৈবাক অসিগী মকম পূরমক্তা লৈরিবা স্কুলশিংবু বুনিয়াদী স্কুলশিংদা ওনশিন্নবা জাতিবু লমজিং পিবিরক্লা গান্ধীজিনা শেমগৎনিংলম্বা হেন্না অচুম্বা অমসুং ক্লাংবু ক্লাংবু লাইদবা সমাজ ( a juster and classless society ) অমু বুনিয়াদী শিক্ষানা মরম ওইহুনা পুরক্লবা হোৎনবদা ঐখোই খুদিংমক্না অচৌবা থাজক থম্মি।

লোইরবা